# নীংশিংলুবাদা




কাংঙুজম শ্যামজাই

# নিংশিংলুবদা



কাংজম শ্যামজাই



॥ নীংশিংলুবদা ॥

বারী মচাশিংগী থোমজিন্বা লাইরিক : ইং ১৯৭৫-১৯৮৪

অহান্বা কোঙবা : সেপ্তেম্বর, ১৯৮৬

অনিশুবা কোঙবা ইং ২০০৩

অকোঙবা ঃ কাংজম শ্যামজাই,

নিঙোমথোং, পেবিয়া পণ্ডিত লৈকাই. ইম্ফাল



মখুম য়েকপা : প্রেমানন্দ রোয়

মমল : লুপা ৫০

নম্বা : পদ্মা প্রিন্টস, পাউনা বাজার, ইম্ফাল

## * কচ্ছবা *

**অবোক,**

হিংলিবা পুন্সিসিদা
মিনম-শোবিবনা থল্লবা ঐগী
পুন্সিসিদা

**বাজীনা তন্বী—**

অবোক্তো নতাক্কীদমক যাম্না রাজধ্বনি ॥

**ইমানা তাকপি—**

খোম লায়ক্কবদা, অবোক্না নংবু পোত্নুনা অয়ক নুংথিল অত্নগা তমথিববা নুমিদাং, অহিং কয়া খোম লাম্বা কোক্কবা হোৎনবিখি য়ুম্লোন-কৈরোম্নবদা চং-চত্নুনা—।

অফবা মপোক, মহৈ য়ানবা পুন্সি হায়বত্নমদি ওইদ্রবসু শকখঙজহৌদ্রবা অবোক লাইফ্রাকপম নিঙোল, কাংঙুজম ওংবী ৺চাওবী দেবীগী মফমদা কচ্ছরি— "নীংশিংলুবদা" মঙম শাদ্রে, পুক্নিং লৌশিংগী পোৎলমসে।

নশূ—
**কাংঙুজম শ্যামজাই**

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীকাংঙুজম শ্যামজাই সিংহনা ইবা ৱারী মচা তরামাথোইগী লাইরিক "নীংশিংলুবদা" হায়বসি পাল্লে। ৱারী পুন্নমক নহা ওইরিবা ঈনখৎলক্লিবা থম্মোয়গী পাউনিংখোল ঙাক্লি। মায় পাক্ত্রিবা লুংশিববু মায়থীবা হৈত্রবা থম্মোয়না চৈনাখোল কয়াগা ইরোয়ননা বিদাই তৌনবা লাক্লরি। মায়থীবদা মায় পাক্লবা কল্লা লাক্লরি।

অইবনা লৌশিল্লিবা হীরমগী লম অনৌবা নত্তে—লিবসু নাইরোইদবা মীওইবগী লীচৎনি। য়েক্লীংবা মওংদা য়েংনীংবা মায়কৈদা য়েংবা য়াবা মীওইবগী ইহুলনি। অইবনা খোয়দাজবসু ইহুলসিনি।

ৱারী অয়াম্বা হোৌবা ফজে। মতুং তারকপা ময়ায়গী শরুক-শিংদি ৱারী লমথুংগা অপা অপানন। মরী লৈনবা নত্তবা শীংথাবনা হেনথিবনা য়াম্না শন্দেকমন্না থোকই। শোক তারীখন চিংবা পীড়ুনা পুন্সিগী অশেংবা থৌদোক-ৱাথোক য়েকপগা লোয়ননা মতাং মতাংগী নাক-য়েংকী শক্তমশিংবু লাচন্দুনা থমহৌবগী অপাম্বা অমা অইবগী খুংফোঙদোক্তা য়াওরি। পুন্সি ৱারীগী শরুক্লি। কায়বা নত্তে অদুমকপু ইতিহাসকী যুম্ফমদা শাগৎপা ৱারী নত্তবনিনা মশা মরেং ফন্দোকমনবদৌনা থোকপা য়াওই অকক্লবা ৱারী মচাগী খোঙচত্তা খোঙ য়াম্বা তমজনফমগী থাক্তা লৈবা ৱাফম ওইল্লোই। নাক য়েং শেম্মকপগা ৱারীগী লমথুং ময়েক শেংনা উৎপা ঙম্মা মতাং য়াওই। মায় পাক্লবা ৱারী মচাগী খুদমনি।

ৱারী অয়াম্বা লোইশিল্লকপদা লোইনা খোমজিন তাশিন্দুনা মপান নীংথিনা থল্লম্মী। অপাম্বা লমথুং য়োৌবম্মী অপেনবা অমদি মরৈ। অতুমকপু ৱারী মচাদি লোইবগী মহুত্তা লেপ্পনা ময়েক শেংবা হেল্লি।

নহা ওইরিবা অইবা শ্রীকাংঙুজম শ্যামজাই সিংহগী খুৎইদা পাউ তম্বা ঙম্বগী মওং অমা ময়েক শেংনা য়াওরি। তুংগীসু আশা য়াম্না লৈরি। অইবগী কলমদগী অসিগুম্বা খুদোল কয়া তৌরকপা ওইসনু।

এলাংবম দীনমণি
এসোসিয়েট প্রোফেসর
মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্য বিভাগ
মণিপুর য়ুনিভর্সিটি

কাঞ্চিপুর
২৯-৮-৮৬

# ৱাহৈ থরদং

পুন্সিদা থেংনবা অৱা-মুংঙাই, লৈত-লায়রগী অৱাবা, মুংশিবদা নীংবা কায়রকপা থোদোক কয়ানা মপুং ওইনা উৎপা ৱারীমচা তরা-মাথোইনা পুনশিল্লগা শেম্বা ৱারীমচা "নীংশিংলূবদা" হায়বসি নহা ওইরিবা অইবগী কলমদগী অহানবা পুথোরকপনি। অহানবা ওই-বনা পুন্সিদা হকথেংনরকপা কয়াবু উৎথোকপনা অইবগী উদেশ্যনি। মসিদা অইবগী দোষ, গুণ পুম্নমক সাহিত্যগী নাপ-চৈ থাত্নুনা ফজবা ফজদবা মুম্না থিরুবা তারগদি ঐগীসু ইন্নাল ওইগনি থল্লি। মরমদি সাহিত্য হায়বা বিষয় অসি অরাইবা অমা নত্তে। মসিনা মীপুম খুদিংমকী থম্মোয়দা অইবনা পুন্সিগী শক্তম বয়া পুন্সিবু অর্থ হন্দুনা ফজবা মীওইবা পুন্সিবু য়েকপনি। অতুনা অইবসু মীওইবা ঐখোয়গী ইরক্তা তোঙাম্না লৈরিবনি। অসি হায়ৱে হায়তুনা ঙমদবা লৈতবা মতমসিদা হোৎনবমখৈদি কায়দে। হোৎনবা ঙহাক্তনা কবি ওইগদবসু নত্তে। মশাগী য়াওজরক্লবা মীওইসু হোৎপু হোৎনরুদ্রবদি কৈদৌনি! অতুনা অইবনা ইরকইবা ৱারী মচাসি ইনিংবগী ইখৌলাংবা আশাগী ময়োল অমা চোংখত্নুনা শৈদম্লবপা ওইগনি থল্লি। মসিদা নহা ওইনা থেংনরকপা কয়াবু য়াম্না ইচঙ থোনা, থোনা লৈনা ফোঙদোক্লীংবগী ৱাখলসিদা হেন্নতুম আশা পীনিংই। লাইব্রিকসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা ফজবা ফজদবা থিদনা তিনবা ওইরগনি থল্লুবদা, ঐগীসু মহুংঙাই অমা অতুম য়াওগ্রবনি।

ঐগী মরুপ নহা ওইরি। মঙোন্দা নহা ওইবগী লৈনম মাঙদ্রি অদুনা পুন্সিগী তান্নক অইবগী অপান্বা ঈথক ঈপোম, ঈছুন তাবা মশানা তাই হায়বমক্তি চুম্লগস্নু নুংশিবদা কা হেন্না মান্নবা ৱারীমচা কয়া য়াওরমদ্রবদি হেন্না ফজবা ওইরম্বস্নু য়াই। ৱারীমচা "ওমচাকুবদা হৈনবা, পুর্ণিমা তম্না, ঈশৈ শকপী কমলা দাস, হোসপিতালদা" হায়বসিনা লাইরিক অসিগী মগুন খৱদি হাপ্লি। মসিগী মনুংদা "ঈশৈ শকপী কমলাদাসনা" হেন্না ফজবা নহা ওইবা অইবগী খুদোলনি হায়জনিংই।

লাইরিক্কী মীংথোল ওইরিবা "নীংশিংলুবদা" থোইনা অকাইবা লৈতে, ৱারীমচাশিগী। অদুবু অইবনা ফোংদোকইবা ৱাফম কয়া স্নুপচিন্না তাকপা ৱাহৈ লীৱা শিজিন্নংগী হৈনবী অমদি ৱারী খুদিংমক্তা মৱাংলে। ৱারীমচাদদি হায়নীংইবত্নু ৱাহৈ খরতনা ফোংদোকপা চংনৈ যজবস্নু হেল্লি। কোইথোক্লা হনজিন হনজিন হায়বা দরকাব লৈতে। ৱাহৈ খরতনা যজবা পীবা ঙম্বা অমদি মবীক চুম্বা থৌদোক ৱাথোক্লা ৱারী ইবগী পান্দম পীবগা লোয়নননা মীওইবগী লমচৎ মপুঙ ফাহনগদবনি। অমদি পুন্সিদা থেংনবা থৌদোক ৱাথোক অপাকপা মীৎয়েংদা য়েংলগা মতমগী সাহিত্যগা চুনবা কয়া মতুংদা পুথোরক্কনি হায়না ঐনা অইবদগী আশা তৌরি।

নিংঙোম্বম তোলপীশক

তাং ১।৯।৮৬ ইং বি, এ, ওর্নস, এম, এ, (মণিপুরী)

খোংমন, ইম্ফাল রিছার্স স্কোলার (এম, ইউ)

# ৱাহৈ অম'নিদং

ক্লাস নাইন তম্বা অতুৱাইদগী ঐনা নোংমা লৈ অমখক য়েকখি। লৈতু য়াম্না মানখি। মতুদগী ঐ লাই য়েকপা পামখি। য়েকপগী থবক য়াম্না পামজখিবা মতম হায়বত্তু ওইরে। অহিং থেঙলফাওবা লাই য়েকপদা পূক্নীং লুপই। লাই য়েকপা লোয়বগা লমায়দা, চেমায়দা ৱাহৈ খবদং ইবা ঐগী হৈনবীনি। নুমিৎচুপ্পা লাইদা য়েক্কুনা মতম লেনখিবসি ঐগী হৈনবী ওইখিরম্মী। ফোতো শিন্দোক্লগা য়েকপা ফাওবা য়াওখি। কোলেজগী পোষ্টর য়েকখি। অতুবু ঐ থোইদোক হেন্দোকপদি ওইখিদ্রে। ইশাগী পামজকুবা হায়বত্তুতং ওইখি। মতমসিদা ইখিবা শৈরেং অমদি ৱারীশিংতুনা ঐগী ইবা হৌগৎলকপা মতাংতুনি। লাই য়েকপা, শৈরেং ৱারেংনচিংবা ইবগী হৌগৎলকপা হায়বত্তু ওইখি।

মেগাজিন্দা আর্তিকল হাপ্পবা থিনগৎপসি কলেজগী পুন্সিদগী হৌরে। চহি অহুম মরি থংন-থংননা থিনগৎলি। অমুক্তসু হাপখিদে। অমত্তা মাই পাক্তে। চহি তরামুক্তি আর্টিকল থিনগৎপা লেপ্তে হায়বা য়াই। কান্নদে মহৈ চাদে। কলচরেল ফোরম, মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, মিৎয়েং চেকোঙনচিংবদা চাং য়েংই। চপ মান্নে। ঐখক্তগী পামজবতং মতাখি মসিমদি চুম্লে, ফজবা কয়া য়ৌদ্রতুনা তৌবা ঙাক ওইরমখি। মায়থীবা ঐগী শরুক্নি।

জি, পি উইমেন কলেজ মেগাজিন্দা য়াওখিবা "Students and Politics" হায়বত্তুমদি ঐগী অহানবা আশাগী মমি তম্বা হৌখ্রে হায়বা য়াই। মতু পুম্না ইমিন্নবা অমনি। ঐগী অশেংবদি ওইদ্রে। ঐগী নত্রে। মতুদা মতেং পাংখিবা হায়বত্তুমদি ওইরে। মতুনা অহানবা থৌগৎপা ওইরে।

থাপ্পা লংথোকপিখ্রো। মরুপ-মপাংশিংনা চেনবা হৌগংলমলে নহান্না ; ঐনা ঙসিদা লমথাকমদগী চেনবা হৌরুবনি। হিংলিবা পুন্সিগী পাঙ্গল ইথোক থোক্তে। হেন্নবুম শোনজনলকই। পাঙদবা কুয়োম অমনা তপ্পা তপ্পা ইশা পূম্বা অস্থুম য়োমশিনখি। খল্লি ; অস্থুম্না তুফক ফকচিনবসিনদি ফগদবা নত্তে।

অমুক ই অমুক শিন্দোক্কনি অত্থুগা মল্লবা বাগোস উপু মন্নংদা উফুল থাংবমথৈ, উচি মথিনা থন্না পকপমথৈ ; নোংমা শেংদোকপা নুমিৎ অমদা ৱারী মচা মঙা, শৈরেং কুন্থানিথোই য়াওবা মদু উচিনা খরা চাবা' হৌরম্লে। নোং য়ুবদগী চোত্থনা কোকফাই শুজা কাবদগী চাইখায়খিদুনা মফম মরাং খঙখিদ্রে। নিঙমখিদে। করিবু তৌনরুগবনো খনবদগী অদুগুম্বা শৈরেংনচিংবা অদু য়োন্থোকখি কিলো গুন্দুনা দুকান্দা।

মায়থীবা ঐগী শরুক্নি। মায়থীবসি হৈনরে। পেন্দবা হৈনবীনি। পেন্দবমক্তনা অক্ষবা ওইহন্দ্রে। পৈশাগী মথৌনি লাইরিক অমা পুথোকপা। লাইরবদনা মায়থীগদবনি।

ইং ১৯৮৫ গী চহী লোইশিল্লক্কদবা থা অম'নি ৱাংলিঙৈদগী লাইরিকসি পুথোক্নবা ৱাখল অমদি থবক পায়খৎপা হৌখি। মরকসিদা প্রেসকী খুদোং চাদবা, ইশা নারকখিবা শেল-থুমগী অৱাবা কয়ামুকসিনা ইং ১৯৮৬ কী চহি লোয়রমদাইদা পুথোবপা তাখি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারী থৌদোক, মফম, মীং অসিনচিংবা অসি কনাগুম্বা মীওই নত্রগা মীওইশিংগী য়ুমফমদা শাগৎখিবা নত্তে। করিগুম্বা মান্নবা য়াওরল্লবস্থু মতু চুম্নৎগী চানরুবনি হায়না লৌবিগনি।

মীয়াম মমাংদা পুথোকপদা লেমজফম ওইবত্থুস্থু থোকত্রে। ফজবা ফজদবা খিদনা অঙম্বা হৈ-লৈ অত্থুত্থং মণিপুরী সাহিত্য

লৈকোন্দা কচ্চবা ফংবা অদুতমক নিজরি। খঙ-হৈবা লৌশিং হৈবা অদুমদি ওইহৌদবনিনা লাইরিকসি ফজবা ওইনদি থোক-লরোই।

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা পদ্মা প্রিন্টরসকী তামো চন্দ্রমনি অমদি অতৈ ইচিন ইনাওশিংনা অরা-অনা থিদনা হোৎ-নবিখি। মসিগীদমক লমন তোনশিঞ্জরবনি।

"নীংশিংলুবদা" হায়বা লাইরিক অসি য়াম্লমক মঙম শান-খিদ্রবস্থু পুথোকচরে। মসিমক ঈশ্বরগী থৌজালনি হায়ফম থোকই।

—অইবা

# য়াওরিবশিং

# দিপা

মানদি মাল্লিদা—হায়স্কুল ওইরিবৈগী পুন্সিদা খঙনখিবা মরুপ কুমার, অস্মুম পুক্কিংদা খম্ন-খম্না সাইকল অনিদো মায়োক্ননা-নকশিন্নরক্লবত্থুদদি —ওহ : কদোমদনো তৌখিরিবসিবো। তশেংন-মক্তি সুরেশনা কৌরিবসি কৱিগুম্না কুমারনা য়েংলক্লমগ্রবদি কৌন-রোইদৌবগী মওংনি। কৌনরবত্থুদদি সাইকলগী খোংজেল য়াং-খিবনা খর-খরা হেন্দোক্লক্লরবা তুংদা মায়-মায় অমুক লৈনহুনা য়েংনৈ। অমনা য়েংলবস্থু অমনা য়েংলকলমগ্রবদি মায়োক্নবগী লম্বী মত্তেকী মতাং অত্থু গাড়ীগী ব্রেক হায়ফেৎ ফাবা নত্তনা সুরেসকী সাইকল থৌবা লেপলমলোইদবনি। কুমারস্থু অত্থুমঙাই। মানা মানা থোকপা চৎনখিরমগনি। কুমারনা খল্লিবস্থু মসিদগী থোইনা খেন্নরয়োই। লাইরিক হৈরগা অমগা অমগা উশিংনগ্রবা—অত্থুগা চৎয়েংনবা অমদি ফাওনরিবনি। ফজবা হোতেলদা কলেজা তৌবা, কেশন য়াওবী মুপী মচাশিং আশা তৌবা, কলেজগী লেকচর তাবদা কান্নগ্রবা দত্তিনা পুল্লবগুম ওইগ্রবা কয়া, অকাম্নপেৎকী জাৎ সংসারগী বারী শান্নবদা, লাইরিক তম্মি হায়বদি খংহল্লিংদ লোম্না অমদি কোংনা দিপার্টমেন্ট কয়াদা খবক তান্নবদা হোৎগ্রবা কয়া, পোকখায়রবা সাইকল ত্থাব তায়ব শিনবা ওমদহুনা লৈরিবৈদা ইমাগা পাবুংগা লাওনরকপগী তাঙমগ্রবা বাহৈ কয়া, মরকসিদা অশেংবা মুংশিবা খিবদা দোক্তোরেট ফংহৌদবগী নীঙবা কায়বা মওং কয়া, মুংশিবগী করবারদা শেনমাং হোৎপদা কয়া, রাখলনা লুমলবা মুমিৎ কয়াদা অঙাংশিংনা শান্নবদা ওহাক ওহাক য়েংহুন' লেনগ্রবা মতম, য়েন লোইহুনা লোন লোহুনা

পৈশা তানবদগী ৱাখল, ঠিকা তৌহুনা কার তোংবগী আশাজাং, হৌজিক্না খোৱাংবা লাংতক্লবা অমদি পেন্দবগী কুয়োম্না থল্লবা মখোয় অনিগী মায়থোংনি। নোক্কবা ৱাদহুনা নোক্লবা ঈ-থাংবা ৱাংলবা কংলবা মিনোক অমগা লোয়ননা কুমারনা পাওখুম পিরমই —খংত্রেদা পুন্সিসে মপুক লাম্নবা থনজাওবু পুল্লিবা উচুক্নে। থবক ফংদে হায়বদি হায়নিংত্রহুনা থবক্না মরি লৈনবা পরিক্ষা, ইন্টরভিয়ু কয়া য়াক্লরিবা অহুম্ মায় পাকলক্কবগী মরম ফোংদোকনিংদবনা।—সুরেসনা খুমই ওন্ন-তৈনবা পুক্নিংগী ৱাখলদা—খংত্রেনে মাস্তর তৌসিরা হায়না মিংচন ফোর্ম লৌবা লাকপনি। কুমারনা হায়দি হায়নিংদনা অহুগা চিনহায় ওইনা হায়দোকপ্রবদৌনা হায়রম্মী—হোয় ঐসু ফোর্ম থারী হায় করম তৌরিবনো হায়হুনা য়েংবা লাকপনি।

সুরেস—নত্তে হৌজিকপু কদায়দা লৈবিরিবগে ?

কুমার—আই, টি আই তাকয়েলদা মহুৎ পুবা ওজা ওইনা লৈরি। মহুম্ চহী অমথক্কগীনি।

সুরেস—ও অহু লোইরগা সার্ভিস অৱাংবা তাম্নবা য়ানবা মাস্তর তৌগে সিনিনে।

কুমার—অহোই, অদোমদি থবক ইথ্যাংসি—।

সুরেস—লাওনে অসুবাইসিদা ফমলুসি ৱারী নুংঙাইরি। মখোয় অনিমক সাইকল পায়হুনা লম্বীগী নাকলদা মফম চাবা য়েংহুনা খামলগা লম্পাক মচা অমদা ফমথনরকই। সুরেসনা ৱারী হৌরকই।

মরুপ ঐসু বি, এ পরিক্ষা থাবগা নহাক্না স্কুল অমথক্কী ওজা ওই। চহী অমা ওইববু পৈশা মঙা ফংদে। তাবিরমগনি ওজাশিংগী চম্মা হেনবা স্ত্রাইক, ইস্ফালগী

মরু ওইবা লম্বীদা দাবী তৌবা অন্দরন, হন্দকনু ওজা ময়াম পাক্নকননা শিবগী থোংজংদা চয়া হেনখিবা।

নোংমা ইমায়বা মরুপ অমনা, মহাক চহি অহুম ময়িয়োম লৈরুরে হায়—ফুম্বিং তুবনি ময়ুমদগী লোম্না চেনখিবনি হায়বসি মহাক্না বায়ীদগী খঙই। পৈশা তানবগী লানকমদা কন্না মায়ো-ক্নরিবা মরুপতুগী মচিন্দগী পাউ ফংনহুনা নাগালেগুদা ওজা ওইবা চৎলম্মী। চৎলমদাইহুগী মতমদা ইমাগা পাবুংগনা চীংদা ওজা ওইবা চৎহলনিংখিরমদে। লৈত লাইরগী মৈথুনা কুপখিবনা চৎলুনু শুরেস হায়বা বাহৈহু হায়বা হেক ঙমখিদে। তঙাইকদনা পুন্সিগী লানকম ওইখিহুনা চৎপা তাখিরম্মী।

চীংগী লমনি। মতমহু ফেব্রুয়ারীগী তাং ১৪ নি। পুন্সিগী লানকমনি, পুক্নিং নৌরম্মী মফমহু হেক য়োবগা অঙম্বা চীংমায় অম্না হেক কাবহু হুমাং তপ-তপ তারম্মী। লমদি য়াম্না শাং-খিবগী বা নত্তে, গজ চহুমলোমতনি। থেঙ্গাং অহুমলক পোগ্থারম্মী। অহুবু ইংলিস স্কুলগী ওজা ওইরুগনি খনবদা অরাবশিং অহু কাউথোক্নুনা পুক্নিংদা অনৌ-অনৌবা আশা ফাওরম্মী।

মুমিত্তু পুন্সিগী অহানবা ক্লাস লৌবা ওইরম্মী। স্কুল ছুটি থারবা মতুংদনি। সুংথিলদনি। স্কুলদগী ইরাপ লাপ্তুনা লৈবা ছাত্রী খর লাক্লগা ঐনা কার্টরগী ভেরেণ্ডদা লেপ্তুনা মনাক্না অনৌবা অমদি অরিবা শঙ য়েংবহু ঐঙোন্দদি পুম্নমক অনৌবা ওইনা ওইরম্মী। স্কুলহুদগী ইরাপ লাপ্তুনা লৈবা ছাত্রী খরদি ঐবু মৌ অনৌবিগুম য়েংবা লাক্লম্মী। মখোয়না বারী হৌরকই।

ছাত্রীশিং—Good Morning Sir

ঐনা —Yes good morning

—Where are you coming from, sir ?

—Manipur

—Oh : are you a Manipuri ?

—Yes, I am a Manipuri.

—Which subject do you concern ?

—Mathematics

বারী বাতাইবিনা মখোয়গী বাঙাং য়াম্না শমজিল্লি। মখোয় মশেন ওনশমহৌনা নোকপহু উরগা ঐস্মু নোকলম্মী। খরা চাওবী ছাত্রি অহু শিতেনো কৌরম্মী। মহাক্না হায়রম্মী।—

শিতেনো—Name

ঐনা—Suresh

—You are very good because we can follow easily.

—Is it true ?

—Yes it is true .

করি করিনো য়াম্না হংজিল্লকই, ঐস্মু খরমখৈদি চুম্না খুমখিদ্রে। মনিপুরিনি হায়বহুদা খরা হেন্না পামজরবা হবাওরবা মওংদা সিতেনোনা হায়রম্মী 'I love you' ময়াম বা লাওনা নোকখিরম্মী। অস্মুন্না বাহং পাউখুম তৌনবহুদা লাংবা নিনবা মপুং ফারম্মী।

ঙুমিদাংবাইরমনি। চর্চকী কাংশি মখোলনা পুমনিল নিল্লম্মী। অরাপ্পদগী চীংমী মুপীমচাশিংগী অপুনবা খোস্হোক্তা শকপা লাইশোন ঈশৈ তারম্মী। চীংথক্তা চিংখাদা চর্চকী মখোল তারবা অহল, নহা মুপীমচা কয়ানা চর্চতা লাই খুরুমবা চৎনরি। মমশিলমমশিল্লক্লগা মখোয়গী মায়খোং খংনত্রবা অহুদা মীওইশিং অহু চৎলি হায়বতা খঙলম্মী অহুগা অরাপ্পদা তাম্না উথ্রিবা তম্পাক মচাদা উথ্রিবা বীজলিগি থাউমৈশিং হেন্না হেন্না লংনা ঙানখৎলকখুম তৌরি অহুগা তনিক তনিক্লি।

থংনবা কানি; ক্লাটরনি। মখোয় সিতেনো অমস্তুং দিপানি হায়বসি ৱারী খরা শাল্লবা তুংদা খঙনরম্মী। তৌবদি মখোয়না ঐবুস্তু শক খঙননিংবা ঐনস্তু ৱারী শানদুনা অমগা খঙদোক্লবা পাম্বদগী সিতেনোনা হায়া কৌশিল্লকই—Sir please come here. ঐস্তু চংশিল্লগা দিপাগী কাদা ঐখোয় অহুম ফমলম্মী। অহানবদা দিপানা হংলকখি। (হায়না ৱারী খর শাল্লদুনা সিতেনোনা ঐগী মরম খরাদি অহুম খঙনরম্বা মাল্লি)

দিপা—Sir, how is your festival ?

ঐনা—Our festival is very luxurious and comfortable. It is very happy.

মৈঙালদা মখোয় অনিগী মায়খোঙ য়াম্না ইংন-তম্না মওং ওইনা উরম্মী। দিপাগী মখোং অনিদু ফমুংদগী য়াম্বদুনা হাইরি। সিতেনোনা তেবলদা করি করিনো খর খোংলি অদুগা মরক মরক্তস্তু মচিন্দা কলম অদু চিকপস্তু য়াওরম্মী। মখোয়না হংনিংনা হংলকপা ঐনা খুমনিংনা খুম্বা কয়াগী মতিক মুঙাইবা নোমহৌ নোমহৌ চৎপা ঙাম্নুনা ঈশিংদবু তাগ্রবদি মনিং তম্না অপাম্বা মওংদা লৈজবা ফংবগুম্বনি। দিপাগী মিনোক ইংই-লেমজনিঙাইনি। ৱাহং হংলকপা খুদিংগী ঐঙোন্দা অমুক-মুক হাইফেৎ ওনশিল্লম্লগা মখোয় অনি ওনশিম্লদুনা নোকখিরমই। থাবল চোংবগী মৈঙালদা মথল মথেলগী লৈজবী থাদুনা লৈতেংবা নাল্লবা ফিজেৎশিংগী শাবি-শানৌ কয়ানা খুৎশম্লদুনা অহিং খেংলক্লাওবা থাবল চোংবগী ৱারী মখোয়না হরাওনা থৱায় য়াওনা তাজখি। করিগুম্বদা দিপানা আসামিজগী লোন; সিতেনোনা অঙ্গামি লোন ঐনা মনিপুরী লোন হায়নদুনা চেদা ইনদুনা ৱারী শাৱা অদুদস্তু হেম্না মুংঙাইবা পিখিদবদি নত্তে। সিতেনোগী মুম ক্লাটরদগী গজ চাম'মুক্তনি। খোইনা লাপলমদে। লোন হন্দোক হুঞ্জিল তৌনবা অদুদা

ঐনা শোয়বা কয়ারক মখোয়না হরাও মোমোনগা লোয়ননা চুমখোরকখিরম্মী। মহুদা মখোয় তম্বা লৈতে। অমনা অমবু খঙননবা হোৎনরকপা অহুনা ঐস্থু পুক্নিংনা পামজবা লোন খর তম্বিখিবগুম তৌরম্মী। সিতেনোগী মশানানবা অরংবা চেন ঘড়ী অহুগী মমায়দগী খক্তোরকপা মঙালনা ঐগী মাহ্মদা করি-গুম্বদস্থু তারকখিরম্মী। মহুনা মাগী ফজবা হেক্সংখিরমই। পুং অমরোম বারী তৌনখিরম্মী। খাওমৈ মঙালদা উখিবা দিপাগী মায়খোংনা ঐগী খম্মোয়দা অনৌবা আশা পিরকখিবহু ঐ মতম কুইনগী ওইরগদ্রা চিংনরি।

হৌখিবা মুমিদাংদা দিপানা মপাদা ঐগী মরমদা খরা বারী তৌনরহুনা খঙলবগুম তৌরহুনা মথং মুমিংকী অয়ুক্তা ঐনা চিন-র‍া শেংবা লোইহুনা শমজেং হাংলিডৈদা কৌরকখিরম্মী। শর্ম্মা কৌই হায়।

Sharma—Good morning

ঐনা —Good morning Sir

—Where is your village or town in Manipur ?

—Imphal

—What is your qualification ?

—B. A. ( Mathematics )

—Yes, All right, please guide my only daughter who stood first in Nagaland last year in class VIII.

ইংলিস ভাংবদা কিদ্রবা ভদ্রলোক অহুনা আর্ক খঙদ্রবা রাহং কয়াদা ঐবু ভাওহনখিহুনা করিগুম্বদা বারী বাখোং গুখি-দ্রবস্থু মসিমদি ময়েক শেংনা খঙলম্মী মহুদি—দিপাবু খা অহুম প্রাইভেত তম্বিয়ু হায়রনি।

মপাবুং ওকিস চৎগ্রব মতুংদা ফিগুবা লোইরদুনা ফি ময়াম অমা ফৌবা লাক্লিঙৈ মতমনি, ঐনা কৌরম্মী—দিপা, মহাক্না Sir হায়না খুম্লকলম্মী। মতাংদুদা মহাক্না মমায় লৈথোরকপদো ঐভোন্দা কখিগুম্বা খরদি ফাওরবনি। লোন কয়া শুক্লিবা ঐনা মহাকপু কৌবসি ঐগীদি অচৌবা থৌনা ফবগী মওং অমগুম থল্লম্মী। ঐনা হায়রম্মী—come here। ফি ফৌবা লোইশিল্লুরগা মখোং খুবোম ফনেক মতোন ইচোং চোংলদুনা চঙশিল্লক্লম্মী। ইনাক য়ৌরক্লুবদুদদি মমায়দু ঐঙোন্দা কুইনা ওনশিন্দুনা লৈবা ঙমদ্রমাল্লে। Sir what ! হায়রম্লগা মরু লূকথ'থরম্মী। মহাক্না ইকাইদুনা কুইনা লৈবদু ঐস্থ পামলক'খিদে। খুদক্তা ঐনা হায়রম্মী —Have you a text book of Mathematics ?

দিপা—Yes

ঐনা—Bring here once.

লুকথরুবদা চোইজাইনগ্রবা লাইবকী শম্লাং থরদং খোমগংচনবা লাক্লবদা ফি শুক্রবগী চোংলবা নৌরবা থম্মৌগুম্না ঙৌরবা পাম্মোম ঐনা উজখিরম্মী। খুনমক মহাক অচোংপশিং তৈথোক্লগা অঙ্ক লাইরিক অদু পুরকলম্মী। মহাক্না চঙথ্রিঙৈদা ঐনা ঐগী কাদা চৌক্রিদা ফমলম্মী। মহাকসু ঐগী কাদা চংলকই। ঙেবদ্দা থমদুনা ঐনা লাইরিক্তু ফাকপা হৌরম্মী। হৌগৎলকপদা ঙাইরি। ঐনা হংখি —Say the syllabus, মহাক্না ঐগী ওই-ওইননা লেপ্পদুনা নোঙ্ঙরকলমই। অদুগা ঐনা চেনা ফাক-ফাকুনা মহাক্না মতাং মতাং তাকলকখি—,This and this হায়রদুনা। অম্মুম্না মখুৎনা থিন-থিন্দুনা তাকলকপদুনে, মহাকী নৌরবা মমায়দুস্থ নোঙ্ঙরকপনে ঐদি মহাক্না হায়রিবা পাম্না মতাং অদু ও-ও হায়দুনা ঙকতি নোমললগা বাখলদি অমদা কৈদুনা চৎলম্মী। মহাকী থজাই ঐগী থজাই, মহাকী য়েৎথংবো লেংজুম্না মরক মরক্তা ঐগী মায়দা

থেংগে থেংগে তৌরকপহুদা ভরং মালংদা বাথল তাওবা হৌখিরম্মী। দিপাগী মপা শম্ম', সুপারিতেন্দেন্তনি। কেন্দ্র সরকারগী মথাদা শিলোংদগী ত্রান্সফর তৌহুনা মফমসিদা থবক তৌবা চহি অনি-রোম ফারে হায়না তারম্মী। মচান্নুপী দিপানা অহলনি। মচাগী-দমক থবায় লুপচবা মপানি হায়বসি মহাক্কী বাডাংদগী ঐনা-থওজখিরম্মী।

সুংথিলগী মতমদা কেরোম শাম্নবা ঐখোয়গী হৈনবিনি। নোংমদি সরকারগা ঐগা মিচং, সিতেনোগা দিপাগা মিচং ওইহুনা শাম্নবহু ঐখোয়নদা থোইবহুদা ঐগা দিপাগা, সিতেনোগা ওঝা সরকারগা মিচং মিচং ওইনরম্মী। মায়থোংদদি করি গুম্বা অমতা থন্দবা চিংনবা লৈতবা মওং ওইনরবগুম তৌরবসু থম্মোয়দদি ইথিল অমা ফাওনহুনা শাম্নবহু খুংশাম্ন অমা ওইখিরম্মী। মুমিত্তু দিপা কেরোম হৈত্রবসু পানবা মুমিং ওইরুরমাল্লে, অরোইবা কেরোম মক্ক মহাক্কুদা থাদহুনা লোয়শিনবহুদা সরকার ঐখোয় অনিদি গেম অথোইবা খুদিংগী খুং শোক্কবগুম সিতেনোনা খুং শোক্কনবা হায়রম্মী। তশেংনমক্তি ঐস্নু শোক্কনিংবনি অহুবু করম্না মুপী মচা অহুগা খুং শোক্কগনি খনলুবদা থম্মোয়দা খাংডমদ্রবা ইকাইবা অমা ফাওরিবনি। অহুবু ঐদরা—নত্তে মহাকসু সিতেনোগী বাহৈদা খুং শোক্কনিংবগী ইথিলদি লৈরগা ঐগুম্বী মুপীমচা অমনা করম্না ওঝা অসিগী খুং শোক্কগনি থনবগুম তৌরি। ইকোই কোইনা হৈনদবা মওংগী মায়থোঙ অমা উরবসু গেম থোইবগী হায়ফেং নোকখি নোকথি তৌহুনা লৈরিবা দিপাদা খুং শোক্কনবা ডহাক খঙ্গানরুরবা তুংদা ঐনা মুপানি হায়হুনা খুং থাঙ্গংলুরগা মহাক্কা অমুক থাঙ্গংলকত্রবদি ইকাইবনা মায় ডাংগনি খনলুরবসু মিকুপ খর অহুদা থৌনা ফংহুনা থাঙ্গংলি। মহাক্কা থাঙ্গংত্রবদি ঐনা ইকাইখিগদবা অহু খনবদা, নত্রগা গেম থোইবগী মুংডাইবা অহুদা

বাখল লুপখিবনা মহাক্কী মথুং থাঙ্গৎলক্লম্মী। মহাক্কী মমিং তরুবা মিংশ্নানা ঐঙোন্দা য়েংবদি ওমজখিদে। মমায় খজিত্তং লুকথরগা থাঙ্গৎলক্লিবা পাউদম তৈরবা মথুত্তু ঐনা অমুক শোকহৌত্রবদি মহাক্তি মুপীনি কুইনা থাঙ্গৎতুনা লৈবা ওম্লোই, ইকাইথিবিনি। অতুগুম্বা থম্মোই অনিগী লোনথোক্তবা মরোল অমনা চিংশিন্নব্রিতৈ ঐনা মহাক্কী মথুং শোকচরম্মী। মহাকস্থ ঐগী খুৎপু কম্না পায়-শিন্নকখিরম্মী। অমুক অনিরক নিক্লরগা থাদোক্লরম্মী। থংনবা মিকুপ্তা সিতেনোনা খংলাও লাওরম্মী—সবাস! অতুগা হৌনা হৌনা নোকখিরম্মী। মতুদা সিতেনোদি মখা তাথ-তাথ নোকখিরম্মী। অতুগা ঐবু উবা খুদিংগী মতুদা তমতুনা ঐবু লক্লরমই। ওঝাগা ছাত্রীগা মরি লৈনবদা লাক্কদবা খুদোংখিবা অতু খল্লবদগী দিপাদা পিগে খনগ্রবা চিঠি কয়া ইর-ইরগা মতোকখিবম্মী। (খুঙ্গংগী কাচিল অমদা লাইরিক ময়েক খঙজহৌত্রবী করিগুম্বা মতমদা ইন-চিংবনা মথৌ ওইরবী, ইবেমহল, তামহৌরবী মহাকস্থ লৌ লিংবা চত্তুনা ঐগীদমক খল্লিবা বাখল কাউনবা হোৎনত্রা করিনো মওং অমদি ঐগী ইম্ফালগী মরুপ্না থারকপা চিঠিহু পারগা খঙবা ওম্লি। সহরগী নিল খোংবা মরক্তা অকে অমৌ অমদি ইরাং থোইনা লৈত্রবী মহাক অদো ঐগীদমক্তি হায়তুনা চৎলমদাইদা খরচ ওইনৌ হায়তুনা লুপা থরস্থ পিরকখিবতু খল্লরগা মহাক্কীদমকস্থ বাখলদা অহিং কয়া তুমখিদবস্থ য়াওগ্রবনি মরমদি মহাক লাইরবিনি। লাইরগ্রবী মহাক্না ঐগীদমক্তি পাম্মুবা লৈতনা দেশা উপায় তৌতুনা পিরকপতু খল্লরগা মহাক্কীদমক ঐস্থ লেপ্না মতিক চাবনি নত্রবদি মহাক্কী পুন্সিদা পিরাংনা পিরোইনখিবা য়াইকো খনখিদবদি নত্তে)

চহিগী ওইবা পিকনিক চৎপা মতম ওইরক্লতুনা কুলতুদগী কিলোমিটর নিফুমজারোল লাপ্লবা মফম অমদা ওজা সরকারগা

ঐগনা লময়িংছুনা চৎলি। মযমছুদা নুংলক্কা চেনবা ভুরেল অমস্তু লৈরম্মী। পুল্লপনা ছাত্র ছাত্রী কুনলোম হেন্না চৎলম্মী। মফমছুদা দিপানা চাক হাপ্পি, সিভেনোনা য়েন্নাং হাপ্লম্মী, ওজা সরকারনা ইরোনবা হাপ্পি, ঐনা শিংজু হাপই করিগুম্বা কান্দা, অভোম্বা ছাত্রী থরস্তু ঈশিং য়েনবা অমদি ময়াম লাংবছু য়াওরমই। ওজা ঐখোয় অনিনা অহুম্বা ভৌবছুদা ছাত্রী অমনা হায়রম্মী—Sir, please sit and we shall do it personally। দিপাগা সিভেনোগা মখোয় অহুম/মরিদি ময়ামগী য়েনবছু লোইরগা কোম্না চাখিরম্মী। সিভেনোদি বা ভাংবদা কয়া কোইদবনা Sir হায়না কৌ কৌছুনা pork থোংবছু থাবৈ থন্না থন্না হাপচিল্লকখিরম্মী। ঐনা ওক্লে হায়না হায়না হাপ্লকপছুদা ঐনা who will eat হায়রগা হৌগৎলগা মনা চিংগে ভৌবদা সিভেনোনা থাবৈছুমগা চেনখিবছু উরগা দিপাস্তু মতৌছুদা মমায় ওম্বোক্লগা নোক্লা নোক্লা ময়ামগী চাক হাপখিমাল্লে।

পরিক্ষা ময়ানি, ওজাশিংনদি শাওনরবনি করিগী পরিক্ষা ময়াদা ছাত্রি প্রাইভেত তম্বিরিবনো হায়ছুনা। দিপা অমস্তুং সিভেনো থারগা মখোয় মরিনি ঐনা প্রইভেত তম্বিবা। মতাং অসিদা ওজা সরকারনা হায়খিবা অমদি লৈ মছুদি Sir Suresh, you will not offer tuition in this time because examination is knocking at the door. I knew they were coming to take advantage of question suggestions. অহুবু মসি খঙনা তমশিল্লুরবনিনা নোংমস্তু মনা চিংছুনা বারকই, মনাভোন পায়ছুনা করিগী য়ুমগী অক তৌরক্কে হায়ছুনা চৈহৎলি ( করিগুম্বদা মনমদা পোপ পোপ ফুছুনা বারকই। ইকায়ছুনা মকি ভাশন থোমজিনবছু উরগা ঐভোন্দা হেন্না বাথলগী মথৌ শঙখির্ম্ম। মথোয়না অচাপোৎ লৈরকুনা পুরকুনা চামিন্নছুনা লাইরিক তম্বীবগী মছুভা লাংছুনা ভোকপস্তু কোগাই কয়া ওইরম্মী।

মুখিং মাপল্লিগী পরিক্ষা অছু ঐহাক্লা রুম নম্বর অমগা অনিগদা তাহুনা ইনভিজিলেতর ওইবছুদা মখোয় অনিবু খোয়-দানা য়েংজরি। মতমছু কাহুগী ছাত্র-ছাত্রিশিং অয়াম্বা লোইন-গ্রবা ওইরম্মী।

ঐনা তেবলদা ইচাও চাওনা ফম্লি। মখোয়না ইমাংমক্তদা ব্রাহংগী পাউথুম খুম্নবা লাক্লহুনা কলমগী ময়ি শিম্বনবা লাক্লরি। ঐসু চিক্লবা কাহুদা মখোয়বু য়েংহুনা লৈবহুদা থংনবা কাশিংদগী ওজাশিং লাক্লুনা ঐডোন্দা ব্রাদি ঙাংদনা ইঙ্গিৎ তৌরক্লম্মি, মঙ্গিং থংচিন্নক্লম্মি। অহুগা ফাগীগী মওংনি তাক্লুনা নোকশিন্নক্লম্মী। মখোয়সু ইকাইহুনা করিনো থর মখোয়গী চিরোন তৌনখিবগুম তৌরম্মী। মহু Sir Suresh অসি মতা অমনি হায়বগী মওংনি। করিগুম্বদা মতম লোইশিন্নক্লদাইদা সিতেনোনা ব্রাহং থরা থংত্রহুনা হংলকলম্মী। ঐসু কোইশন্দু য়েংলগা খোন তপ্পা পাউথুম পিরম্মী। পাউথুম ফংলবহুদা মখোয়সু ইঙ্গিৎ পিনখি হরাওনা হরাওদবা শাশিন্নখিরম্মী।

পরিক্ষা লোইখিবা কুইখিত্রিডৈ ইন্টর স্কুলগী স্পোর্ট সেলে-ক্সনগী মতমনি। দিশা লাকই। স্কুলগী লম্পাক্লি। হৌজিক্তি মহাক্লা ঐবু কয়া কোইজে। য়াম্না চম্না হায়রকই—Sir how much did I secure in Mathematics paper? ঐনা খুম্লম্মী —All students passed. অহুম ওইনমক থাজত্রহুনা অমুক্তা হায়ক্লম্মী (মাদি ঐনা নোকখি-নোকখি হায়রহুদা থাজ-ত্রবা ফাংনি ফাগি ওইনা খল্লবমাক্লে) Sir, please give pass marks (ঐসু তাখি—হৌখিবা চহীদা অদদা ছাত্র অমত্তা পাস তৌখিদে) মহুননি মখোয়না থবায় য়াওনা হংলক্লিবা। অহুবু মপুং মৈরৈ ফাবগী মহাক্লা মহাক্তী নৌরবী খুংনা ঐগী পাম্মোম খুদাং পায়হুনা হেন্না কেথ নৌথনা হায়জরক্লম্মী—who is the

first, sir ? চাগদবগুম লোম্না য়েংজবগা ঐনা মরেক শেংনা পামজনা হায়—'you' মহাক্না নোকলম্মী—মখা তাথনা অমুক ঐনা খুমই 'I am telling the truth', হেন্না হেন্না নোকখিরমই অতুদগী মখোয় খজিক্তুং হরাওরম্মী হায়বতু মখোয়গী লাওতক্লববা মাম্নখোঙদগী ঐনা উবা ফংজরম্মী।

দিমাপুরদা মুমিং হুম্নিগীদমক ইন্তর স্কুল স্পোর্ট মিট পাং-থোক্লিউ মঙ্গুংদা নিনি চনবা মুমিত্তা ঐমু মখোয়বু য়েংশিনবা চৎলমই। ঐনা হেক য়োবগা মখোয় মঙা তরানা ঐবু খুৎ শোক্লে। মুমিং য়ুংবগী ঙহাক পোত্থাবা ওইনা লৈরম্বা তাঙ্গা থোকপতুদা ঐনা লৈরকপা বিস্কুইট য়েম্লোক্নুনা পিরমই। মখোয়না thank you, sir হায়তুনা বিস্কুইতশিং লৌরগা চারম্মী। সিতেনো-না বিস্কুইত চাবা হেক লোইবগা হায়রকই – sir, it is very hot so you need cool, নোকখি নোকখি তৌনা তৌনা লোম্না নাকলদা ঐগী নঙ্গলদা বরফ মচেং অমা ঐগী ফুরিং মঙ্গুংদা ইনশিল্লকই। বরফ মহি লাংথোরক্নুনা ফুরিং চোংলে। ঐনা ফুগদবগী তান্নৈ মানা হেন্না লমজেল য়াঙই, হুর্উলদা কাষ্ঠত ভাই হায়দি ঐনা কোম্না খঙলকখি। ঐগী ফুরিং চোংপতু উরগা বেঙ্গন্দি ওজাতুনা নোকই। তুমিন্না সিতেনোনা চংশিল্লক্লগা হায়-রক্লম্মী Sir it is enough.

ক্লাসতা পারা হংবা খুদিংদা অচুম্বা পাউখুম পিতুনতা লৈপ্রবী দিপা ঙসিদি Inter School Sports Meet তা মরা মথুম ফংলকপগী চাক চানবগী পার্টি অতুদা এঙ্গাং শোইরি শোরি মচা অমা পাম্বরতুনা, ময়াম লাংই থরনা কাগী তৌরকই, আলু থায়-থরনা, মরোই শোইজিল্লকই পুল্লাং লাংলমই। ওজা সরকারনা হান্না উরক্লতুনা হায়রকই – what happened ?

ঐসু ওনশম্দুনা য়েংলুবদা দিপাগী মখুৎ খুদোম্বী শোক্লে হায়বা থওলম্মী। ঐসু ঐগী ক'টরগী কাদা চেল্ল্ হুনা ডেংতোল লৌনবা লাক্লরি। ডেতে'ল লৈরবসু লশিং অমুক খিবা লাক্লরি। মতমদু মহাকসু মথন্তা ঈ-তপ তপ তারহুনা ঐগী নাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্লা অহুম্না লাক্লনি হায়বা ঐ খাজ'খদে। মখুৎ নামনা অশোকপা পায়হুনা ঐনা মাগী অশোকপা মকমদা ডেতোল চোৎলবা লশিং নপশিনবিরম্মী। ঐনা ঐগী রুমাল মচেৎ অমা শেগায়হুনা বেন্ডেজ য়েৎনা য়েৎনা মাগী মায়খোং য়েংজরম্মী। অসুম্না ওহাক মা-ঐ মিৎচানরম্মী। বাদি অমত্তা হায়নহৌদে। খোং-খাকপা লোরইহুনা চাক-এঙ্খাং য়েনবহু দিপা সিতেনো মখোয় অহুম শুরম্মী। ঐনা ওক্লে হায়রমক্কুদা য়েন খোংবহু হাপচিল্লকখি। ময়াম তোক্লরম্মী। মতমসিদা নোং থিংলি থিংলি তারম্বদগী কম্না চুথ-রক্কুনা মখোয় তরামশা থিনবা তারম্মী। ছাটিন অনি লৈবহুনা মখোয়গী কোম্লদবনিনা নোং হাংবা ওহাক ওাইরম্মী। হাংলোই-দোবা মওং উরহুনা মখোয় অনি-নি অহুম-হুম পুন্দুনা মখোয় মখোয়না ইল্লকপা ফিনা কুপ্লু্না চৎপা হৌরক্লম্মী। মমলবা সুমিদাং মতমদা তোর্চ লাইত অমখক পুহুনা মখোয়বু সরকার ঐখোয় অনিনা থিনবহু অঙম্বা অনানবা চীংমায় অমা কুমথহুনা স্কুল হোষ্টেলদগী তাউন তাম্না থিনবগী লম্বীনি। শুংথিলদগী লাংলকপনা সুমিদাং ফাওবা লাংহুনা ছাত্র-ছাত্রিশিংগী অহল লম্মন্নদি মখোয় মখোয়গী মচা-মনাওশিংবু ওকপা থিবা লাকপসু য়াওখিদবা নত্তে। কম্না তারক্লিবা নোং অহুনা কুপ্লিবা ফিবু লোয়না পূমচোং চোৎলম্মী। অঙম্বা চীংমায় অমা কুমথবগী খুদোং থিরবা মতেক অমদি নোংনগা কম্না তাবনে নানবনা চৎপা ওমত্রবা মতাং হায়বহু খোক্লম্মী। মহু কুমথবদা অহানবা মীওই অমদি নাম্থ্হুনা অঙম্বা অতুদা পায়থরমই। শোকপা

খোংপদি য়াওহৌরে। মতুদগী ওজা সরকারনা মখোয়বু মথুং শম-শমহুনা কুমথবা অতুদা য়াম্না চেকশিন্না মতেং পাংখি। অরোইবদা দিপা মথক্তা মঙাইরম্মী। অতৈ লোয়না কুমথনখিরম্মী। মহাক খঙানহুনা ইকাইবোই কবিবোই লৈরম্মী। মহাক মথক্তা কুমথজনবা হোৎনরম্মী। থক্তিক্তুং কুমথবা হৌরকপা অতুদা তুগে তুগে তৌরহুনা মথুং কং লাওনা হায়গৎলকপগী তাঙা অতুদা ঐনা মথুং অতু তাপ ফাহুনা তুরমগদবদগী ডাকখোকহৌরম্মী। মাসু হায়মেং লাওখি। Sir হায়না থংকৌ কৌরম্মী। ঐনা হায়রম্মী —I had already said that "follow me" মহাক হেন্না ইকায়বজাৎনি। অতুদগী মাসু অমুক হন্না তুগত্রা হায়হুনা চেকশিনবগা লোয়ননা ঐগী লেংজুমদা পায়রকখি। মতুদগী ইবানিদি মিটর ৪০০ গী লমদা হোংথহুনা লৈগ্রবা দিপাগী কাটর তান্না লেঙ্গোরহুনা অতুমক চৎলে। ( দিপাখোয়গী কাটর হোংথখিবা থা খর হৌখিরম্মী। তাউন্দা খুদোংচাবা খর ফবা নকপা খুদোংচবা য়েংহুনা হোংথখিবনি।)

শুমিদাংবাইরম অমা লাক্লগা সিতেনোনা হায়রম্মী। মতমতু ঐদি লম্পাক অমদা তুমিন্না বাখল তৌহুনা ফমথহুনা লৈরম্মী। মহাকী বাখনদা। Sir Deepa will go tomorrow to Gauhati অতৈ বা থরসু হায়রম্মী। ঐনা খঙলম্মী শর্মাগী ত্রান্সফর ওর্দর লাকুনা চৎকদৌবনি। চহি অমগিনি হায় অতুবু তম্না ডমদে অরেপ্পা খঙলমদে। ঐসু মাবু অয়োইবা ওইনা অমুক্তুং উনজনবা সিতেনোদা পাউ থাখি।

ত্রান্সফার হয়েং চৎপ্রগনি হায়বগী ওসি অহিংদু তুম্না য়াত্রহুনা লম্পাক মচাহুদা খোক্নুনা মাবু ডাইরি। পুংথায়মুক ডায়রবা তুংদা কনাগুম্বা মীওই অমথক খোরক্লম্মী। মহাকতু ঐনদি কনাগুম্বা তমখিবা মীওই ওইহুনা তমখিবা মঙং লাকত্রা খল্লুববনি

অদুবু মহাক্কা নকশিল্লক্লবদুদি দিপাদি হায়রা থজ্জরম্মী। অফিংগী পুং ১১ তারম্মগনি। কনা কুইনা ঐগী নাক্তা লেপই। ৱাখি ভাংনদে।ঐনা মাবু ভহাক য়েংজরগা খোন খোক্‌পা ৱানা নিক্লা মভোন্দা শোম্লখি—Deepa, will you go forever? মহাক মশিমত্তগী পি তারম্মী ঐগী ৱাহংদুদা, ঐনা মাবু অমুক্তং মখুৎ য়েং অদু পায়শিন্নরগা মদুনা পেপ্পদুনা মাগী মৱাইবক্তা মিকুপ থরদং ঐগী চিন অসি থয়গা চিংয়াদগী লিৎথংলক্লিবা খাবল মঙাল অদুবু নীংশিংজরম্মী। মহাক খাঙবা ভমপ্রদুনা চেনশিনখিরম্মী। চিন্তা পুরবা মীওইগুম ঐসু ঐগী কাদা চঙলকখিরম্মী।

গাড়ীদা পোং-চৈ হাপনদুনা অয়ুক অদু পুল্লাং লাংই। সিতেনোনা ৱারী খর শান্নরবা তুংদা দিপাবু খুং শোক্লরদুনা বিদায় পীরি। করিগী মতৌ কোবগে হায়দুনা ঐনদি পুক্লিংদা মাগী ভকশমদা লৈ ছক্লি, মানস্থ ঐভোন্দা লৈ ছক্কদবগী লাক্লরি। নাকলদা চৎমিন্নরিবা সরকারনা Sir Suresh চাক চাক্লরসি লাকও স্কুল মতম য়োৗরক্লে হায়বদুদা ঐ জ্ঞান খংতা তারকখিরম্মী।

অদুদগী মরুপ কুমার, থা খর লৈরগা পাও তারে। লাক্লিবা থা অসিগী অহৌবদা অনৌবা অফগী ওজা অমা লাক্লগনি। ওজাদু মেথমেটিক্স ওনস´নি। মদুদগী ঐসু হৌপ্রবা স্তাফকী থম নৈনবা কয়াদা পন্নখিবা ৱাহৈশিংগী মরক্তা ওজা হেডমাস্তরনা হায়খিবা ৱাহৈ—we have to see the manipulation and accomodation, অমনা ওজা ত্রাইব মুপী ইংলিস ভাংবদা লেমজরবী মহাক্কী ৱাহৈ—yes sir Suresh is very simple but he has no personal activities হায়বদু নীংশি লকখি।

মখোয় অনি অদু ৱারী লোয়ফাত্রিভেদা হৌগৎলক্লগা সাইকল তপ্পা তপ্পা পায়থৎনখিরম্মী। ৱা কন্না ভাংদবা, থবক হৈতবা

লাইরিক হৈবা য়োক্রবা, পাংক্রবা মীগী মকম হৌজিকী সংসার অসিদা লৈত্রবরা হায়না থনবগী মওং অমদি লাংতক্লরবা চিংনরবা মায়থোংনা থল্লবা কুমাররনা—মরুপ সুরেস হোৎনদবদি য়াদে ঐখোয় থবক থিবা তাই। সুরেসস্থ থঙবগুম তৌবি মহাকিসি মচিনবাস্থোংগী বানি তশেংনমক মাগী থম্মোয়দা নিংবা থুংলক্লবগী মওংনা চাং হেন্না লাকশিল্লক্লবা লৈতাক্রবা মুংশা খুর অমথক হোল্লিবহু তত্তনা ফাওরি। ○




## কম্লক চাওবা

ওফিসকী কানি। ইনথংলকপা হায়বসিমক্তবু অনৌবা মফমত্তুদা নকশিল্লিংই। দরকার লৈত্রবস্থ করিগুম্বা পুক্লিংগী ইথিল থরদি মঙোন্দা থম্লিংই। মসি হৌনশা ওইরম্বা তাই। ঐস্থ নোংমা মনাক্তা ফং হেক চংশিল্লগা হংল্লুরেদনা সিনা করম তৌদোইনো হায়দনা, মরমদি মহাক ঐঙোন্দগী থবক তৌবা ঙানবা হায়বত্তু থোকপানিনা, অত্তুগা মাদি য়াম্না ময়েক শেংনা বাহংত্তুগী পাউ-খুম ফজনা থবাই য়াওনা পীরক্লেনে, ঐনা থল্লম্বদি "ওথি ওথিনা খুমদোরক্কদরা হায়দোরক্কদরা, ইস্থোরক্কদরা ময়াম মমাংত্তুদা ইচোপ চোপ্পরদ্রা ?" মাগী ঙাং-শকপগী হৈ-শিংলবা, মীথোন হৈবি, থোং নৌরবি থোঞ্জেল অত্তুনা ঐগী থম্মোয়বু আশা পীথি হায়না লৌফম থোকই। মরমদি মহাকী হরাও হরাওনা তৌবা লমচং অত্তুনা ঐবু করিনো অমা থলহনথি। তশেংনমক্তি ঐনা হংল্লুরি-বদো মহাক নত্রবস্থ মঙোন্দগী হেম্না থঙবা থবক কুইনা তৌ-রক্লবা ওফিসার য়াম্না লৈ। ইকায়থুম্নরবশিং মখোয়দদি হংদ্রগা মঙোন্দনা করিগী নংহৌরোইদ মতাঙ্গম পরপ পরপ হোৎচিন্দুনা থুব্রেমথৈ বাহংত্তু হংল্লুরিবা ? মরুপ মপাংগী ওইনবু ওইরবস্থ নত্রগা মাগা বারী শানবগী খুদোংচাবা লৌবা ওইনবু ওইরবস্থ মরুপ মপাংগী মরিরা নত্রগা অরোনবা থম্মোয়গী মরিরা; শকথংনবা হায়বত্তুদি মসিদগী হৌরে।

ঈশ্বরনা ওন্থিবনি হায়বসিমদি ঐগী থম্মোয়না হায়নিংই। মতম থরগী তুংদা মাগা হেক মায়োক্লনা ফমত্তুনা বারি বা-তাই শাবগী তাঞ্জা ফংলে। থম্মোয়গী বা নত্তে মরুপ মপাংগী বানি। মরুপ মপাংগী বাফমসিদা ঐঙোন্দা করম্বা অপেনবনো অমদি ফংলি। ফংলিবা অপেনবসিগী তুংগী ফীদম কনানস্থ থঙনদে।

বিনা য়াম্না ইনাকখুনবা ইমুংদগী হৌরক্লবসু ময়াই ওইবা থাক্কী ইমুং-মন্নুংদগী হৌরকপনি হায়বসিমদি খঙলক্লে। মহাক গপ-শপ খরা পামজবা, কলেজা খরা পামজবা, ঈজৎ লৈনা থবক তৌনিংবা, মতম মতমগী ইরাং য়াম্না পামজবা মীশক অমনি। মহাক চা পামজৈ। অতুনা মুতিগী চা কৌই। চা অসি ঐনসু কৌনবা তাঞ্জাসু অতুমক ফংখি।

ট্রেদা গ্লাস মরাম অমা য়াওরিবতুনা অমগা অমগা থেং-জিন্নবগী মখোল তাবদগী খঙলে মিকুপ খরগী তুংদা চা য়োৌরক্লগনি হায়নরিবৈ খল্লিবৈ থংনবা মিকুপতা হোটেল বোই নেপালি মচা চহি তরানিথোইগী খানচা অতুনা মখোং য়াংনা লাক্লুনা তেবলতুদা চা অশাবা য়াওরিবা গ্লাসতগী মনিল থাংনা কারিবদো করিসু থৌওইদনা তক তক থমলমগনি। অতুগা মফমতু থাদেক্লুনা থুনা য়াংনা চংখিগনি। মান থম্বদো য়াম্না থুই। মতু থম্লগা মী য়াঙ্খৌ/হুম্ফু ফম্লিবা চা ফংগদবা কাংবুশিং অতু য়েল্লগদৌবিবনি। চা য়েনবদা মথৌ ওইরিবা খানচা চা য়েনবদা য়াম্না হৌশংলবা অঙাং অমনি। অতুগা অতুক য়াম্না মীশিং অতু চা থক্লবা অমত্তবু য়াওদে। মী খুদিংমক চা থকপা লোইনা হৈনৈ। চা তৌদবা মীশি য়াওদ্রে, মুপী লৈশাবীসু, অতুগা মুপী মো-নহাসু। চা থকপা য়াম্না পামজনা তৈনবী অমা ওইনা উই। মওংতুদগী, অতুগা মসি তৌরগা ফজবী চংনবী ওইগদৌরিবনা নত্রগা চা থকতবা য়াদবরা, চা থক্লগা তেকথংলি হুকচাং ফৈ হায়বগী বাখল্লা মতুদি মাগী মাগী মত ওইহল্লবমা ফল্লি। মাগী মাগী মমাংদা খিন্দুনা লৈবতুনা মপুক্লিংদা থৌরাংবা কোকপগী পেঞ্জবা ইহুল অমা ফলওনরিবনি। মিকুপ খরগী তুংদা বিনামা হায়রকই– চা পায়সি, মুনিজ"। "থানি পায়খিরো" —ঐনা খুমখিবনি। মাদি চা য়াম্না পামজবা মীশক অমনি অতুনা

কুইনা পম্বদুনা থম্বা হৈনজগ্রবা মহাক চা থকপা হৌখ্রে। হোটেলগী বোই অদুদা চাগী পৈশা পীনবা মতাংদা ঐখোয় অনি ইন্ন-কাওনবা মতাং য়াওখ্রে। মতম অয়াম্বদা মানা চা কৌবা ঐনা চা থকপা হাম্নবদু ওইখ্রে।

থা অদুগ্নোমদি মহাক্নদা চা কৌখি। ঐনা হয়াওনা থকখি। থক্লিবগী মরম অনি লৈ। অমনা মীগী অরেম অপা মীনা পীজবনিবু হায়রবদি য়াম্না পামজবা অদুগা অরেম্বনিবু হায়রবদি বদনাম ফাওবা চাজরগে হায়বা মওংনি। অদুগা অতোপ্পা অমনা মহাক ইনখৎলক্লিবি অমনি। মানা কৌবা চাবু করম্না থক্লোইদগে, মসিবুতা ওইনবা খৌরাংনা ভাইজগ্রবা ঐনি। কয়াদ চোপলিবনো, কয়াদা পাওজ্রিবনো, ঐশু ইকাইমগ্রবা হায়বদুনি মতাংসিগী ওইনদি। হিরম অশোমদা মানা ঐবু য়াম্না নোক্নরমগনি শোয়দনা মপুাক্নংদা। থক্লিঁঙমকসিদা নোংমদি ওফিস অসিদা পিয়ন ওইদুনা লৈবা তাদা বিরেন লাক্লগা ঐখোয়গী নাক্তা ইকোই কোইনদন। ঐগা থংননা থারিবা চৌবিদুদা ভেক লাওনা ফমথরগা ফাগী ওই করি ওই মন্নাম নোর্কাস হায়বগী মওংদা শং হেক হায়দোরক্লেদা।

—"ঐখোয় সুনিলদি য়াম্না মিতেক-মিরৌ থওদবা, অরিকপা মীশক অমনি। ময়ূমনে হায়না তৌরিবদুনা আ অমুক্ত' তাজ্রিবা লৈরাই য়াম্না নিঙ্খায়গনবা, করি লৈকাই হায়য়ে, তোতিসু য়োদবা, ইলেক্ট্রিকসু পুশিন্দবা, ইশম শম্না হায়রবদা পুরা আ মমুং হজিন্দুনা লৈগ্রবা লৌরায়গী খুঙ্গংদুনিনে। করি হায়য়ে (মওক অরৈবএথৈ নোনখংগ্রগা মমিৎ মনা উইশিল্লদুনা নীংশিংবা লাক্নরবা তুংদা)—খুয়ূং খুরূং—।—" বিনাদি বাতাদু য়াম্না পামজবা ওইনা খোক্নু রআলে—নহানমথৈ ফুমজিন্দুনা লৈরম্বা পুক্নুংগী বানা অমুক্তং ফোঙদোকচবগী থুদোংচাবা কংহৌবগুম তা-বিরেনগী বাদু হেক লোইবগা মমিং খিভং লাওখোক্লগা মওক থম্বা

শাংদোক্লগা থরায় তানা হেক ৱাপাংলকই
—"হোয়নে মাদি (সুনিলদি) তৌইনে"।

পুক্লিংদদি চাগী পৈশাসি ঐনস্থ য়াম্না পিনিংই, পৈশাস্থ য়াওই পিনবগী থৌনা অত্থমদি ঐঙোন্দা য়াওরমদ্রে। অসিগুম্না পুক্লিংগী ফিভম অসিদা চাগী ৱাফম অসিদা ঐঙোন্দা অচোবা সমস্যা অমা ওইরে।

নোংমদি ঐ চা থক্ক্রে। থক্লিংদহুনা থকখিদবা নত্তে। পুক্লিংদা তেমশিংনবা ইকাইবা অমা পোকখিবদগী থক্লরোই খল্লহুনা থকখিদবনি। মহৌশাগুম্না মানা কৌই মীরক তিল্লকপগী হৈনরবা খোঞ্জেল অত্থনা—খানচা খানচা চা মরি পুরকউ। মানা হেক হায়বা লোইবগা ঐনা খুদক্তা হায়—খানচা চা অত্থমথক। —মত্থুদা মানা খুদক্তা অমুক ওকশিল্লকই হাই খানচা—মৱিনি মৱি। অত্থদগী য়ারক্তা ঙংলগা খানচা খঙলেদনা কিনসে (কিন শিঙই) খোলহোরপ-না ওইপ্রবা মাল্লে ইম্না-কাওনবত্থদা—খানচা ঐদি থক্লোইকো অত্থম-নিকো,—ঐদি হায়ৱিবসিনি। মানা মমিং খরা লাওরপ ঐঙোন্দা থগ্লগা হায়রকই---করিগীনো চা থক্লোইদৌৱিবদি? মা শাওরে ঐনা চা থক্লোই হায়বত্থদা—মথা তাথরকই—ঙসিনা কৈদৌরবা নহানখৈনা কৈদৌৱবা। ঐনা খুমই—পুক মুংঙাইতে, থবাক নাই, গুলি চারি, ডাক্তরগী হিদাক শিজিন্নৱি অত্থননি ডাক্তরনা চা থকউম্থ হায়। তশেংনমক্তি মসি হায়জিনবনি মাগী পাউখুম ওইনবা। ঐনা মথা তাখি মুমিং তরুক্লিলোমদি চা থকখিরোই ঙসিতা নত্তে।

মানা খুমই—ওহ (মহাক মপুক্লিংদা করিনো থৱদি থনখিবগুম তৌই) ঐখোয়নিগী মতৌহুদা মাগী মমাম্নবী ইবেথোইনা লুকথরগা নোকখিমাল্লে খানচাস্থ মমিং কুপতনা য়েংলম্নদগী গ্লাস অমদি পুথ্রে। তা ৱিরেনস্থ ৱা ঙাংখিদ্রে।

ঐখোয়না কৌজবা চা অসি থকপিদ্রবনিনা চাবা য়াবা করিনো অমদি লৈহৌরগে—মানা হায়খিবনি। (খোল খজিক লেমথরগা) —তৌরুরগু য়াজরনি ঐভোন্দা করিমত্তা তৌজদ্রবসু য়ারনি। ঐনা খুমথি।

চা থকলকখিদ্রবা হুমিং তরুক্তি শুতিল্লক্লবা অরোইবা হুমিংনি, মানা হায়রম্মী খানচা—চা মরি। ঐনা হায়রম্মী "হুমিং শুত্রি" —মানা ঙম্মবা মঙংদা তকশিল্লকই—ঙসিদি হুমিং শুরে, চাসু ঙসিদি অহাওবনি, মাঙজোননা চা হাওনা শেম্মবা অমদি চানবা অহাওবা হায়জথ্রবনি, থক্কবা য়াদে। তৌবদি মাপী তকশিল্লক্লিবা মঙংহুনা ঐনা ঙসিসু থকখিদবা তারবদি মহাক পুন্সিগী ওইনা হুংঙাইথ্ররোই খনবদগী ঐসু য়েংশুবা তৌদনা চা থকপা য়াথোকপ্রে। অদুবু মাসু ঐগী মংংহু খঙনিংবা চিংনবা অমনা মাংওইনহুনা তৌরক্লসু য়াই।

নোংমদি ঐসু তুমিন্না মখোয় খঙহন্দনা চা কৌরুরে। ফোংনা কলেজা লৈনা চা কৌবা ঐ ঙমখিদে। খানচানা চা মরি অদু থম্মদা মা ইঙুক ঙকই। ইবেখোইসু থরা ঙকপজাংনি। মানা হায়রম্মী চা অসি কনানা কৌবনো, ঐখোয়দি চা কৌখিদে, খানচা নহাক্তিসি মকম ওত্তরম্নগনি, পুখ্রো মকমসিদগী। ফনা য়াম্না ফিভম শেমজিল্লগা ঐনা মতাংহুদা হায়রে—ঐননি।

মখোয় অনি অহুম পুল্লগা হায়রমই "খাগংচরি"। অদুগা বিনা অমসুং ইকেখোই নোকই। তা বিরেনা হায়রম্মী মথা শমথনা "থাগংচরি" মহু হায়রকনা মখোয় হেন্না মথা তাবনা নোকপ্রে। কনিসু লৈতবা চাহুনা কৌববা হোংনবদা পুক্লিংদদি অকনবা অকৌনা শাংজেল অমা ওইথ্রবনি।

থা মথিরোমদি হেন্নগনি মা-ঐ বা তাংন শাবখিদবা। বাবি তৌনশিল্লিবগী মকমদি ঐনা মতোন্দা চংলিবা লমচং,

ৱাখল মানা খন্ডলকপদগী ঐনস্থ পুকচেল মাংবা হায়বহুমদি থোক্লরবনা, মসিমক ওইকম থোকই। কোঙদোক্তবা খম্মোয়গী ৱা হায়বসিস্থ অৱাবগী মশক্লি। মঙোন্দা খম্মোয়গী ৱা অমতং, কোঙদোকে খল্লবজদা হেক্তা অকি-তুজুংলবদৌনা তৌরিবসিবু করিগীনো? মাবু শক্তি লৈবা লাইরা? কয়ারক হোৎনগ্রে খম্মোয়গী ৱা অমতং কোঙদোকে খনখিবা। হৌজিকস্থ খল্লি।

ইত্তং তস্তনা উনবা হায়বহুমদি থোক্লবনিনা কাউথোকে খনবস্থ হেক ময়াদ্রি। মহাক লাক্লগস্থ হেক মমুংঙাইত্রি লাক্লগস্থ উননিংদে। মা লাকই হায়ফেত্তং তাবদা ঐগী নাপল মরুম হেক্তা কাপ্রবনি। মাগী মমাংদা ঐগী শকমায় ওনশিন্নবা খক হোৎনরুত্রে মহৌশাগুম্না। অহুবু মহাকপু তশেংনা য়েংনিংদবরা হায়রগদি মা লাক্তবা হুমিং অহু মরম য়াম্না থিগৎনিংই; করিগীনো হায়রবা অমা হেক্তা খম্মোয়সিদা হংই। মহাকপু কনাগা মরি লৈনরিবগে হায়বসি অশেংবা অমা খঙনবা হোৎনরুখিদে। অশেংবরা শেংদবরা মাগী অমদি লৈ হায়বসি তাখিবা কুইরে। হৌজিকস্থ তারি। মহুনা চুমলয়গদি ঐস্থ মাগা মরি লৈনদনবা হোৎনবা অহুগা লৈফমস্থ থোক্ত্রবনি। অহু ওইরগদি ঐনা কায়দবা পোৎশক অমখক্তা ৱাখলগী পোস্থা ওইরুরিবসিনা করিগী? মতম কয়া অমস্থ মংলাক্লরগতা তোকপ্রবনি। মতম কয়া মাঙগ্রে। পুন্সিগী শরুক খয়া হৌগ্রে।

অহানবদদি মহাকপু কনাগী ওইথিগদকো খল্লবদা পুক্লিং-হকচাং অনিমক পোথাখিদে। মসিগীদমকস্থ করিগুম্বা কান্দ। অচিকপা মকমদা মিত্তগী পি শিস্থহুনা কপখি। মহুস্থ তোংজত্রবা পিনি। অহুগা হৌজিক্লা মহাক্লা কনাগুম্বা মত্তিক চাবা অমদা চংখিবা হায়বসি ঐনা য়াম্লা লাংতক্লনা থৌয়াংনা ঙাইরক্লিবা থোঙকম অমা ওইরে। অহু ওইরগদি

মহাক্কা চংখিবদা ঐ তশেংনা পুক্লিং পেজরগদরা ? হৌজিকমক্তি থক্লি মহাক্কা চংখিবদা ঐ হয়াওগনি। মসিবু তেমশিংনবা থম্মোইগী মশক হায়বত্তুরা ? নত্রগা চিনগী ফজবা য়াহৈ ওইখিনবরা ? নাকল অমরোমদনা য়াম্না চাওখোকপা নাপল, নাকল অমদনা য়াম্না পাওদবা হায়বত্তু ওইকম খোকই। মরমদি মাগী মকমদা ঐনা থম্মোয়গী য়াহৈ অমা ফাওবা ইচিনসিনা কোওদোকপা ওমখিদে। মসিনা পাওদবা ; মাবু উরগা লাপথোকে হোৎনরুরিব-সিনা নাপল। মাবু তশেংনা ঐনা ইথনমক থবখিদবা ওইরম্লবদি মতম অম্লক কুইবসি মাগী য়াথল অমনা ইয়েং য়েংনত্তুনা পোথাহনখিত্রিবসিনা করিগী ? মরি লৈনররোই হায়বম্লু থল্লবা মহাক্কা ঐগী নাক্কা হায়ফেত্তং, শমত্তুনা চং-খিবদা পুক্লিং অসিনা ভনিক তনিকলিবা, অকিবা অমা ফাওবদৌনা মিত্তুল চেনশুম চেনগানরিবসিনা করিগী ? ইথম্নতগী পুক্লিং অসিদা তেমশিংনরিবা অসিনা ঐবু করি অফবা ওইনা পুরক্কদৌরিবা ? মাম্লু মাগী অপাম্বা অমদা চংচখিবা মখৈ চংচসম্লু মঙোন্দা য়েংলুবদি ঐগী ইরানতমক ওইহৌরগনি মরমদি ইনথংলকপা চহি মতাংসিদা অশাংপা লৈবু উরগা হেক তরাই তরাইনা হেক্কদবসি পুক্লিংদা চিংনদবা ওমখিত্রে। ○

# পুক্নিংগী যাহৈ কোৎড়োকপা

পুন্সিগী মশক অসি য়াম্না মমল লৈবা থম্মি নংবু খঙকনবা মিকুপ্পগী অহুনা অমুমমক ইনিংঙি—"পুন্সি অসিনা নঙোন্না নকশিন্নবা হোৎনবা অচৌবা লালকম অমনি নহাক্না খঙত্রবসু" —খ্বাইদগী লুরিবদি তৌই ঙমই হায়দুনা ঐবু অরাকমদা তাহন্দুনা পুন্সিগী মশক মাওহন্দুনা লৈখা তাররা মীওই অমা ওইখিবা তাব্রবদি খরদংদা ওইরবসু চাওখৎপ। য়াম্না পুন্সিগী মমল অদু কদায়দা? হায়বা বাহংগী পাওথুম মাওখিরম্মু য়ারি। তশেংবদি পুক্নিংগী অমদি থম্মোয়গী মমুংদা চেংনা নহাক্না শক্তম য়েক্লবা হোৎনখিবনি।

বাখলদগী থোকপ্রবা পুন্নমকসে থবক ওইনা পাঙবা ঙমদনা হৌপ্রবা মতম কয়া কাদ্ধ থাংগুমথ্রি। ফগৎনবগীদমক লৌশিং চাওখৎনবগীদমক ঐনা কোৎড়োক্লি চে'বসিদা—

মাদর তেরেসা নোভল পিস প্রাইজ, ভারত রত্না, ইংলণ্ডগী খ্বাইগী চাওবা মনা "ওর্দর ওফ মেরিত" অমেরিকাগী খ্বাইদগী চাওবা মনা "সিটিজেন্স ওফ দ বার্ল্ড" অসিনচিংবা মানা ফংপ্রবী ইকাইখুম্নবী মীশক অমনি। মহাক আলবানিয়ান অমা ওইজরবসু ভারতকী নাগরিক অমা ওইদুনা পৃথিবীদা মিংচৎ উয়োং খিল্লখি। নিংশিংলিত্রা সোবিতা মহাক্না ফংখিবা সুমিত্তো দিসেম্বরগী তাং ১০ ইং ১৯৭৯ ওসলো হায়রবা মফমদুনি। মাগুম্না

মহাকসু করমগদোবা মাল্লি। মহাক বিশ্বভারতী বিশ্ববিদ্যা-লয়গী থ্বাইদগী ইকাইখুম্নবা "দে সীকোটামা" হায়বহুসু ফংখি। মহাক লমচৎ ফজবী মুপীমচানি হায়বসি ঐনা চাও-খোক্লা হায়জনিংই। মুপী ওইবীগী ফজবা পান্দম কয়া নৈনবদা মহাকসু অমনি হায়নিংলি।

বসন্তগী মুমিদাংবাইরম অমদা নাম্বিবা মুংশিৎমা লিরি ছুম্বদা পাংকী থরো থম্বাল থম্নাশিংনা ওইথীবা শক্তম উরগা মহাকপু নীংশিংবদা হেন্না পুক্লিং নৌহল্লি। মহাক্লা পামজনা তমজবিবা বীথয় অমদি তুংগী পুন্সিদা অবাংবা থাক কাগে তাল্লিবা মহাক মাইফরকউ। ঐহাক্লা থাজখি মায় পাকপা চেৎনা থাজবদা নৈবনি। অচৌবা মীওইশিংনা হায়খিবা বাফমশিং অসি মঙোন্দসু চান-চানবা নিয়মশিং পানশিন্দুনা পুন্সি লম্বী চৎলম্বা য়াই হায়বসি ঐগী থাজবনি।

ঐসু থঙই লন-থুম থরা পাম্বগীদমক্তা অমুক য়েনা পুক্লিং লুমথরুবিবা মহাকসু থঙলম্বা য়াই মহুদি "করিমতসু মত চানয়োই মহাকীসে ওইজ ওইথক থরগী বাথল য়েংশগা লাকপা ওইরমগনি" অদু ওইরবসু ঐদি মহাকী ফজবা লমচৎ অদুগী মপু ওইনিংলি।

ঐদি মুংশিবগী কাদা ঙাইগদবা "মতম" থঙল্লি। অদুবু পুক্লিংদা ফংলিবা নংগী মুর্ত্তিবুদি পেন্না চুপচৈ তোয়না তোয়না খল্লিবদি করিনো হায়ববু হৌজিকী সংসার অসিদা লাইরবা, অপঙবা, অমসুং চুমদবা ময়াম অসিনি। ঐসু মতিক চাবা মহৈ মশিং হৈদুনা সেলফ ইমপ্লোইমেন্টদা য়াওনিংখি। অদুগী মতিক ওইরকপা মতাংদু য়েংনিংদুনা ঐগী ওইনা ঐসু লুপশিনখি।

অদুনা থঙলবয়া মসিদনি ঐনা ফোঙদোক্লিংলিবা মরম অসিদা নংদি থঙলিয়োই পুম্নমক অসিগী মরু ঐনদি ইত্তোমতা থক্তখি

থম্মোয় অনিগী মরক্তা চিংখাইনবা থোক্নে। চিংখাইনবা অসি তিনশিনবা, থাইদোকপা অনিগী অহাংবা পাত্র অছুনি।

ওদিসীয়ম এলাইতিরনা কবি ওইছুনা, এসেম্বিষ্ট অমসুং পেণ্টর ওইছুনা ইং ১৯৭৯ দা নোবেল প্রাইজ ফংখিবছু সাহিত্যগী মায়কৈদনি। মাগুম্না ঐসু নহাক্কী ফজবা মওংগী বাইওগ্রাফি পুথোক্নুনা ইনিংখি। য়েক্লিংখি। মাগুম্না তৌরুবগী শক্তি ঐগী লৈতে। থঙজবা থবা অছুনা মাগুম্না মরেক মহাও থোক্নুনা নহাকপু শুন্নাংখিবা থোক্লবদি ঐগী থম্মোয়গী ওইবশিং ময়েক শেংলেদনা।

থম্মোয় শোক্না কল্পিংলিবদি হেলেন কেলর হায়বছু অমেরিকাননি। মাগুম্না মীওইশিং অছুদি রোমান্স মপুং ফায়মগত্রা? অছুগা অসুম্না হায়নৈ হেলেন কেলরদি ফিভম শোইনাইরবশিংগী অচৌবা থবক কয়া পাংথোকখি। মছুনা ঐঙোন্দসু কয়াদা মুংঙাইরিবা মহাক্না ঐবুসু শোগৎপদা য়াওরবনি। অছুবু ঐগুম্না অমনা নহাকপু অশা তৌবা হায়বসি শুন্যগা চামগা থেম্নবছুনি।

অছুবু ঐদি নংবু আশা তৌরি। তাজমহলগুম্না ফুরা শানিংই। অছুবু কনানা থঙগনি মীওইবগী পুন্সি তম্বা ঙমদে। মচেৎ মচেৎ তাপ্রবসু মক্রেংগী অয়ংবা অছুগী মশক মচেৎ মচেৎ থোকথ্রবা মক্রেংদসু চপমান্নবা লংনা ঙাক্না তশেং তশেংনা উবগুম ঐগী পুন্সিগী ময়েক থরসু লংগত্রা থল্লুরি মহাকথক্তগী। মসিনা ঐগী আশাদা অফবা লাক্নবা হোৎনজরিবনি।

ঈশ্বরগী য়াহৈ চাওখৎসনু, শেম্বিবা মপুগী খোজাল লেংদসনু। ঈশ্বরগী মফমদা নিজছুনা নহাকপু থাগৎচবা ফংজবা অসিমক ঐগীদি কয়াদা হরাওরিবা। অনৌবা চহিনা অনৌবা আশা পুরক্নসনু। ○

# অসুম্না অরোইবা চিঠিদুগী মিকুপ

ঐ থবক কারে। কুইনা থবক ফংদদুনা লৈরকবনি। ইমান্নবা মরুপ মপাংশিং সেক্সন ওফিসার, ইঞ্জিনিয়ার ওইদুনা থবক পায়নপ্রবা ডাক্তি। অদুবু ঐঙোন্দদি থবকসিমতং ফংবসি মীয়া নৈশা অমদি ইকাইবা খুদোংথিবা কয়া নংলকখি। থবকসু অচৌবা নত্তে। চুম্নগী মেত্রিকুলেতকী কেরানি মচা অমথক ওইবতনি। তাঙনা ফংজবা হায়বদু থোক্লে। থবক পিকপা চাওবা হায়দুনা থবক্তা কেদা তৌবদু ঐ ওইবা য়াদ্রে। অদুনা ঐ থবক কারে। চংলিবা থাদুগী তলব মুমিং তরানিগী পাদুনা ফংলে। মদুনা ঐগী পুন্সিদা সরকারগী থবক তৌদুনা তলব অহানবা ফংবা হায়বদু ওইরে।

ইনৌ নৌনা থবক কাবা থা অম'নিসিদা কাতুপতুমদা ঐখোয় অনি শকখঙনরে। মাগী মমিং-বালা। বালা ঐঙোন্দগী থবক তৌবা হাল্লি। ফম চাওবসু মানা হেল্লি। ঐ মাগী মখাদা থবক তৌবা ওইরে। য়ুমদদি চা থকপা হায়বসি তঙাইফদ্রবা মতমদদা থকই। অদুবু ওফিস অসিদদি চা অসি তঙাইফদনা নোংমগী থকহৌদবা য়াদ্রবা হৈনবী অমা ওইখি। য়াম্না থুনা অওনবা লাকখি। বাখল মুংডাইবা তাঞ্জা লাকখি। অকবরা ফত্তবরা অদুদি থিরুদ্রবসু ওফিসকী তোঙানবা লনচং অমদি লৈরে।

নোংমদি ঐ চা থক্লে। মানা হংই—চা থক্কু বদি কৈদৌরে?
—ওসিদি চা থক্লিংদ্রে, লম্বীদা মরুপ মপাং অমা উনবদগী থকলকপদা ডায়জরি। ঐনবু চা থক্কু বা বাহং অমদি হেক্তা

মহৎলে, মসিমদি মাগী শোয়ফজ্রবনি। নোংমন্থ ঐনা ভুমিন্না চা কৌই মরমদি কোংনা চা থকসিককা হায়রুম্ববদি চাগী অচওবা থরচ মহাক্লদা পীরবনি। ঐনা কৌবা চাদা মহাক্লা হায়—"থাগৎচরি"।

হুমিত্তো পিকনিকনি। অন্দ্রোদা পিকনিক চৎপহ্ মহাক মকে শেহ্না লাকই। ইরাং য়াম্না থাংই। ক্লাস্কতা চা পুরকই, বিস্কুইত্ত পুরকই। অনৌ-অপেনগী বাখলদা য়াম্না লুপচৈ হায়রবসিদি মহাকী তৌথোরক্লিবা মিংয়েংদুনা তাকই। ঐস্থ বাখল অমথক্তি ঙসি মঙা তরানিসিদা ওলবগ্রবরা? ঐ মহ্ থম্বহৌদে। ফাগী জুগাই তৌনদুনা লাংবদা অন্দ্রো য়ৌখিব খঙহৌরমদে।

অন্দ্রোদনি। বস অনিনি। মাদি মমান্নবি তম্পাক অমস্থং বিনাপ্পা বসতগী কুমথরগা চীংমায়-নাপোম মরুম অমদা মমান্নবী মমান্নবা ময়াম অমা চংশিন্দুনা চীংগী ফজবা দৃশ্য য়েংদুনা কোয়চং চংলি। থরনা জুরার শান্নবা হৌরম্মী। থরনা ঈশৈ শক্নুনা লাংলম্মী। থরনা য়ু থক্নুনা জগোয় শাবা য়াওরম্মী। থরনা শিন-লাংবদা থবায় য়াওরম্মী। থরনা ইনশাং নাপী শেম্বা য়াওরম্মী। মফমসি অন্দ্রো বাজারদগী মনিং মায়কৈ পাংনা পোষ্ট মঙা তরুক্লোম লম্বী মচা অমদা চংলগা লৈরম্রে হায়বসি ঐস্থ ঐগী মরুপ স্থরেসকা ঙাহৌ ঙাহৌ চৎপদগী খঙলক্লম্মী।

থম্মোয়নদি বাল্লাগী নাক্তা লাংবা য়াওনিংই। অহুবু য়াওরুদে। করিগীনো ঐ খঙদে। অহুবু অস্থম্না ঙাহৌ ঙাহৌ স্থরেসকা চৎমিন্নরিভৈদা অরাপ্পদগী লাওরকই "ইবোমচা, চা থর্কসি লাকও" মানা লাওরকখিবহ্ তম্পাকখোয়, মখোয়গী পার্টি বা—বা লাংই, নোকই। ঐ চত্তে। স্থরেসনা হায়—চৎলুসিদনা। অহুবু ঐনা য়াদদুনা চংজ্রে।

মতম ফনা থেংজিল্লক্লে। চাক চানদ্রি, মুংখিলগী পুং অমা ভাগদোরে। অনৌবা প্লান তৌহুনা শারবা অপ্রো দামগী পুখ্রি মপালদা মখোয় মথুং মশা হামদোক্লি, বারীসু শানৈ মখোয় মশে ল অহুগা করিগুম্বদা তম্পাক্কা বিনোগনা য়েংলগা নোক্লকখি ঐঙোন্দা, ঐগী ইতৌহুদা। মখোয়না চংশিল্লগা হায়রকই "পুখ্রিসে ফজদরা, অপ্রোদা অসুম্মা পুখ্রিনচিংবা লৈগনি হায়বা থাজদে,, বাহৈশিংসি তম্পাক্কা হায়খিবনি। মখা তাবদা বালানা ওকশিল্লকই "ইবোমচা কৈদোরে ঙসায় চা থকপদা লাক্লুবদি? চা থকপিয়ু হায়জবকাওবা য়াম্না চাওথোকখরেনে,, ঐসু অফিং অকাই হায়দোকখি "চা থক্লিংদহুনা লাকখিদবনি ঐখোয়সু বামোম্না লোনবা চা থকখিবদা ভায়রি মতমহু, নখোয়দবু পৈশা পায়বনিনা ময়ামগী চা থক্লুবমখৈ, নয়ুমদগী ফজনা শেম শারবা চাদমক থকচবহুদা থবাই য়াওজবগী বানি। ফরেনে হৌজিকপু চানবা করি য়াওরিবগে য়াম্না পিজনিংলমাল্লে" অহুগা ঐ নোকই। মখোয়সু নোকই। মানা মখা তারকই "ইবোমচানবু চাগে হায়রবদি" হায়রগা মাগী শউনগী খাউহু চেন চিংল-চিংলহুনা মমায় লুকথরগা "মথন্ত হায় ঐখোয়দি চাগকা য়াম্না থক্লে" হায় অহুগা হাংদোক্লবা খাউহুদা মথুং খুংশা মচাশিংহু হুমজিল্লগা হৈঙাল থবা পুথোরকই-শে চাউ। ঐসু লোই মানা পীরকপা হৈঙাল, ঐ থাজবা ঙমখিদে অসুম্মা তৌরক্কনি হায়বা। অঙাং ওইরিভৈদা চাখিবা নত্তনা হৈঙাল হায়বসি চাখিদবা কুইরে। ঐনা হৈঙালশিং অহু সুরেসতা অমদি অতৈ মরুপ মপাংশিংদা য়েন্নরহুনা চামিন্নখি।

পিকনিক নোংঙাল্লগসু মহাক্কা হংখি "ইবোমচা ঙরাং জিপতা য়াওরক্লুবদি কৈদোরে। ঐনা খুমই মী য়াম্না চিনবহুনা ঐ য়াওখিদবনি। মানদি হায়খিবনি—অপ্রোগী মৈ য়েংলুসি,

অন্ত্রোগী পুংজাও য়েংলুসি। জিপকী খোংচত্ত্, ঐহাক য়াওনিংখি। পুক্লিংদা মথুম ময়াং হৌখি। মাগী মিৎয়েং নায়েনো ঐবু য়াখল জাং জাং থলহনখি।

নোংমন্থু তম্পাকা মখোয় অনিনা চা-বোড়া লৈরকখি। ঐনা হংলম্মী—কনানা লৈরকই। মানা খুমই—তম্পাক্লা। মহু তায়গা তম্পাক্লা মমিং নহা অনিন্থু মতাইদা থৈন্থুনা নোকক্কেৎ তৌরগা—"বালাননি"। মহুম্থু কয়া হায়বা নত্তে, শোল্লগ্লা হায়খিবনি। অমা ওইরে, অমা ওইরে মখোয় অনি ইন্নত্থুনা অশেংবা পাওখুম লোৎনবা হোৎনখ্রে। ঐনম্থু মথা তানা হংলুনবা তৌখিদ্রে মখোয়গী মতৌহুদা। চা-বোরা-শিংজুহু ইচে মালিকা ইনে মাধবী, ইচে থরো, ইচে অঙোবী য়াওখি। মুপানা ইথন্দমক ওইরম্মী।

বালা য়াংই। মী ঙোই। মশা থরা পারপ তৌই। মমিং কোইরাওনৈ। মহাক ময়াই ওইনা ইনাক খুনবা ইস্কুলগী হোরকপম্নি। মপাম্বুং সরকারগী কর্ম্মচারি ওইরম্বদগী থবক্তগী পোথ রহুনা হৌজিক পেন্সন ফংলে। অহন ওইরে। ঙাংবা শকপদি বালা য়াম্না হৈরে। মী য়াম্না থেংনরক্লবা বালানি। মসি মাগী লমচৎনা শাক্কিনি। বালাগী মমা কাকৈখেলদা চুকান চাওনা ফমই। অসিফাওদং ঐ থঙই।

নোংমদি বালাগী পাবুং লাকই। ঐনদি হাম্না উরে পাবুংনা লাকপসি। মতমহু বালা থবক্তা বম্না লুপ্লি। পাবুংনা লাকপহু য়াম্থু ঙাংদে লাম্থু ঙাংদে। মথুং ওইথংবা অহু থাঙ্গৎলগা থল্লগা বালাদা মুম্না য়েংলি। মনাক্তা মী অমদি লেপ্লরে হায়বসি থঙবদগী বালা মমায় হাইগৎলকই। মতমহুদা বালানা খংকৌ কৌরকই—"পাবুং" অহুগা নোকই-মথা তাথৈ "কৈদোবা লাকইনো"—পাবুংদি খুমদে। মতমহুদা ঐনা বালাগী পাবুংনি

হায়বা থংলকখি। অহুদগী বালা চা কৌবা চেনখ্রে। অমুগা পরগ পরগ হন্জিল্লক্লগা ভাংই—যুমদা কমজিন্দুনা লৈবহ্ হৈন-মহুনা লাকপা ওইরিম্বি। পাবুংদি অহল ওইশিল্লক্লবনিনা মিৎমু উত্রে, যুমদা নৈশিন্দুনা লৈবমু রাখল অসি ইকক-ফকচিনলি. নোং কাদোক চৎথোক-থোক্তোক্ত্রবদি, মতম লেনবা য়াম্না য়াংরে অসিন-চিংবা পাবুংনা খুমই। ঐমু হেক্তা কৌয়ে রারী মরক থংগা ওইনা "পাবুং গারী কুপ্তথংলকপা মতমসিদা মিৎমু উশিল্লক্লে তাকপিম্বি" পাবুংনা খুমই—"অহুমু চুম্বিবনিনে"। পাবুংনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লগা ইবুংঙোদি তলব কয়া চায়ে। "লিশিং অমা" ঐনা খুমই নোকফেৎ তৌরগা-পাবুংনা মখা তারকই — চে-চাং ফজনা য়েংশিল্লু। নহাক্তা কমকম থাদোক্তুনা চৎনিংলবমু মখোয়দা তাক্লম্মু। মখোয়না চৎনিংলবমু নঙোন্দা তাকহল্লমগদবনি। ওফিসকী চে-চাং খুদিংমক অরুবা ভাক্তনি। অসিনচিংবা। পাবুংনা চৎপ্রবা তুংদা মাগী মচিন মচা অমুনা কেদা তৌহুনা ওইনহুনা, মমিং মিংম্মা অনিহুনা মথল মওং তৌহুনা—অসিনি পাবুংগী হৌনবি, বারকপা চৈগনবা, পাউতাক পিগনবা অসিন-চিংবা মরি মরি শম্নবমথৈ ভাংই। মতাংহু ঐগী রাথলদদি মচিন অহুতদি পেম্না চুম্লিংবনি। মাগী মচিনবান অসি মতৌ লৈ। মহাক অহানবদদি থল্লমগনি - কম্নি কান্নবা লাকইনো পাবুংসি — পাবুংনদি থল্লি ইচামুপী তলব চাবিগী মনাক্তা লাকপগী চাওথোকচবা—থংনবা মিৎকুপ্তদি কলমদি, ঐগী কলমদি বালানা থিবা হৌরক্লম্মী—তশেংনমক মহাক হরাওমনপ্রহুনা কলম থিবহ্ ঐখোয় অনি অমাঙবী তান্নবহ্ মঙায়রে।

নোংমনি। বালাখোয়গী য়ুমদনি। ঐগা মুরেসকনি। মহাক্তা কৌশিল্লি মাগী কাদা। অহানবদা ঐখোয় মখোয়গী

মাঙ্গোলদা ফমলম্মী। অলবম পুখোরকই। সুরেসনা য়েংই অদুগা ঐনা অমুক য়েংই। সুরেসনা রারী কয়া তৌই। ঐনা অলবমদা য়াওরিবা বালাগী কোতো য়েংই। মানা হায়—সিংদগীসি মহৌশা ঐখোয়না লোক্তাক্তা পিকনিক চৎলুবগীনি। কোতোদু তম্পাক্তা নমমিন্নবনি। অসুম্না সুরেস, বালা, ঐ, রারী তৌরিঙৈদা অঙাং অমনা চ', কৌথা বোরা পুরক্লে। প্লেত্তা বালানা শিন্দোকই। চা শেমই বালানা। অসুবসু রারীগী মতাংদা নোকই। হৌগ্রবা পুন্সিগী রারী হৌদোক্লে, ছাত্র ওইরিঙৈগী, ছাত্রী ওইরিঙৈগী। কসর কোটোনি। মদু ফজে। ঐনা য়াম্না খোয়দাখিবদি মতৌ লৈবা মচিনবান, ন'তোন শুমাংগী অকোইবা, খদাং, চিনবানগী নাক-য়েং, চেজেং খোমজিল্লবা শম, তনৌ তনৌবা য়াম্না চম্বা মায়খোং অদুগা মতৌ লৈবা বাঙাং' অসিমথৈ পনবা তাই।

রা অমা চিথহৌরে। বালাখোয়গী য়ুম চৎপসি মসিনা অহানবনি। ঐগা সুরেসকা হায়নরগা লাকপনি। হংল-হংলদুনা বালাখোয়গী য়ুম মথৈথংদা ফংখি। থোঙ্গাল ওন্নরদুনা হুই অহুম্না কময়াদা উমগে তৌর-তৌরদুনা থিন্দোরকপসু য়াওগ্রে। থোঙ্গাল চংলমদাইনি। শুমাংদা মীয়াই চন্নবী মুপী অমা ফম্লম্মী সুরেসনা হংই—য়ুমসিবু বালাখোয়গী ওইবিরব্রা? মুপীদুনা খুমই—মান্নি, মহাক মমুংদা লৈরমগনি। অদুবু মখোয়গী শম্বল্লে মরুমদা ঐখোয় অনি ইম্নরে। চংশিন্না চংগুমশিন্না। চংদি য়াম্না চংনিংবা, চংনবগী থৌনাদি লৈতবা। ইম্ন-কাওনা তৌরে। সুরেস শাওরে। লাকনি হায়দুনা লাক্লগা চংলমদনা হনখিবসু পামদে, মুপামচা মান্দে। শুমাংদা মুমিদাংবাইরমগী মুংশা মমি শান্নবদুদা মুপী ইঙ্খাং মল্লিবদু ঐখোয়গী রারীদু শোইদনা তারম্লগনি।

সুমিত্তু মহাক কারক্কে। পাও তারে। মহাক লুনা তোংবগী খুদোংথিবা থোক্লে। ঐ অফিসতা কুইনা কমচুনা লৈনিংখিদে। কয়াম থিনা শোকপনো মুম্না খঙখিদে। অচুনা অফিসতা থবক শুচুনা লৈফম খঙখিদে। সুমিত্তু ঐ ঐগী থবক্তা থোইজংখিদে। থবক লোইবা ঙাইঙমখিদে। অচুবু উচিন নাচিন্না থবক ছুটি থারে। ঐগা সুরেসকা লম্বীদা থম্নে

—বালাথোম্ন চৎলুসি, মহাক খুদোংথিবা তারে। শ্রু,কোক, হোন্নলিক্ল অসিনচিংবা পুশিরা?

—মগুমদদি হান্না য়োক্লখিসি, অশেংবা খঙলগা মচুনা হেন্না ফনি।

মখোয়গী য়ুম য়োরম্মী। বালা য়াম্না থিনা শোকপা নংলমদ্রে। মখুৎ ওইথংবদা থরদং হুবাৎপা য়েশিনবা ওইরম্লে। বালানা হায়—ঐ হয়েংদি কাবা ঙমগদ্রা খল্লি। Iodex তৈরে। ঐখোয়না চৎবদা বালা থবর পাচুনা লৈরম্মী। বারী থরা তৌনরগা ঐখোয় মখোয়দগী থোরক্লে।

অনৌবা চহী লাক্লে। অনৌবা চহী হৌবা সুমিৎ ঐহাক কমুংদা সুমিৎ চুপ্পা তুমশিন্দুনা লৈরম্মী। য়ুমদগী করিমত্তা চথোকলমদে। পুক্লিংদদি মওল মওল খল্লচুনা য়াম্না মুঙাইতনা লেনখি। অনৌবা চহিগী অনৌবা পাউজেল থাবগী মিংদা বালাদা চিঠি অমতং থাবা হায়বসি বাথলগী লালহৌ অমা লাকপা হৌরক্লম্মী।

চিঠি পিগদবসিদা থম্নরক্লিবসি, ফুরিৎ ফি অমা য়াওশিরা, শান্নি য়াওশিরা, শাল তৌশিরা, নত্রগা ইচম চম্না অয়েকপা লৈ মচা অমতং পিরগা তোক্লশিরা, চিঠি.—। মহাক্না লৌগদ্র—লোরোইদ্রা মচুম্ম খঙদ্রি। পিক্লরগা করি, পিক্লদ্রগনা ফোংদোক্লনা অসুমক থাঙবা, কনানা ফৈ। করম্বনা চুমই। ঐনা মওল

মগুন খল্লক্লিবা বাখলসি য়াম্না মৈথৌ কনখৎলকপা মতাং ওইরম্মী। ঐ মগুন মগুল খল্লে। বাখল পোম্বাকম খঙত্রে।

  

তম্লাই তরাইবা অমদি ওইরমদ্রে। খজিল্লুবগা পুন্সিগী মগুংসিবু করিনো? হৈকোলদা হৌরিবা হৈমুন কারবা হৈ অমতং হেক্কদবসি হেক্তা ইচম চম্বা খল্লুবা শুম্নমদ্রে। মপু লৈরমগদ্রা লৈরম্মোইদ্রা? হৌজিক্তি হৈ অমা লৈ অমা হেকপসি অঙাংমক ওইরম্লগদি তাপ তাপ হেকতম্লুনা হৈমুন ফাবা-ফাদবা, শাৎপা শাত্তবা থিরুদনা হেক শাম্নখোকপা, অদুবু হৌজিক্তি মহু য় গদ্রা? ঐ নীংশিংলি মঙোন্দা পিথিবা অরোইবা চিঠিদু—

বালা,

হৌজিক্তি ঈশ্বরনা খঙগদবা মঙায়রে। ঈশ্বরবু য়েংহনা হায়জবা মসিনা ইথোমক ওইরে। ঐগী পুক্লিংগী বাসি তাবিয়ুকো ঙসিদি পুক্লিংস্থ য়ুংঙাইত্রিবৈ অসিদা ভিক্ষা অমত্তা নিজহৌগে। খম্মোয় মশক খঙদনা নঙোন্দা খরা য়েৎখরে মসিমতং ঙাকপিয়ু। ঐনা পামজবা অদুদি পাঙথোকে খল্লকখিবা কুইরে। অদুবু তু'মিন্না লৈশিন্দুনা খাঙলি। শেন্নাম্নবা বাখল খনখিদনবা বাকম অদু শেংদোকচনিংলি।

নীংশিংবগী বান্নিদা য়াম্না লৈ। অদুবু নীংশিংলুবগা কাল্লগদ্রা খল্লুবস্থ হৌজিক্তি অবাবা ওইরক্লে। তঙাই ফদ্রে খল্লদুনা বাহৈ খরলংসি থমজরে।

ঐবু মহৌশারা? নত্তে। নংদি—নংস্থনি। বা-বা লাংমিন্নরম্মী, নোকমিন্নরম্মী। হৌজিক্তি মহুগী ওন্ন-তৈনবঙাক্তা—নত্রনে? য়াম্না চিরবা ভাজ্ঞাদা লোম্না মিৎচানরুবদো অদুখক্তং খম্মোয়সিদা হংলি ঐবু লরুখিবরা? নত্রগা করম্না খম্মোয়গী বাহং—নহাক

ঐগী মরমদা খজিক্তকাওবা খম্নবিরম্লরোই, মা'ম্না তাখিরম্লগনি। মসিসু ঐগী বাখলনি। চুমলিগদ্রা? অদুননি ঐনা হায়রিবা ঈশ্বরনা খঙগদবা মঙাইরে। ঐ য়াম্না খল্লে। "করিনো নত্রগা করিগীনো" হায়বা অমদি থম্মোয়সিদা নৈতুনা লৈরে। হৌ-জিক্তি ফিভমসিদা ঐনা লাল্লে। করিগী? য়াম্না হৈ-শিংমন্দবা, য়াম্না পাঙদবা অমদি মীরক তিনদবগী। নহাকপু নোক্লিবরা? নোক্লমগনি, হরাওরমগনি নিং-তম্না। নহাকী বাদি খঙজে। অদুবু মসিমদি শোয়দ্রে। অহানবদা ঐনা নোকখি। অদুদগী নঙ নোকখি, ঐসু নোকখি। বাদি ভাংদে, পুম্না নোকখি। মিকুপ খরদং নং-ঐ নোক্ল নোক্না মিৎচানখি। অদুবু বাদি —, বাদি ভাংথোক্লখিদ্রে। মুংঙাইবগী ঈথক ঈপোম হৌখি নঙসু ঐসু। নহাক নীংশিংলিবরা? চুম্রা? লানদ্রা! ঐ নহাকী পাঙ-খুম ফংলরোই। পুক্নিংগী অরাবদি নীংশিংলকাখিবা মিকুপশিংনো ওইররি। ঐ নঙবু মুংশি। ঐ নহাকপু মুংশিজখি। থম্মোইশিনা। ঐ কপখি। শিম্নরিবা পি হৌজিক্তি অরেপনি। বালা! নহাক নত্তনা ঐগী পুন্সিদা অতোপ্পা কনাগুম্বী অমত্তা য়েংলরোই খল্লবসি ওমতুনা লৈবা বামৈঙম ওইররি। খনবা নত্তে য়েংলরোই-দবনি। লেপ্লবনি।

অদুবু নহাক্না হন্দক তৌরক্লিবসি করিনো ঐ হায়ফম খঙদে, খনফম শুকখঙ খঙদে। মসিনা মচুল্লে হায়বা ফল অমা লেপ্পা ইঙম্মক ঙমহন্দে। নহাকী থম্মোয়গী পুক্নিংগী ইচ্চল নহাক্না খঙজরমগদবা মঙাইরে।

ফনবনি খন্দুনা হোৎনক্লবসু থম্মোয় লাইমল ওইনবত্তা ওইরম্লে। থাজক্লবা আশা ওম্নরম্লে। তোয়না উম্নরবা হৌজিক্না থৈদুনা চৎপা, মসিনা মাগী পাঙখুম্নি। বা ভাংনদবনা মাগী পাঙখুম্নি।

ঐ ইতোমতা হজ্ঞিল হজ্ঞিল খন্দুনা য়েংবদা নহাক্কী ৱাখল অহুমক হজ্ঞিল হজ্ঞিল লাকখি। নওনদি ঐবু লমজিংবিরম্লগা মুংশিবগী ঈপাক ঈয়ায়দা হুন্দোকপিরম্লে ঈরাকুরসমু মতাগুম। মসিদা নহাক্কা ঐবু লমজিংবিদে হায়রবদি ঐগী ইরাম্নি। শেৱাম্মনা খনবা মী অফবা ওইগন্দে। ইরালগীদমক পুক্কিংগী অৱাবা ইশানত্তা মায়োক্লজবদগী থোইদোকপা অমা লৈত্রে। ঐ নওবু মুংশি। কৱিনা শাক্কি ওইহুনা নওবু মুংশি হায়বসি প্রমান তৌগনি? ঐগীদি নওতনা লোইরে। অহুবু কৱিনা পেলহনগনি ঐগী থেম্নবা ৱাখলনদি লাম্বা থোক্তে। খরদং অসিদি থম্মোয়গী ৱানি। নহাক্কা ইস্থোক্লবা তুং অসিদা ঐনা ওইহৌগদবা পুন্সিদি .........নি। অসিমন্তাই।

ইথও থওনৱবসু, মা ঐ মরি লৈনবগী মতাংসিমদি ঐত্তোন্দদি পুমওক ওক্লে। ওইরগনি থল্লবসু য়াম্না ওম্নরম্লে। ঐনা পীবা চিঠিদি লৌখি। খুদোলপোৎসু লৌখি। য়াম্না হরাওনা মিনোক তম্মখি। অহুবু থা অনিগী মতুংদা ঐগী অরোইবা চিঠিহুগী মিকুপ ওইখি। ○

# সোবিতা

চিঠি কনা য়াম্না থাগ্রে। মাবু চিঠিদু সুকক্ংমক কংত্রবজাংলা। য়াঙত্রবদা চিঠি য়াঙ্খৈরোমদি থারম্লগনি। মুম্না পাশান্ত্রবদু থাগ্রিবা চিঠি মশিং অসি য়াঙ্খৈগী মথক্তদি শোয়দনা ওইরগনি। য়াখলগী মঙলান কয়ামদু শাগংখি।

তামলবী নঙোন্দা,

ঐনা অসুম্না হন্না হন্না অয়ুক খুদিংগী পাহুনা কপ্লি নংবু খঙহুনঃ নহাক্কী শকহেনবা কনাগুম্বগী ওইপ্রে তাবদা নোংমা হুমিদাংবাইরম অমগী মরুপ মপাংগী য়ারীদা পুক্নিং ফাথবা ওমদহুনা অহোইননা হিক্না হিক্না কপখি। মিত্তগী তাখিবা পি খিংবা ওমজখিদে। অদুবু ঐহাক্না লাইরিকশংদা মতম লেন্দুনা এম, এ লোইহনা অনৌবা অনৌবীগী থোংফমদু তায়জখিবনি।

 

ফেব্রুৱারি থাগী চেফোং অমাদা য়াওখিবা ডাঃ চন্দ্রশেখর হায়বদু নোবেল প্রাইজ ফংখিবনি। ফিজিক্সতনি মাগী বিষয়দু। মসি তাবগা নহাক্কীদি হেন্না থৌগংপা য়াকয় ওইনা থোকনি। মখৈকোন্দা থবাই লুপ্লিবী নহাক।

 

থম্মোয় শেংনা ওইহল্লিংবদি—মকোক মথং থনবদা য়াওপ্রবী খিল শালিনি চিফকুম। নহাক দিল্লিগী পাংথোকখিবা ফজবা তারবগী থবক অদু য়াওখিবনি। ইং ১৯৮৩গী ওক্টোবর তাং ৩০

দা খুদোংথিবা অমা থোকবিবদগী ইনথংলক্লিবা পুন্সিদা লৈখি-দবনি। কয়াদা পুক্নিং ফুংশিনভাইগী শক্তমনো। মাগী মোমোন মায়থোং য়েক্কুনা লৈহৌরগদবা শকমনি। ঐস্নু নংগী লৈখা তাবা পুন্সিদা তশেংনা ফুংঙাইজখিদবনি।

 

সোবিতা,

অনৌবা চহি লাকপগী অনৌবা অভনবা অয়ুক অসিদা ঐনা বাহৈ খরদং নহাকী নকমদা থারি। আশা লৈবিয়ু। ফুংঙাই য়াইফবা ওইবিয়ু। মায় পাকপা ওইবিয়ু। সংসার অসিদা লাকপসিদা লাইবকী লম্বী, চেংনা পুক্নিং লেপ্লিহুনা, খুদোংথিবা শিংনবা খুদিংমক মায়োক য়াহুনা, হকচাং ফনা লৈবিয়ু। ফিংচৎ থম্বিয়ু।

 

ইং ১৯৮৪গী অনৌবা চহিগীদমক চেনা কয়া ইখি আশানা ফুংওইনরগা পাওজেল কয়া। পুন্সি হায়বসি করিস্নু নত্তে। অহুবু ঐনদি নহাকী নিজখি থম্মোয়গী বাহৈ অমতা ওইরস্নু। করম্বা থম্মোই ওইখিবনো ঐগী বাহংগী পাউথুম অমত্তস্নু কংথিদে। লাংতক্নবা অহুম হেল্লকখি।

 

নিংশিংলিব্রা সোবিতা, হুমিত্ত্ জানুৱারী তাং ৭ থাংজনি। হুমিত্ত্ ঐনা অহানবা উবিবা হুমিংনি। দি এম কলেজ অফ আর্টস এণ্ড কমর্স তা ঐ বি, এ তম্লি। তেরেণ্ডাদা নহাকী অজৌবা অঙৌবা মায়থোং সনাগী লৈজেনা নাপদা, চোঙ্গা মরুম মচুগী ফুরিং অমস্নুং কনেক, কম্রিঙ্গদস্নু মঙ্গা মচুগী ফিজোলনা লৈজেংথিবা। দি, এম কলেজ ওফ সাইন্সকী অকোইবা ফেজ্জীং

মরাক্তা হৌরিবা নৈ শাৎলবা, পোমলিবা নৈপাল্লী কয়া কয়া য়েংহুনা ভেরেণ্ডাগী অকোইবদা নমান্নবী কয়া বা বা লাংহুনা নহাক কয়াদা মুণ্ডাইনা লেনখিবা।

মতমদু ইং ১৯৭৮গী নত্রগা ১৯৭৯গী আগষ্ট থা নত্রগা সেপ্তেম্বর থাদনি। ঐহাক্না নহাকী যুমদগী থোকলকপা ওায়রবা, কলেজদগী হল্লকপা ওায়বদা বোইজ কমনরুমদা মতম কয়া মাং-লকখিবা, নোংমা ঐনা উপাই কয়া তৌদুনা মুংশি-চিঠি অমত্তং পিনবা হোৎনবদা নহাক্না চৈথিবা অথিবা বাহৈ—"নমায়হুদা খোঙপাক্না কাওশল্লুরা, নমায়দু ইকাইবা নাইরবা, করি চাগে তৌজশারিবনো"—মতমদু কলেজ ছুটি থানরক্লে। মুংথিলগী পুং মরি তারমদাইনি। কংলা পার্ককী নাকলদা লৈরিবা লম্বীদু মী য়ায়া তিল্লি, ওফিসকীসু ছুটি থানবা মতম ওইবনিনা। ঐসু ঐগী লৈজবা থাদুনা হেক ওমজবমথে ফিরোল নায়া চৎখি। অহানবদা ঐনা হায়রম্মী "সোবিতা, বা অমত্তা হায়গে" মা খুমদে সাইকল চুমজিং থোই। অমুক্তা হন্না হায়রম্মী "সোবিতা, বা অমথক্তা হংজহৌগে" সুকথুম খুমদে। দি. এম কলেজগী থা থংবা থোঙালদগী তান্নরকপহুনা বঙ্গলোগী (গভর্নর) মপা য়ৌ-শিল্লক্লে। ঐনা সাইকলহু মী অচিনবা মরক্তদা থৌগৎলগা মাগী লাইরিকথাওদা অরৈবা থম্মোইগী শক্তি পুথোক্তুনা অহানবা চিঠি অহু হাপচিনখি। অহুবু মহাক্না চিঠি থাওহু খুদক্তা লংথোরকখিরম্মী। সাইকল খুদক্তা খামখি। ঐদি মাগী মমাং ওইরপ্না থানখিরম্মী। মাগী সাইকলগী চাকানা ঐগী নাল্লবা অতৌবা থোঙ্গাওদা হুজিল হুজিল তকশিল্লকখিরম্মী। চাকাগী উকুলগী মমি ময়েক লানা তারম্মী। মমাল্লবীশিংহুনা কুম্মেহু য়েংলম্মী "নংগীসিবু উশিঙ্গিবা হায়বহুনা, মীয়াম মমাংসিদা সোবিতানা মথা তাথরক-

খিয়ল্মী। ঐ ইকায়বনা মায় থক্ফম লৈতে। লম্বি চৎপা অচৎ অওকশিংনা শোল্লখি "কৈদৌরে, কৈদৌরে"। মতুনা হেল্লা ইকাইবা হেল্লকখি। মহাক মমাল্লবীশিংগা হেঙ্গত্তুনা থোগ্রে। লাপতক্লা অমুক্তংদি হল্লা য়েংথোক্লম্মী। ঐনা মথোয়গী মতুংদ তপনা ইল্লরকখিবনু।




নিংশিংলকখি, কনাগুম্বা উহৌদবশিংনা "ইবেম্মা ইবেম্মা চিঠি তাহৌরে, হায় মাংদা চৎলিবী মুপীমচাশিং নথোয়গী লাইরিক তাহৌরে" মতাংতুদনি মানা তৌরমখিবা কুম্মৈশিংতু। অতুদগী থরা চৎলগা নিতাইপাং চুথেক্তুগী কৈশামপাং মায়কৈ পাংখিবা। ঐনা রাখলনা উংতুনা লৈহৌবা।




কনাগুম্বা মরুপ মপাংশিংনা মুপী হায়বসি মুপাগী মথুক্তী অমা থোকই হায়না তাকপিবা য়াওই। অতুনা মুপী অমনা য়াত্রগা অহেনবা অতোপ্পা অমা কোইগদবনি অসুম্না হায়বসু য়াওই। মুপীমচা অমগীদমক মুপামচা অমনা পুন্সি লৈথা তানা মাংহনখিবা হায়বসি মমাংঙৈগী পংলিঙৈগী রানি। অতুবু ঐদি মহাক্কী রাখলদা মংলাক্লি। মহাক য়াওদ্রবা পুন্সিদি লৈকংলানি খল্লুবি।




নোংমা অমুক অমসু মহাক খংহৌদনা থেংনখি। মতমতু চহি তরুকমুক্কী মতুংদনি। ঐসু মাগী পাও তাখিদবা কুইরবনি। অতুবু হায়কেৎ ইল্লরুই। অতুবু মহাক্লা ঐবু তাখিরিগদ্রা নত্রগা খংবিরমখিগদ্রা থনবদা অঙকপা ফংনা চিংনরি।

সোবিতা, নহাক্লা মনিপুর ইউনিভর্সিতিগী বোতানি (লাইফ সাইন্স) দা লাইরিক মথা তমথরি হায়না তাই। নোংমা মুমিদাং অমা নথোয়গী ইচে মুমত্তি লুহোংবগী রায়ী তৌনরকপদা ঐনা

খঙখিবনি। সুমিত্রু দিসেম্বরগী ১১, ১৯৮৩ ইংনি। তশেংনমক্তি
সাইন্স মেলা অমা তৌখিবদু নহাক নীংশিংলমগনি। অদুবু
ঐদি নহাক বি, এস. সি, ফেল ওই হায়বা তাখিবদগী লাইব্রিক
মখা তমথমম্লোইদ্রা হায়না খল্লুরবনি। হোৎনবা লাইরেক্তবনা
নহাক অবাংবা থাক্কী মহৈকোন্দা চংলমলিবসি সুমিত্রুদা কেমিস্ত্রি
দিপার্টমেন্টতা পাংথোকখিবা সেমিনার অদুদা খঙলকখি। অহান-
থদা ঐদি ইকাই হঙ্গোয়বা অমদি মীতোপ ওইবনা মফমদু
চংবা হঙ্গোইখি। পাক হেক চংবা ঙমখিদে। ফনা কুইনা
মফমদুগী মনাক্তা লৈবা হোটেল অমদি পান তুকান্দা ফনা
কুইনা লৈখি। মহাক য়াওই নত্রগা য়াওদে হায়বা অমা খঙদনা
সুমদা হনবা মুঙাইত্রদুনা সেমিনার তৌফম অদুদা তঙাইফদনা
চংলে। মতমদু রিফ্রেসমেন্ট লৌথ্রবা মতুং মিনিট ৫/১০ মুক
ওইরে হায়বসি মথোয়গী কপ প্লেত চান্নবা অমদি লোয়শিন
থমজিল্লম্বদুনা তাকই। সেমিনার তৌরিবা কা অদুগী মন্নুংদা
চংদুনা ফম্বা ঐগী ইতিক নত্তে। অদুনা থোংবা মনাক্তা লেপ্পুনা
প্রোফেসর অদুনা বা ঙাংবা ঐ তারম্মী। ওঝাদুনা ঙাংলিবদু
মৈতৈলোন্দি নত্রে হায়বসি খঙলকই। ব্লেকবোর্দ'তা চোক্না
ইবগী মহুত্তা য়াম্না সাইন্টিফিক ওইনা বিজলি ফিল্ম অমদি সাউন্দ
শিজিন্নরম্মী। কেমিস্ত্রিগী ওইবা হিরম কয়াদা বা ঙাংলমই।
দুপীরোমগী নাকলদা ছাত্রী থরা ফম্বা উরম্মী। ফক্লাং ময়া
নকশিন্না সোবিতা ফম্লম্বা উবদা ঐঙোন্দা খঙহৌদনা অনৌবা
বাখল অমা ফাওখি। করম্বা বাখল অনৌবা, থম্মোয়দা ইশাবু
য়াম্না মুংশিজবা অমদি তেমশিংনবা, অদুম্নদি ওইরগা মহাকপুদি
হেন্না মুংশিজবা ফাওরি থবায় য়াওনা তাবা ছাত্রী মশিং
য়াম্নমদে অতৈদি বা ঙাংবা অদু তাবা তম্লকুনা মপান থোকপ্রগা
কা চাবা হোটেল চংবা অমদি লাং-ফাং তৌবা ছাত্রী থরদু

সেমিনার লোইরমদাইদা ইকাইনা চংলকখি। ঐসু মথোয়গী মমাংদা শক উৎকদবা ইকাইরকুনা তুমিন্না য়ুমলোমদা লাকখি।

 

ইং ১৯৮৩গী তারিক ২৬ দিসেম্বরগী অয়ুক্তা মনা পুংবা লৈহাও পাম্বীদা কুমগী নোংহৌ লাকপদা খোইনিং জুবাহুনা মতু মমান কম্বোক্লহুনা লৈবহু উক্লগা সোবিতা ঐগীদি মাগীদমক চিঠি তোইনা ইখি হায়বসি নত্তনা নং-ঐ হৱাও মিনোক তম্নবগী বাকম য়াম্না লাপল্লি। খল্লুবগা ঐগী আশাসিবু কদায়দা।

 

থা কয়া হৌত্রে, মহাক পরিক্ষা ফেল ওই হায়না তাই। মতুসু থবক্লা খঙলকপা হায়বহুনি। মহাক্লা ফেল ওইরকপা ঐনা মিকুপ অমফাওবা থাজখিদে। অদুবু ফেল ওইরে। নোংমসু কালিমাই মন্দিরগী মমাংদা থেংনখি। মহুগী মতুং মুমিং খরনি লৈরগা য়ুম্নাম লৈকাই য়ুমজাও লাইরেম্বী মমাংদা থেংনখি। মহাক্লা ঐবু উরগা ইকাইবরা নত্রগা শাওনিংবরা করিনো অমদি ফাওবে হায়বসি ঐনা খনখি মাগী শকফমদগী। হৌজিক্তি হাম্নগুম্ন মমাম্নবী কয়াগা পুম্না চংপহু উদ্রে। হাম্নগুম ওইদ্রে-কুচু তাইরে, রাখলনা লাকহৎলবা মীওই অমগুম মহাক্কী মোমোন মায়থোং উথিদ্রে।

 

ইম্ফালদা কফি'উ মুমিং নিনি চুপ্পা থমখিবহু নহাকসু নীংশিংলম্না য়াই। তাং ২৯ ইরাই মুমিং ফাইরেলগী মরিনি পানবা জান্নুয়ারী থা, মুমিত্তুগী মুমিদাংবাইরমদা পুং মরিগা মিনিট নিফুমগা তারমদাইদা নহাক নহাক্কী নয়ুম মায়কৈ পাংলক-ইদনা বি, এস, সিগী পরিক্ষা লোইরহুনা—মহু নহাক কাওরমদবসু য়াই ১৯৮২ইংগী নিংথমথাগী মতম অমনি। থম্বাল লৈগী

মখোক্লোম থংবা মচুহু নহাক্কী ফিজোলনি। নঙোন্দা ৱাহৈ অমা হায়নবা ঐগী শক্তি লৈতে।

 

মনা পুঙলবা হৈনৌ মনা, মৱাং কাইনা শাস্তোক্লুনা লৈৱবা হৈনৌ মপাল, ইংনা ঙৌৱবা হৈথা মপাল, মামনা পৱেং শান্না হৌৱবা চু পাম্বী ইকোক কোক্লবা শুমাংগী অৱাংথংবদা সনাৱৈ পাম্বীনা পৱেং শানা মম্যাংথংবা চিদায়দা পেত্রকলৈ কবোক্লে অমদি লৈৱাং জাতিকুপ্পীনচিংবা পৱেংচানা হৌৱিবা, য়ুমগী মনিংথংবা নাকলদা মহৈ তমথৎলক্লিবা ঔৱাথবী পাম্বী পৱেং, কয়াগী মতিক পুক্লিং হুরিবা, মসিবু পুক্লিং হেন্না থোগৎহল্লিবনা মথোল অহুমগী য়ুমহুদা মৱাক চপ্পা মিংশেলনা লংনা লংনা অৱংবা কাপ্লবা থোংনাওশিংগী মৱোল নাইৱবা য়ুম শাইজিল শাইয়াদা অপাকপা মনাগী উৱিনা কুংনা পাক্লা শম্না য়েংথ্রিবা, অতুগা মনা পাক্লবা কুংলবা উৱিহুদগী লম অমৱোম ইমুংলোমদা চংশিল্লগা মঙং চাবা বিজলি ট্র্যাব লোয়নননা ময়ায় থংবা কাগী (অনিশুবা মৱোল) অনিশুবা অৱাংলোমথংবা কাদা নোংমগী মুমিদাংৱাইৱম অমগী মতমদা ঐহাক্লা থঙহৌদনা উথি নিঙোল অমা, নিঙোল অসি কনা ওইৱমগনি? মহাক্কি শক্তম অসি ঐবু হায়জৌ হায়ৱদি মতম অমদা মহাক্কীদমক পুক্লিং মুংশিনা মীগী ওইথিনি থঙনা থঙনা থম্মোয়না থোয়দারুৱবা সোবিত্রানি।

নিঙমদ্রবা থম্মোয়না উৱি শং-শংনা কনাগুম্বা মৱাইবক ফবা অতুগী মকাদা অমদি মসিগা লোয়নৱবা ফজৱবা শঙলেন্দা নহাক্লা ৱানীগুম ঙাম্মোইবদো — মহুবু থম্মোয়না নীংশিংলুৱগা কল্পী মথোল থোক্কনা ইকায়না, অৱাবগী শকফম পুহৌবতনি ঐনা।

ৱাজিয়া বেগম, সুলতান অলতমাশকী মচানুপী, দিল্লিগী সিংহাসন্দা কাথিবী অমত্তা ঙায়ৱবী মুস্লিম নিঙোলগুম শেংনিংবতা

শেং চানিংবতা চা মমল য়ায়বা স্না লিকফাং মরক্তা ওইনহুনা মুংঙাই য়াইফনা পাল্লুকো পুন্সি মুংশাংনা—ঐগী য়াইফ পাউজেল অসিনি। কায়দবদা অরেম্বদা মতম কয়া মাঙনা নিঙবা কায়রগা লোইননা ইরোইনগ্রবা পুন্সিগী মিকুপ কয়া—'পুম্নমক হৌখিসমু। মসিসু পুন্সিনি।

In case of ornamental plants, one should be careful not to destroy the floral buds.—মরমদি ফজবা লৈ, লৈনাশিং লৈতেং ওইনা মশা শোকহন্দনা থম্মিংবা ঙাক্লি। অহুবু মায় পাকপগী শরুক ঐঙোন্দা থুংলমদবনিনা—Fruit trees follow slightly different schedule হায়নবগুম্না নগাকসু খুদোংচাবা অহেনবদা পৈথখিবা হায়বসি থোইদোক্লা অকাইবা লৈতে। বোতানি লৈকোন্দা মথল কয়াগী লৈরাং শাংলিবশিং অহু নহাক্কী নৌরবা খুংশানা অমমম পায়হুনা এক্সপরিমেন্ট তৌবহু নহাক্লা, নীংশিংলুরগা ঐগী থম্মোয়না কয়াদা ওইনরিবা। করিগী হায়দে নহাক্তি তুমিন্নদা লৈ অয়েকপা লাইগুম। ময়েক মাঙগ্রবা অমথক্তা কোয়তান তান্নরি– মুংশিবা শুরগী ঈশৈসু অরাবগী তেংথা ওইরম্লে, থম্মোয় কায়রবা বারী ভহু লোম্না চেন্থরি থম্মোয় মুংদা,—অহুবু, অহুমওইনমক সোবিতা,—খোঙ্গুলগী মরীক ওইরবা উফুল অহুতদি পিবিযুকো—পোকচমল মহৈ য়াল্লে খঞ্জবা ঙমজবা শকচগেকো।

মায়থিবনা মায়পাক্লবগী লালফম্নি। মায় পাকপা হায়বসি মায়থিবা খঙলবা মীওইতনা মায় পাক্লবগী আশা খক থাদোক্তে হায়নৈ। অহুম ওইনমক ঐহাক্তি তশেংনা নহাক্কী নফমদা মায়-থিরে—মায় পাক্লবগী লম্বী লৈত্রে।

য়ুমগী ফজবশিং অমদি নথাগী ফজবশিং অমদি মসিগা লোয়নবা লৈতেংগী ফজবশিং অনৌবশিংদা Advertising

plays a key role in this never-ending process by stimulating the public's desire for certain products হায়বসি লাক্লিংঙাই মচাক য়াওরিবরা? অহোই-মন্থুম মসিদগী হেন্না য়াওন মতুং ইন্নবা হোৎনজরিবনি। মসিদগী করি অমুক হায়নিংঙাই লৈরি।

থম্মোয় শোক্লবা অনাবা মী অমগী য়াহৎ নত্তা ঈরাং থাংগৎলক্লিবশিংনা করম্না তাবিগনি, অহোইনথুম অনৌ-অপেনগী ঈরাংদা লৈবনি। মহাক্না কৎচেৎ মচুগী জসি মঙ্গা মচুগী ফনেক, নাপ্পদা নানপ্পী, অমোনবা (শেংনা লুজথোক্লবা) শয়াং, তনৌবা খুনিং, মকোয় নাইরবা নিঙোনগী খদাং, অককপা ফুরিৎ লিৎপদনা হেন্না পকচরবী সোবিতা, মখোল থোক্তনা চাংনাইনা থৌরিবা সাইকলগী থোংজেল, করিগুম্বা মতমদা শেংনা শুরবা (সাবন মনম মুংশিবনা) রুমাল, চোম্বনি হায়বসু ঙমদ্রবা জগন জগন লাওবনি হায়বসু ইয়া য়ানিংদ্রবা মহাকী মতাং চানা পোম্নপ নোইরপ তারবা খজাই—অহুদগী অসিগুম্বা শিংথাবা য়ারবা নহাকী মায়থোং—ইপেনদ পেল্লবা, থম্মোয়দতা ওইরবা মহাক্নি।

 

নোংমসু উখি—অঙৌবা জসি, জলেম্বুগী ফনেক মচু অতুগা কাহৎলবা মায়থোং, (মতম শাংনা ক্লাসকী থবক অমদি লেবোট-রিদা প্রাক্টিকেল য়াওরুবনা) নভেম্বরগী তাং ১০, পুং মরিগা মিনিট নিক্রুমগা, থাংজ মণিপুর ইউনিভর্সিটিদগী খোকলকপা অমদি মমলি মমলিরবা মতমদা ময়ুমদা হনখিবা। অমুক্তা ইউনিভর্সিটি কেম্পসতা উখিবত্থু অশংবা ফুরিৎ অমদি চেকমচু (অমনবা কাই-থরক্লবা বাক্সা ডুম্না সিংহু স্কুলক্সী অক্যোয়বদা লৈরিবা ফুরা-শিংগী মচু অহুগুম্বনি) মী অঙৌবা মঙোন্দদি কয়াদা পকচরিবা।

খাদি গ্রামচ্ছোগকী পোংখোক্নি। মাগী মফি মরোল শেং-চাবদা ঐ য়াম্না খল্লিল্লি। ঐগীদি চহি অনি চৎহল্লি অমুত্তুং শেংখিবা ফি মরোল অমা। ফি-রোল মথল মথল শেংপনা মাগী অপাগ্বনি।

লাল্লবনি ঐ, লানথ্রবনি ঐ, পাপীনি ঐ, পাপ চেল্লবা পুন্সিগী চেনা কয়া নীঙশিং নীঙশিং লেল্লবা পুন্সিনি ঐগী। অশাগী কাইদোংফম কৈদনো নঙ। ঐ নহাক্কা নম্রবদি ঐগী পুন্সিগী লম্বীদা অতোপ্পা কনাগুম্বী মুপী অমত্তম্ য়েংলরোই। মপুগী শিনশঙদা ঈশ্বরনা অসুম থোকউ হায়বত্থুনা ঐখোয়না অসুম্না শায়ে। চিংনখিবা লৈবনা ফজবা রাহৈ চাম' চাম', তৌখিবা থবক লিশিং-লিশিং পুক্নিং থরায়না শেংলুম্রবদি অরাবগী মশক্নি। পুক্নিং তশেং তশেংদ্রি। রাখল তরু তরুদ্রি। থরায়গী ওইবা রা ফোংদ্রি। আশাগী মমি ইথক থক্নি। অরা-অনা কয়া অসুম তৌনা মাঙথ্রবনো খঙহৌদনা। তয়াং তশোইবা পুক্নিংসি কয়াদা ওৎ নৈহ্নুনা লৈরিবনো। হায়জবা কয়া মহাক অহুনা তাবিখিদ্রবদা করি কান্নরি হোৎনজবা, কয়া অহুমকপু মহাক থম্মোয় পান্দবী অমদি ওইরম্লোই। হায়ফম খঙদে, পোথাকম খঙদে, য়াম্না চিংনৈ, য়াম্না লাংতক্লে পুন্সিগী খোংফমসি অসুমক লম্মুক্লখিগদ্রা হায়হুনা। মান্নাগী মৈরিদা চাক্নি। মিনম্বগী সংসারদা ঐ অচুম্বা চৎলকখিগদ্রা? ঐহাক য়াম্না কুইনা সংসার অসিদা হিংহুনা লৈগদোবা মানশিল্লক্লে। পুন্সিগী আশা—পুন্সিগী আশা!! পুন্সিগী পরিক্ষা পুন্সিগী লম্বী—পুন্সিগী মচল পুম্নমক ঈশ্বরগী খোজালদগী কংলকখিগদরা? করিগীনো রাখলবু অসুক য়াম্না নোইহুৎলিবা?

"Our sweetest songs are those that tell of saddest thoughts" —Shelley.

মসি ইবা লোইরবা তুংদা পোষ্ট ওফিসকী লৈরকপা চিঠি থাও অমুদা হাজিরবগীদমক হঞ্জিল হঞ্জিল পাব্রিভৈদা ইমানা কৌরকই—"(বিহারি) ইবুংঙোচৌবা চাক লোইরে মহাকপু চাক চাগনিকা থঙত্রবরা, কলেজ চংপা থেংত্রিবরা স্কুলিং অ্যা য়ৌরে হৌজিক ফাওবা লাইরিক্তা পাঙ্লনা লৈরিবসিবো" মতমক্ ঐ ভাব তারকই খুদাং মড়ী থাক্কদুনা য়েংবদা অমুকী পুং তরাগ। মিনিট তরা মডা চংলমলে হোবে হোবে কলেজ চংলবা শেষ শারে। ○

# পুন্সীম্ম তম্মা

মীওইবগী পুন্সিবু ফনামা তম্মা তম্বগে, সোমচন্দ্র নোংমা অহেংলোংবা মিতা মীয়ামবশিংগা থবক অমা চংলম্মী। লমথাংদা থুংলোংথিবা থোকথিবগী মতুংনা সোমচন্দ্রগী ওইথংবা মখোং অস্তু নমখিবগা লোম্নবা মথুং য়েংস্নু নমখিরম্মী। মতুংনা মরম ওইরুনা তঙায়ফদনা সোমচন্দ্রগী খোঙ ওইথংবা অমদি য়েংবী খুংশাদা খুংনিংথৌগা খুংনাওবীগা ঈ অশিবা চংখিবদগী ককপা তাখি। লাইবক থিবা হায়গদ্রা ফবা হায়গদ্রা শিনিংচিত্তা সোমচন্দ্রা অশিবগী খয়াত্তগী নাহোকখিরম্মী। অহুবু ভসিদি মহাক কিভম শোইনাইনরবা অমা হায়বত্তুদি ফজনা ওইরে।

সোমচন্দ্র লাইরবা ইমুংদগী হৌরকপনা লাইরিক-লাইগুগী হিরমদদি থোইদোক্লা অকবা ছাত্র অমা ওইবা ভমখিত্রবস্থ কলেজ তম্মা ভমখিরম্মী। মপাবুংগী থৌগৎপিবা ফবদগী কলেজগী থাক লোইশিনখিরম্মী।

নোংমা সোমচন্দ্রগা ঐগা বাজারদা কোইরম্মী। মত্তমতু সুমিদাংবাই ওইশিল্লকদৌরম্মী। লম্বী বারী ওইনা সোমচন্দ্রনা বারী কয়া তৌখি। মেনা তানা বারী শামমিমনিংবগী থৌরাংবা অমনা ঐখোয় লম্বীগী মাকলদা লৈবা লম্পাক মচি অমদা ফমথরম্মী। সোমচন্দ্রনা বারী হৌরকই—

শোয়নাইরবা মীওইশিংগীদমক হেন্দিকেপ একচেঞ্জ হায়বা অমা রাজ্য সরকারনা থোয়াথোংদা হাংলে হায়বা তাথিবদগী পুক্রিংদা অনৌবা আশা অমদি পোকখি। আশা অসিমক্তা তোনথরবা মীওইশিংবু, চংনরিবা খুম্মাইগী থাকসিদগী পুন্সিবু অনৌবা আশা

শীঙনা, চাউখৎ-লমজেল অমদি হিংবদা জয়-পরাজয়গী মথৌ হাপকৎপা ইতন-তম্নবা থক ওইরোইদৌবা শোয়দনা ফংবা য়াবা মঙালগী লম্বী অহুমকী আশানি থঙখি। মসিমক করিগীনু ওইরোইদবগে ?

সরকারগী লোয়শংশীং, কম্নাইগী স্কুলশীং ইন্টর্ভিয়ু য়াউরম্মি। অহাংবা ফম মেনশিন্নবগীদমক্নী। হৌজিক্কী সরকার হাবি জাবি তৌদে হায়সিরা ? অসুম থল্লুবদা ঐনা য়াউজরক্লিবা থবক্কী পরিক্ষা (ইন্টর্ভিয়ু) অসি য়ামত্রবদা কুস্ত্রাদগী পংতা তাররোই। মসিমক হায়মনবা থোক্লগত্রা ? থাজররোইদ্র ? থাজররোই, মরমদি মশীংসি য়াম্মনগ্রে। অহুবু তশেংবমক্নি। মসিগী অশেংবা চেনবা য়াত্রবা খুদম চে-চাং য়াম্না লৈ। পাম্বীবশিংনা য়েংবিরবা য়াগনি। মসি ফাওবদা মায় পাকপা কৌবা লৈখিজ্রে। অসুম্না হায়বসি খংত্রবজাৎলা ঐ ? মহুদি, সরকারগী অচৌবা ফম্নাইবশিং, মশক-নাইবশিং, অমদি এম: এল: এ: মন্ত্রীশিং অসিদা শকথঙনবগী লোশিং লোয়ননা নপশীনবা তম্বা হায়বসি তঙাইফদবা অহানবা থৌদা ওইবগুম তৌই। মসিগা ঈরোইননা পৈশা পায়বা হায়বসি অনিগুবা হিরমগুম মথৌ তাই। অহুমগুবদা থরা হৈ-শীংবা হায়বসিমসু তঙাইফদে করিগীনো হায়রগা মীয়াম্না হেক খিনা ঙাংনরকদৌবহুদি অচৌবা ফম্নাইবা অমদি সরকারনা মায়পুন্নবসু পামফাত্রী। সঙ্গ লৈতবা, পৈশা পায়তক তৌবা, লাইব্রিক হৈতক তৌবা, লৌজনাম পুজনাম থরা শাথেংনরপ তৌবা, মায় থরা কত্তক তৌবা, ওইবা লমচৎ অসিনচিংবা হৌজিক্কী মতমদা মথৌ কম্না তারক্নী। হায়রিবা হিরম কয়া অসিদা ইশোক শোকহৌত্রবা নহারোল কয়া'মদি মথম্মোয়রুংদা মৈগী চীংগুম ওমহুনা পোকথায়বা ইঙম ওমদনা লৈরি। নহারোলগী

বাখলদি থবক অমত্তং ফংবা, থবক অতুমক ফম কাবদা অহান অকোন নিয়ম নাইত্রবা থবদং ফংলিবতুনা পেন্ত্রহুনা কন্না থনজিনবনা মতম চুপ্পদা ত্রোং ত্রোং শৌরবা ঈশিংগুম্নবা বাখলনি। অসিগুম্বা নহারোলগী বাখলসিনা পুন্সিগী অর্থ হনবা ঙমফম থোক্কে। পুন্সিবু করিস্থু নত্তবগুম থলহল্লকই। থবকী ফল হায়দোকপদা য়াওরক্কবতু বানোমহৌদবদগী অমদি মিচঙ-সঙ্গা, লৈতবদগীনি, মশা মশাগী অশোয়বনি খঙবা ঙমগত্রা? তশেংবদি মতমসিগী নহারোলনা থবকী মতাংদা মায় পাক্কবসি মরমশিং অসিননি হায়না মশানা য়াফম থোকই।

সোমচন্দ্রগী বাখ্রীসি ঐহাক তানা তানা ঐহাকস্থু বাখল অমা নীংশিংলকখি। মতুদি,—কুনমাথোইশুবা শতাব্দীগী থোংজিনদা ঙসি ঐথোয় থংলরে। বাখল,—। মহৈ মহৈ থরৈ, অনৌবা পোৎথি তৌনৈ।. ঙম্নমক পুন্সিদা শিংনবা হায়বতুমদি ওইরে। অনৌবা পোৎথিগী পোরম ময়াম অমা মাংদা তাহুনা লৈরে। অসিগুম্বসি বাখল তৌনবশিংনা থঙনৈ। য়াম্নমক কান্নবা য়াবা পোরম থবক্তা ওম্থোকপা হায়বতুমদি পামলে। মসিগী ঈথৌ লাংবসিনি হৌজিক লৈরিবসি।

ঙসিগী নহারোল অরাবগী বাখলদা লুপশন্দুনা লৈরবা শকফম্নি। ঙসিগী মহৈ মশীংগী আশাদা মমল লেপ্পীগদৌরিবসি ঙসিগী মমা মপা ওইবশিংদা নত্তনা মচু মচুগী অযাবা, অপাবা অনৌক্লা অথেংবা মুমিদাংগী মতম ফাওবদা মশা মশাগী মমায়দগী লৌথোক্কবমথৈ নাতোন অমদি নথাংদা ইনথং-ইন্থ শাম্নরিবা মথোইশিং অসিস্থুনি। অতুনা পুম্নমকসিগী তুংদা কলেজ তম্বা লোইরগা করি তৌনঙাই ওইবগে, মিংথেং চিংশিম্নঙাই ওইবনি, কলেজদগী থোরক্লগা মাইথোং কাহংকনি। অরাবগী শকফম

পুন্না লৈগনি। থবক ফংদবগী খুদোংচাবা য়াম্না লাপ্না লৈগনি। করম্বা লমচৎনো, শেমগৎদোরিবসি কলেজ লোইরগা—, খল্লুবদা মম্মি। আশাগী মমি ইমক মকই। দিগি্না থবক পীদে। বি,এঃ পাস তৌরগা লম্বীদা মুং চাইবা কোলাস থাবা, মুং খোম্বা, লৈডোই পেকপা কনাগুম্বা মীওই য়াওরম্লোইদ্রা? ফোংদোক্লুবগা ইকাইবগী শরুক্তমক থুংহৌগদবনি। অসিনা সমাজ অসিদা বি, এ পাস তৌবগী ইকাইনিডাই ওইবা শিনফমদা শক লোন্নুনা শিনফমহুদা খোংদাবা কাংবুম্নু য়াওরিবনি। চথরিবা চৎনবী অরি-বসিগী মহৈ মশিংনা মীয়ামগী ওইবা থাক্তা হেন্না সমস্যা খোরক্লবগী মচাক ওইবরা? তশেংনমক খন্নিংঙাইনি।

ঐগী মতৌহুদা সোমচন্দ্রনা মরুপ গোজেন বাবিসি তাবি-রিকো হায়রুদা ঐ জ্ঞান লাকই, খল্লকই মতেক অমা মও অমা মংলুরমাল্লে; ঐনা হায়রম্বী—মরুপ সোমচন্দ্র অহুদগী বারী কমদৌরবা—।

খুদম ওইনা "হেন্দিকেপ এমপ্লোইমেন্ট একচেঞ্জদগী" থাখিবা মনিপুর সরকারগী সেক্রেটরিয়েৎ জেনেরেল এদমিনিষ্ট্রেসন ময়াম্না জি এ দি দিপার্টমেন্ট হায়না খঙনবা অহুগী এল, দি, সি(ক্লার্ক) থবা লৌনবা ইং ১৯৮৩গী ওক্তোবর থাদা তৌখিবা অইবা পরিক্ষা হুদা ইশামক য়াওজখি। ঐ ইশামক নামা শোয়রবা মীওই ওইবনিনা, নামা শোয়রবা ঐখোয় পুন্না নিপালনি। নিপালসিগী মনুংদা ঐগা থানা অনি (২)তমক অইবা চাংয়েং পাস তৌই। তাইপিং তেষ্ট অহু থবায় য়াওনা চোকশিন্না তৌখি। ফল হায়দোরকপদা অমহুনা ফেল অহুগা ঐবুনা রিত হেলদ থমখি। খনগদৌরিবা মীম্নু অমা (১) থক্তনি।

রিতহেলদ থম্নিবসি সার্তিফিকেতনচিংবা পুখোরুবা ওইরম্মী। তশেংনমক্তি হায়নখিবা নিয়মগী মতুংইন্না অইবা পরিক্ষা তৌবহুগী

হেক মখংগী মুমিন্তা সেক্রেটরিয়েৎ ওফিসতা থিনগৎলুরবনি। ওরিজিনেল থমহৌবদি মুংঙাইররোই হায়রুনা মহোয়না (ওফিসকী মীওই) ওরিজিনেল চে-চাং য়েংলগা জ্রু কোপি লৌহৌরবনি। অদুবু মতাংসিদা মখোয়না চে-চাং কংদবগী বাকন্না, ওরিজিনেল চে-চাং পুখোক্লবা অশেংবা অমা থংনবয়া নত্রগা করম্বা মওংদা ওইরিবনো হায়বতুমদি লাম্বদা থরা লুরে। অদুগা করিগুম্বা ফেল ওইরবদি বিতহেলদ হাপ্পগী মরম য়ায়মক চাত্রবনি। কনাগুম্বশিংনা হায়নৈ বিতহেলদ য়াওরবশিংসি অয়াম্বনা পাস তৌরবনি। কনাগুম্বা গে্রজুয়েৎ য়োত্রবা নত্রগা সার্তিফিকেত পুখোকপা গুমদব মীওই-শিং চ্যেক তৌনবা হায়নবসু য়াওই।

বিতহেলদদা ইথম্তমক লৈরবতুদদি হরাও হরাও ওরিজিনেল চে-চাং সেক্রেটরিয়েৎ ওফিসতা অমুক পুখৎলি নিয়মগী লাও-থোকথিবগী মতুংইন্না খোম্নদৌদি শাওগৎলবনি। মরমদি, করিগী-নো বিতহেলদ লৈরিবসি নাতৈ চাদে, ঐগী বাথলনি। বাথল অসি লৈজরবসু ওফিসতা চংলে, চে-চাং পীশিল্লে। অদুগা ঐনা ওফিসকী মীওইদা হংই—করিগীনো বিতহেলদ থম্লিবদি? মখোয়না থুম্মি—ওরিজিনেল চে-চাং পুখোক্লবনি—ঐদি নহাক্কা হায়নবা মতমদা থিনগৎচগ্রবনি—অদু ওইরবদি অন্দর সেক্রেটরিদা হংবিরুরো—ঐ অন্দর সেক্রেটরিগী কাদা চংলে, কাদু মী থরা কল্লম্মী অমদি বারী শানরম্মি। অন্দর সেক্রেটরিগী য়াথং কংলহুনা ঐনা হায়—সার, ঐগী চে-চাং থিনগৎচগ্রবনি। অদুগা ওইরিবা কলসিবু করম্বনো? অন্দর সেক্রেটরিনা থুম্মম্মী—'নংগী চে-চাং কংলমলোই অদুননি। অদুবু ক্লার্কতা মমুৎ তানা হংলুচো' মখোয় মশেল থংজিন্নবনা ঐনা থৌরি হায়রবী ওইখিরম্মী। ওরিজিনেল চে-চাং অসি মখোয়না লৌহৌরে। অদুবু মতুংগী নম্বর চনবা নত্রগা চেনিং পীরকপা নত্রগা ওফিসকী হৌনবি থুদম অমত্তা

ঐখোয়দা শিন্নরক্লে। করিগুম্বা ওরিজিনেল চে-চাং অদু মাংপ্র-বদি ঐখোয়না মদু থিগৎজবদা মখোয়না চে-চাং লৌহোদে হায়না থুম্লক্লবদি ঐখোয় কেন্দিদেৎকীদি উপায় লৈত্রবনি। মরমদি ঐখোয়দা চে-চাং অসি লৌহোই হায়বগী প্রমান অমত্তা শিন্নরক্লবনি। মসি অহানবা হৌখিবদুদসু তৌই। মখোয়না ঐখোয়বু মী ওইনা খন্দবনরা নত্রগা মখোয়গী অফিসকী থৌশিল হৈতবনরা? ঐনা চে-চাং মাংপ্রবদি অৱাবগী মশক্তি হায়রুবদা মখোয়না হায় মাঙফল্লোইদ, মাঙওইদা॥

ঐগীদি ফংগে তাল্লকলিবনিনা মখোয়দা থৎনবা-চৈনবা লাওনরুবা খোল অৱাংবা অৱাওবা শিজিন্নরুবা হায়বসি ঐগী থুদোংচাবা মাঙলক্কত্রা হায়বগী ৱাখলগা লোইননা মখোয়দা কম্না আইন কানুন মান্নরুখিদে। য়াম্নদি ওমচাক্নরবনি। হায়খিবগুম্না চে-চাং ওফিসতা থনম্লে। থনম্লিবা পোত্তুগী চেনিং নত্রগা করিগুম্বা ওফিসকী শাক্ষি ওইবা য়াবা পোৎশক অমত্তা পীরক্কে। ইপেন পেঞ্জদে পুক্লিংসি।

অদুবু নাকল অমরোমদদি হৱাওবনা থম্মোয়সে মতম খরদি মকা লাম্না লৈজে। মরম; লৌগদৌৱিবা ফিভম শোইনাইরবা মীওইগী পোষ্ট অমথক্কনি। অদুনদি ঐ শোইদনা পাস তৌরে হায়বসি চেনবা য়াত্রবা ৱাফমদৌনা লৈবা ঐগী ৱাখলনি। মসিগী হৱাওবসি হায়ফম থংদে, য়াম্না হৱাওই মরমদি সরকার হায়বসিসু অচুম্বদি তৌরবোরে হায়বসিগী অচেৎপা থাজবা য়ুমফমদুনি। মসিগা ইরোইননা তমজরুবা মহৈগী চাওথোক্লফম ওইবা তাক্কুনি।

মতাংসিদা মীশক্তি অমত্তা পঞ্জররোই হায়বি জাবিগী ঘূপ হায়গত্রা ঐসু মীওই থরা উরজে। মখোয়দুগী মতেং নিজে অক-কক্ত থম্নবা ৱাখল লৌশিং পুথোক্নে।

মচিন তোংবহুনা হায়রম্মী—হন্দক্কিসি অচুম্বা তৌরক্কদৌবা মওং মাল্লি, কন্না হোংনৌ। মশি মহাক্কি থাখলনি। অসুম্না পাওতাক পি, হায়বি ঐগীদমক। মসি শেল্লোমদা মতেং পাংবগী থা খন্নরুবগা য়াবা নত্তে। তশেংনা মচিন তোংবহুনা ঐবু কয়া খনবিদে, মীওইনা থাবিদে, মহাক্কী অপোকপা মচা নত্তে লমলানবগুম্বনি।

শেল পিজনবগী থা হৌদোকপা য়াবা নত্তে সুপ্নগী মপাম্ফোংগী ওইবা ফজবা থা মগা-তরাদং খন্নবহুনি। শেল পুথোক্কে হায়রবদি চিংনবা লৈতনা পুথোকপিবা ওম্বা মীশকনি। অদুবু ওন খংনবা অমদি লায়রবনা ইনাকথুনবগী মপোৎ মরল য়াম্না শোকচিনগ্রবা ইমা পাবুং অনিনা য়াম্না কন্না নাখিহুনা অরৈবা সমপাল্লি কায়প্রবা হৌজিক্কা শোন্দুনা লৈরবা থবক ইঞ্চাং শুবা ওমলবা নহাদি ওইরিবা ঐগী অপোকপা পাবুং অমুম্না ওইপ্রবদগী পুকচেন চাওথোকপা ইওম ওম্নদবা কল্লক খম্বনবগী পল অমনা শেলগী থাফম হৌদোকপা য়াদে।

  

—হৈমা নহাক খংজ্রিবরা? হন্দক পাংথোকখিবা পরিক্ষাহু ওম্নবা হায়হুনা লুপা লিশিংনা খুজ্জিং ওইরগা থানোম্বা চৎনরিবসিদি।

—ওহ! অদুদি ঐস্সু ঐখোয়গী ইচে অমা লৈ, মঙোন্দা অমুক্কা হংহোক্লখিগে।

—হংহো হংহো. মী অসুক য়াম্না মহৈ মহৈ মাগী মাগী ওইহৌনবা চেন্নরিবসি নংদি করিমক্তা থোশা থাশাদহুনা লৈরিবোরে। লাইরিক হৈবখক্কনা পাউথুম ফজনা থুম্বখক্কনা মহুন। চপচাবা পম্মুং ফংবা ওনগনি থাজবিরুগম্ম।

  

—ইচে কমদোসিগে পৈশাসিবু কনাদা শীসিগে, পৈশাদি লৈতে, ইমাদুা পাবুংদা য়ুম ইঙোল য়োল্লুরো, য়াম্না থুনমক ভসি নোংমা নিনিসিদা পৈশা পুথোক্কবা য়াদে হায়রক্লদৌনি।

—করে করে বোর্দকী চিয়ারমেনদু ঐখোয়গা খঙনৈ মঙোন্দা শীরসি নঙ থোরাং তৌরুরো, লুরিববু লুপালিশিং তরাদি শোয়দনা হায়রক্লনি। মাদি দর চাওবনি।

—ওইনিংবমখৈ ওইসনু, থবক্কুমতং ফংহৌরগা লোইরে, থবক্কুবু ওইরবদি শেলছুদি চহি অমদা হুপ্তিনবা পোংনি।

  

- পাবুং ফিভমশি খংলেদনা ঐ থবক তৌহোদবা য়াদে হন্দক্কি মতাংসি ঐগী অরোইবা হায়বত্থু ওইরবনি।

—কম্নিনোনে, ইবুঙো য়ুমসি য়োনবত্থু শিংলোই, তুরেল লৈরাই মিঙ্খায়বদা য়াওথিপদোবা লমদাসিবু কনানা পামত্থনা লৈগদোরিবা, নংনা হায়রিবা শেলফমছত্থু য়োনা শিংলোই। নংবু সেক্রেলগী থবক অমা ফাওরক্লে হায়বদাই, মত্থু ওইনা ভাইরো। হোজিকপু কদায়দগী পৈশানো চাক চানিংঙাই হৌজিক লৈত্রি। নমাত্থু চেং পুবদা পুক্কম খংলত্থনা অরাংগী নতৈমদগী হুপ্তিল হুপ্তিল চেং শোংলগা পৈশাদি ইশিং শিংবিরক্তে হায়ত্থনা মশাব ফোইবা লাক্লবনি, শেল শিংদোকমন্দ্রত্থনা নতৈমা চেংদায়বীত্থনা শাওবদা লোইথ্রবনি।

—পাবুং, থাগ্রিবা চিঠিত্থুগী পাওখুম ফংগনি থল্লুবদা থঙোয়শে য়ামমক হরাওজে, পৈশা তিংদত্থুনা, থানোমদত্থুনা অশেংবা ভমাংমনগী লোশিংনা সেক্রেলগী থবক তৌরগনি থল্লুবদা থুক্লিংদা ঈশ্বরবু য়াম্না থাগৎচখি। মত্থুগী পাউখুম অদো "থবক কারো" হায়বগী পাউখুম ওইগদোবা অত্থুননি। অত্থু -।

—অত্থু কৈদোরবা?

—চিঠি থানবা, ফোর্ম থানবা, য়াম্লবদা থা অমগা মুম্নিং ভরানিরোমদা চংবহুনা হৌজিক থা অহুম হেল্লবফাওবা লাক্লিব-সিনদি পাবুং ঐদি চিংনরি। রেজিষ্টার তৌহুনা থাথ্রবা ফোর্মহু কমদৌথ্রবগে হায়বগীদমক "রিমাইন্দর" কয়ারক থাথ্রবনি। "পাউথুম" অম্মুমক মফংলক্ত্রবা অসিদা কুইর কুইরগা চিংনবগী চাংসু অহুমক হেক্সংলক্লি।

—অহুবু ইবুংঙো নহাক্না তামোনদি চিঠিহু শোয়দনমক্না লাকনি হায়রকখিবনি। হৌজিকসু হায়রি। অসোমদা ওফিস মহুংগী থবক শিন্দোক শিঞ্জিন তৌনরমখিনি, অহুনা অপনবা ওইরিবনি হায়, মহুহুম তৌ, ভায়য়ু কৈদৌবগে, পাবুংনসু পাউথুমহু লাকনি হায়না কন্না থাজরি।

—চহি অনি হেল্লক্লবা পরিক্ষা অহুগীদমক চিংনরক্লবনি, মরমদি ইমান্নবা অরাম্বা লোয়না থবক তৌনথ্রে। তোম্বখোয় চাওবখোয় লোয়না সেক্রেলগী থবক তৌনথ্রে। মখোয়হু অহুগী মচানি অদাগী মচাশিংনি। ঐগীনা থবকসি ওইরকদোবা মানশিল্লক্ত্রে।

—ইবুংঙো ইপা রা হ'য়গে, নমাবোক্লা সনা থরা, নন্দোমচানা থরা বন্ধব থম্লহুনা মতেং পাংগে হায়। নঙনা তৌনিংবা লৈরগদি তৌরসি, লুরিববু লুপা লিশিং ভরাবু শাগৎপা ভয়োইদৌরি।

  

—নহাল নোংমা লাক্লম্বগুম তৌথ্রে।

—অহোই ঐ লাকচরয়ে সার, সারদা মিং, রোল, লৈফম অমদি অকুপ্পা মরোল হায়জরম্লবনি।

—ইবুংঙো, কাম্নয়োইদা ঐনা ভমজে নংবু করিসু লৈতবদা য়াম্না কুইনা ভাইহন্নে।

(কুইনা ভাইরক্লবহুদা লাংতক্লবসু হেক্সংলক্লম্মি, অহুবু কৈদৌনি ঐবু ঊননিংথ্রবমান্নে মানা ইমুংদগী হেক খোল্লকপগা ঐবু ঐগী

অতিথিগী কময়কময়দগী কৌথোক্লগা অহুম থিংদোরক্লে, মথা তারকই, কান্নরবোই কোম্না লাকউ, ঐ মী উন্নগদবা থবক অচিনবা লৈ হায়দুনা ঐগী বাহৈ অময়গী ভিক্ষা নিবা ফাওবা কংখিদে হুংনিংবা খিজিন্নিংবা বাখল অমা তত্তনা ফাওন্নি মাগী ময়ুময়দা কয়ারক চংলবা তুংদা। মথা তাথরকই

—ফরে ফরে য়েরো য়েরো।

  

—ইচে কময়দোশিগে পৈশাহু লুপা লিশিং অহু অহুথক্তনা ভাংনবা উনবা য়ারোইদরা?

—মাদি, চংবু চংলুরবদি, হায়বু হায়রুবদি তরাদগী তারোয়।

  

—ঐখোয় ইবুংঙোদি য়াম্না ফনা লাকই, পৈশাবু ইতিং তিংত্রবসু য়ানিদা, চান্স য়াম্না লৈ, শোয়দনা ফাওরক্লনি।

—কনানা হায়রিবা?

—অবাং থংবগী তামোগা ইতৈময়গনা

—তামোগা তাচৌগা ইশাময়ক্না চিয়ারমেনখোয়দা অমুক্তদি চং-মিন্নরুসি কৈদৌবগে?

—ঐদি চিয়ারমেনগা অমুক ৱাওনবা, লাওনবা য়াওথ্রে মঙোন্দা চংবা ঙময়লরোয়।

—ইতৈমা চিফ মিনিষ্টরগা থংনবিত্রা?

—কদায়দগীনোদা থংনজদেদা

—ইতৈময়খোয়গী পাবুংহুবু ডাইরেক্তরনি হায়বদাইনে।

—অহু ওইরবসু মানা হাপ্না ঙম্মোই।

—ইতৈমা কময়দোসিগে?

— নংবুদি শোয়দনা য়াওরকনিদা নঙোন্দা খুদোংচাবা য়াম্না লৈ

—অহু ওইরবসু ইতৈমা পৈশা য়াওত্রবদি থনবিরকনি হান্নবা খোয়না থাজদে।

—থোয়না বারুম্নদা।

  

—ইনে ঐগী খবক্তু রিজার্ব লৈ হায়।

—পৈশাবু পিত্রবদি নহাক শোথহৌবা ওইহনস্থ, রিজার্ব লৈবা ওইহনস্থ, করিমত্তা খল্লক্লোই, নথন্তা ঙায়রবস্থ লৌকম থোকপা ওইরবস্থ।

—অহুদি ইনেহোয় মাম্মহোয়না য়াইফবা হায়রবহু থোকই শেলগী মতেং খরা পাংবিয়ুদনা।

—হো ইবুংঙো নং ম'ম্মগীনি হায়হনা লুপা লিশিং তরামঙা খা কয়া চংনা। মিনিষ্টরদা প্রমোসন কাবগী ব'নোমথ্রবা পৈশাকা শিংলক্তি কদায়দগী বানো নংনা ঙাংলিবহুবো পৈশা মরি'ফাঙবা লৈতে। ঐনা হায়গদবা হায়রবু পরিক্ষা লৌরিবা দিপার্টমেন্ট সেক্রেটরিহুদা হায়হৌরুবো নং নশামক চক্ত্নুনা খম্মোয় শেংনা লৈতবা লায়রবা অরা অনা কয়াগী অমদি অয়েবী প্রেমগা ইরোইননা "করি তৌজো হায়বগে" হায়বনচিংবা নোঞ্চ বাহৈ খরদং হায়বিরুরো।

— ফবে ফরে ইনে অহুদা তারে।

  

—সারবু লৈবিব্রা?

—লৈ ঙহাক্তং ফম্মু।

—ভাই, য়ুমসি মঙং য়াম্না তাই ফজৈ রাশী লৈ।

—সার করিগুম্বা অমত্তা—।

—করিনো?

—হন্দক তৌখ্রিবা পরিক্ষা অসি পোষ্ট মথল অসিগী রিজার্ব লৈবরা?

—ঐ কাওয়ে, অহুমকপু অচুম্বদা তৌগনি।

  

—সেক্রেটরি ময়ুম চৎলুরবরা ?

—চৎলুরে···অসিনচিংবা হায়রকই।

—অহুদি খর তোয়না চৎলু।

  

—সারবু লৈবিত্রা।

—চিফ মিনিষ্টরনা কৌরক্তুনা চৎখি, করম্বা মতমদা হল্লকদবনো খংদে।

—ও···।

  

—মথারোমগী অন্দর সেক্রেটরিদা অমুক্তং চংলগা হংখোদনা মাস্থ য়াম্না ওম্বনি; মী য়াম্না থবক হাপপ্রবনি।

  

—তামো সুম সুম্ব—।

—এ অহুদি সেক্রেটরিগীদা চৎলো; ঐ অহুগী পায়ত্রে, লামশন্নত্রে অহুনা ঐগী রাইত লৈত্রে, খুৎ খিংজিন্নত্রবনিনা। ময়ুমন্থ অহুদগী খিক্তং চৎলগা কোনা থেকচন্নফম অমা লৈবনি মস্থদা চংউ হেক মচিন্দা লৈবনি।

—ফনি তামো অমুক য়োক্তগ্রগে ?

—ফনি ফনি য়োরো য়োরো। ঐনা হায়বা সেক্রেটরি মখিংদু খংলেদনা মাগা নিংথিজনা উন্নক্রো।

  

—ইচে মহানগীহুবু

—ইবুংঙো, মখোয়গী মনেমা নহান হায়বা ওফিসার অহু মুদিংজিনি স্থতি লৌখি হায়হুনা ওফিস কারকপা উদে হায়নে। হায়বদা

মহুস্ন কয়া থাজজে।

—ওহ ফরে ফরে, ইচে।

  

—ইনে, পাও ফংনরবরো?

—ফংনরে; অহুবু খংদেনে নংগীসে নখোয়গী অরাংখংবগী খুরাদা অমুক্তা হংঙদনা

  

—খুরা ঐগী ফিভমসিদি সিনি সিনি।

—চুম্মদা ফজনা খুম্ম ভপ্পবস্ন তপচসনু, লান্দদি লালহৌনগনু, অচুম্বদা তৌরকপস্ন কনানা খংগনি। অহুগী সার্টিফিকেতপু লৈবরা?

—লৈ, নহান ঐখোয়গী মাম্মা ডাক্তর অহুনা ঐগী সমস্যা তাবিবদা পিবিরক্লবনি।

—হোংনৌ হোংনৌ।

  

—ইবুংঙো খুরানা হায়ববু পৈশা লৈতে হায়নে।

—করিগী লৈতগনো, ইচেগীদি তৌদোরিসিদি, ঐদি অপোকপা মচামক ওইহৌজ্রবনিনা তৌবিনীংবগী বাফম কদায়দগী লৈরুনি।

—কৈদোগে অসোমগীদো ঙাইরো, ঐদি চেহু লাকনি হায়বা য়াম্মা কম্মা থাজরি।

—হোয়নে অহুস্ন চুমইনে, পাবুং অহুদা……

—অহুদা কৈদোরবা

—অমস্ন ওইহৌদ অমস্ন ওইহৌদ, ফরক অমা তারহুনা ইমাং মাংনহুনা বাখলগী পোঞ্চাফম খংত্রবা অমনা চয়েৎনহুনা। হি অনি তোংবসিদা।

—ঈশ্বর লৈরি, অমম অজ্ঞান থান্নরি, ঈশ্বরনা শাক্মিনি।

  

—ঐনা নঙোন্দা কয়ারক হন্না হান্নগ্রে, য়ুমদা তোন্নবা লাকনু, ওফিসিন্নেল মেটর থন্নজদে, হংনিংবা তাননিংবা পুন্নমক ওফিসতা লাকউ।

—অহুদা

—খংলে, খংলে; অহুবু কনানা খংগনি মহাক্তু, শোথহৌবা মী ওইরমত্রবদি, শাজিন্নবা ওইরম্লবদি, চংলো ওফিসতা লাকউ।

  

—তাচৌ কৈদৌঙৈ চংলুসিগে।

—ভিবা লোইরগা

—তাচৌ কৈদৌঙৈ চংলুসিগে

—হয়েং

—তাচৌ হয়েংদি শোয়রম্নুকো।

—ইহে মথংগী লাকইবা অহুগী মুশিঙ্কুদা চংলুরসি মনাঙ্গুপাহ্ ঐগা থংনৈ।

  

—চংজন্নকপা য়াগত্রা ?

—য়ানি। করি ওইরবনো ?

—অসিগুম্বা ফিভমসিদা

—ইবুংঙো অতৈ অম্না কান্নরম্নোই, চিক মিনিট্টয়দা কজনা হায়জক্করো। থম্মোয় শেংনা অবাবহু লিক্করো।

  

—করিগুম্বা অমত্তা হংজগেবা ?

—করিনো হায়বিম্নু য়ানি।

—সি, এম বু লৈবিব্রা ?

—লৈতে, ককচিংদা তুর চৎথি হুন্নকদবা অরেপ্পা মতম হায়রবা ওয়দে।

—ওহ! হয়েং লাকচরগে।

  

—সি, এম লৈবিব্রা!

—লৈ মিটিং তৌরি চংবা য়াখিরোই মতমবু য়াম্না শাংই ঙসিগীদি খুদোং চাররোই, হয়েং লেংবিরক্লো

—হয়েং য়েৌগ্রবদি কাম্নররোই

—খর মাঙজৌননা লাকপিরম্লবদি ফগদবা

  

—তামো রা অমত্তা হংজগেবা ?

—করিনো ?

—দিপুতি সি, এমবু লৈবিব্রা ?

— জিরিদা তুর চৎথি, হুমিং হুম্নি লৈরকদোবা মাল্লি।

  

কনানা খঙগনি হাপফম থোক্লবা ফমচুদা অঙম্বশিংসু পৈশা য়েৌরক্তে হায়চুনা থৌরাংনা ঙাইরম্বসু। অদুদি পৈশা রাওগ্রবদি থল্লক্লোইদৌরিব্রা? মসিগুম্বা রাথলগী চয়েৎনবনা চাব-থকপ কোয়ব তুম্বদ মফম থংহল্লিরবনি মতেক মতেক মগুগুম হাগুম।

পৈশাবু পিগ্রবদি খনফম থোক্লবসু থল্লকনি হায়বসিদি হেক্তা তরায়না লৌফম থোক্তে। করিগুম্বা থবক অমু শরুকগা সরকারদা কেস তৌদুনা আইন কানুন ফাকৎতুনা মাম্নরুবসু লম্নাই মীওইগা সরকারগা কেস মুরুবা আইন তকখৎনবা হায়রসি সরকারনা ওমখিবনা অয়াম্বনি। সরকার হায়বসি সরকারনি।

কৌগোদা ওম্মা শক্তি লৈবা অওম্বনি। কেস থাজংলুনি, কেস অমত্তু য়েথোক য়েথোক্লুনা চহি কয়া লমশিনগনি, মতম কয়া মাংহনগনি। কায়নখংদদি লম্লাই মীওই অমত্তু তাক্লকনি। অমুদগী তুংগী খুদোংচাবা মাঙজগনি। সরকারগীদি সরকারনা থোকপা অমা তৌথিনি, মখোয়না ওয়বা অমা, লম্লাই মীওই অমত্তু মমৈথংদদি নিংথৌ কায়বগী মৈরিলক্কা ওয়-থোইন তাউদুনা লৈজহৌগনি।

কাম্নগদ্রা। কাম্নরোইদ্রা? ওইগদ্রা? ওইরোইদ্রা? শিরশিরু মুংভাইবগী লম্বী থিবদা উপাই ওইনবস্ু য়াওই। শিরশিরা অমুদি উপাই অমা তৌদুনা ইথম্নতা, মতুস্ু অরাংবা বাথল নত্তে? তুংগী মীনা থিনা ভাংনহৌগনি। অমুবু পূর্ক্লিংদা পিরিবা চৈনা অসিদি নোংম নোংমগী বাংথংলকই।

  

—নহান্না লাক্লম্বদি মতেং থরদা ওইরবস্ু পাংবা ঙমলমগদবনি, হৌজিক্তি অনাবা খুখারবা কান্দা ডাক্তরনা মায়বনা মায় ওনশন্দ্রবা মতম অসিদা লাকপসিদি নংগীদি কাম্নররোই অমুবু তুংদা লাকদবা কাংবুগীদি ইতিহাস ওইহৌনবা অমদি মখোয়গী লম্বী ওইজহৌনবা লম্বী খুদোংচাবা ফংজহৌনবা ঐ শিনবিগে অমুগা চিফ সেক্রেটরিগীদা দরখাষ্ট অমত্তং থাজিল্লু। লাকদৌরিবা বজেৎ সেসন বিধান সভাদা বাফমত্তু পুখৎকে। মুঙাইত্রিবা ঙকইববু আই, এ, এস ওফিসারনবু মত্তু থঙদ্রবদি আই, এ, এস ওইরুবগী করি কাম্নরিবা। দিসএবলগী রিজার্ভ পর্সেন্টেজ অমুক অমুক লৈবনি।

—ফরে তামো ফেব্রুবারীগী অনীশুবা চয়োলদা লাকচরগে।

  

—অমুদি নংদি ওন্থোক্না পঙথবা হায়বত্তুনি নংগীত্তবু লুপা লিশিং অমনিদ্বং শং থোমজিনহৌরবদি শরক্ত্তদা, শুকশোয় শোয়দনা

ওইহৌবা য়াৱবন্থুবু; থন্দুনা য়েংউ হৌজিক মতমদবু পৈশা য়াওদবা কনা য়াওবগে, নহাকন্থু খওলমগনিদা, লুহোংবা চৎপদা পোৎয়েং পিনবনি, পোৎয়েং য়াওদনা লুহোংবা নত্রগা সোরাংকী দেৱ কর্ম্ম চৎপসি পুক্নিংদা হঙ্গোয়বগুম্বা কয়ি'গুম্বা ইকাও ফাওবিত্রমান্নে খওদেদা ঐনা হায়জবদি চৎনবী হায়বসি মতম মতমগী অহোংবা লাকই অদুন্থু সমাজদুনা চৎনবী মতুং ইন্নবা ঙাকনি হায়জবগী বানি।

—হোয়নে অদুন্থু চুম্মিনে।

  

—য়ুমশিবু ?

—হুইনহে—। হুইনহে, কালু-কালু লা-লা-লা-লা-অরাংবী হায় অরাংবী চৎলুনহে—। ইবুংঙো করি হায়গে।

—আ তামো উনজগে লাকচবনি।

—ওফিস কাথি হল্লক্লিনে—অদুবু চংঙকখো লাও ঙাইহাক্কং ঙাইয়ো।

—ফনি ইচেম্মা

—(ঙহাক্কংগী মতুংদা) কায়দগী শোত্নুগা বেগতুগা পুশল্লকউ, আ চাওবা ময়োম অমা মনিংগী শরুক্তদা য়াওরিবনি মদুন্থু কাওনি।

—ইবুংঙোসি মাই তামো উনগে ঙাইরম্মীবনি, বারিবু অম্নম হায়নে।

—মহাক্কীদি য়ারয়োই, বা মখা য়াম্না তারম্নু প্রেসকা য়ৌনরে। ওম্মরোই হায়রিবসিনি।

  

বারীছু য়াম্না থম্মোয় শোকগ্রবমান্নে, সোমচন্দ্র বারী লিরম্বদগী তুমিন্না লৈত্রে। মিকুপ খরা তুমিন্না লৈত্রবা অদুদা ঐনা অনিরক অহুমলক কৌথি অদুবু সোমচন্দ্র বাখলনা ফুম্বংনবা হায়বহু

ওইরমাল্লে ঐনা কৌরা থুমখিদ্রে। ঐনা মাবু মত্তং পাংদুনা ময়ুমদা পোত্থাহল্লম্মী। মরক মরক্তা চোইরোলগুম লাওরকই—।
—মসিবু moral degradation দা? This conflict is an unavoidable. মাদি হকচাংসি slow poisioning ওইরে।
—Economic policy দি, পুম্বা ফেল ওইরে, character দা অচৌবা চৈথেং পিরে। Supreme ambition to wipe—
—মসি কয়া কুইনা থাংদুনা লৈগদবনো থংদে, মপাল মরা থর থরবু ফুকলকপগী মওংবু মাল্লিদা।
—Every tear from every eye মসি মখোয়না উশিন্নদ্রব-জাংলা?

—Unending flow of human sorrow.
ঐনা থেমজিল্লম্মী সোমচন্দ্র নিংথিজনা পোত্থারো নহাক নাবা হেঞ্জিল্লক্লগনি। নশা কল্লবস্থ নহাক হৌজিক নারে। অদুনা য়ারিবমথৈ বা ঙাংদনা তুমিন্না লৈবিরো। অদুবু মখা তাথরকই —মখোয়না উবিদ্রবজাংলা— "A young man who was asked to appear the recent conducted examination by that department had submitted which acquired by the notice........ No chance for physically handicapped, Imphal January—1984

ঐনা হায়রম্মী—সোমচন্দ্র নহাক শোয়দনা অনাবা য়াম্না হেঞ্জিল্লগনি বা য়াম্না ঙাংলে। নংগী বাক্সীদু কোম্না তৌরো ঙসিগীদি পোত্থানবা তৌরসি। সোমচন্দ্রা বারমাল্লে ঙসায়মথৈ লাওবদুদা তপ্না তপ্না মমিং উইশিন্দুনা পোত্থাবা হৌখ্রে। ঐনা থোক্লকপদদি নোংচুপ থংবা মায়কৈদা অমম্বা হিংচাবনা মুমিংকী মশেক মঙাল য়োংখিবা চাইহাক ওইরমলে। সোমচন্দ্রগী মমানা হায়রকই গোক্তেন

ঐখোয় সোমচন্দ্রন্সি খংদেনে হন্দক মরক অসি মাগী রাখল য়াম্না ওল্লমাল্লে মশাসু য়াম্না শোকচিল্লকপা ওইনা উরে খংদেনে তৌরিসিবু জ্ঞান তাদে। ফরে মতমসি খেংলে, মতম ফত্তবনিনা য়ুমদা থিনরম্লনি। ঐসু রাখল অমদা তাওদুনা লাকপনা য়ুম য়োবা খঙহৌদে অমম্বা মরক অদুদা——

  

অনৌ অনৌবা ঈ-পাও থিবা লেপ্পবা মী অদু ঐখোয়না হৌজিক্কী মী হায়না খংনবা য়াই। মমাংঙৈ অরিবা চৎনবিগী মহৈ মশিংনা অনৌবা পাম্বগী মওং উদে। অদুবু হোংদোকপদি দরকার ওইরবনি। অদুনা মায়কৈ কয়ামরুমদগী ঐখোয়না দরকার ওইবা জ্ঞান তানশিন্নবা হোৎনফম থোকই। অনৌবা রাখলগী ঈচেল অমা লাকপসিনা মহৈ মশিংগী ঈচেল চেন্থে অদুগা শিনফমগী ওইরকই। শিনফমগী মতাংদসু লমজেল অমনি। লমজেল য়াওদবা মীনা চাওখত্তবা হায়বদু ওইহৌই। অনৌবা ওইরিবা কাংবুনা অনৌবা দরকার ওইবা অদুগী দায়ত্ব ওইফম থোকই। অনৌবা শিনফম তানবগী মচাকসু লৈ। থবক অমসুং লমচৎ হায়বসি চাওখৎপগী অমদি আর্থিক অবস্থাগী ফিভম লেপকদৌরিবনি। অদুনা হোৎনবগী মথা পোনবনিনা মী থুদিংমক্না লমজেল য়াওনবা হোৎনফম থোকই। লাম্বা তৌনবনা মায় পাকপা থিংচৎ অমদি আশা চাওখৎনবা মরমনি। ... ... ...। মীশিং য়াম্নখৎ য়াম-খৎলকপগা খংবা হৈবা ঈ-পাও থোমজিনবা হৈশিংবা অসিন-চিংবগী লমজেলসু তত্তনা চেনখৎলকই। অনৌবা পুন্সিগী অনৌবা লমজেল অমা য়াওহৌদবা য়াদবা মতাং লাকই। লাম্বা তৌনবা হৈবা তাম্লবা মতিক মঙাল পুথোক্লবা মদুগী মতিক অফবা ফলগী মহৈ লোক্লবা অরাইবা অমা ওইশিল্লক্রে। অনৌবা তম্লিবা

সমাজনি। হৈশিংবগী অমদি শেমগৎ শাগৎপগী খৌরাংবা অমনা তম্তুনা য়ৈরবা সমাজনি। অহুনদি তোয়না তোয়না অনৌবা ঈ-পাও লৌহুনা অনৌবা শেমগৎ শাগৎপা তোয়না তোয়না শেংদোকপা অরিবা লম্বীবু অনৌবা লম্বী ওস্থোকপা চাওখৎপগী লমদা অরিবা লমদা অনৌবা য়ুম শাবা অসিনি হৌজিক্কী সমাজ অমম্তুং মহৈ মশিং। মসিগী দায়ত্ব ঐখোয়নি। .........আশাগী শুন্দাৎনবগী পাঙ্গল অঙকপগী মশক্নি। বদায়দা করি লৈ, বদায়দা করি য়াৎলি, কনানা কদায়দা চংখি কনানা করি হংখি কনানা করি শেম শারি অস্থম তৌহুনা য়াহং পাওহংনহুনা লাংনহুনা থবক মচা অমতং ফংজরবদি হায়হুনা সরকারগী লোয়শং কয়াদা অমদি লম্নাইগী লোয়শং কয়াদা চাক চাকলুক অমগী অমদি চৎনবী মতুং ইন্নবা লাক্লবদা মরুপ মপাংনা তাকপিরকপা তাদা মাম্মনা পাও চেনবিরকপা খবর কাগজগী নোটিশ বানটেদ এদভরটাইজমেণ্ট অমদি থবক্কি পাও শক্তমদা হকথেংননা নত্রগা নাকোইনন। ওইবা কয়া লৈপুং বারীদগী ফংলকপা ঈ-পাও চীংদা মান্দা লৈরক্লা খুল্লক্লা, সহরদা লবাইদা, লমহাংদা নত্রগা মী কুওথ্রবা মফম কয়াদা অসিনচিংবদা থিজহুনা হুমজহুনা চহি কয়া মতম কয়া মীবা মৈশা নোক্ল মৈশাদা অমদি মশাগী অফবা পুক্নিংগী মফম মাংশিল্লক্লবা অমদি মপুং ফানা মাংখিগদৌরবা মিকুপ মশা মশাগী অর্থ পুন্সিগী হনবা ওমলরোই খঞ্জরক্লবা মীওইবা সমাজদগী থাইদোকখিগদৌরবা থাও পুমকং কংলবা দোশিদা থাওগী মনিল ফাওবা পকত্রবা মুংলি মুংলিরবা মতম অহুদা উচিন নাচিন্না য়াম্না চেকশিন্না খর থিংহুনা, হোংনহুনা থাও থজিক তাগ্রবদা মুংলমদাই মৈরিনা রি-রি ওানখৎলকপগুম থবক মচা অমতং ফংজবদা নে তানা খুংশা খর মচা অমতং হোন্দোকচরিবা মখোয় অহুস্থ হোংনবগী আশানা শুন্দাৎখিবনি। আশানা পুক্নিংগী মৈচাক পুম্নমক পুকণুংদা ফুমহুনা হিংহুনা লৈনবা লম্বী শেমই। মীওইবনা

শিজ্রিবমথৈ আশাগী মকম থুপনা লৈবা ঙমলিবনি। শিবনা আশাগী ঙমথৈনি। আশা লৈবা মীনা হোংনৈ। হোংনবনা আশাগী মরুনি। পুন্সি হোংনবা অমনি। ..........। অসিনচিংবা য়াওবা য়ারেং লাইরিক অমা সোমচন্দ্রনা পাখিরম্মী।

  

মুমিত্তু অযুক্কী পুং নিপাল্লোম তারম্লগনি। সোমচন্দ্রগী মমাস্থ চাকখুমগী মৈথু মরক্তা চাক থোংগদবগী হোংনবি। ফাই-রেনগী মরিনি পানবনি। কাওদি কাওরে অদুবু অস্থুম থনবদা লৈবাকপোকপা ওইবা যাই হায়না পুক্লিংদা কম্না থাজরুবি। সোমচন্দ্রনা মমাদা হাযরম্মী— ইমা। ইমা। চিঠি অমা লাকলে। মতমদুদা মচানা হরাও হবাওনা তম্লিবা পাউদমদু সোমচন্দ্রগী মমানা থাজখিদে। শৌগ্রি মনাদু পং পং থদংলদুনা থুম্মকই— কদাযদগীনো। চিঠি থাউদু য়েংনা য়েংনা থুম্লরুম্মী— ইমা ঐনা মহৌশা থাখিবা পরিক্ষাদুগীনি। লাকদৌরিবা ফেব্রুয়ারীগী তাং ২৮ লৈবাকপোকপা মুমিত্তা ইণ্টভিযু যাওরো হাযবে। ইমা মসিমদি পুক্লিং চপ য়ুংনা হোংনরগে মহানমুক্কীদু টাইপিং তেষ্ট শোয়খিবনি। হন্দকমুক্তি পুক্লিং লোংলরোই। য়াহৈশিংদু সোমচন্দ্রগী মপাস্থ তাখিমাল্লে। মপাবুংনা চংলল্লগা হাযবকলম্মী — ইবুংঙো হৌজিকমক টাইপ তম্মবো শে পৈশা, লুপা কুনমডা পাযরগা পুং অনি-অনি তম্নবা অফংবা মফম অমদা টাইপ হৈনবা হোংনরুরো।

  

মহৌশাগীদু সোমচন্দ্রনা নিংশিংলরুম্মী—ঐনা টাইপিং তেষ্টকী ফল য়েংবদুদা ঐগী রোল নম্বর য়াওখিদে। নোটিশ বোর্ড অদুগী কাচিন কোয়া শিনবা থুংনা হজিল হজিল য়েংলম্মী ঐগী রোল নম্বর য়াওবরা হায়দুনা। অদুবু য়াওদ্রে থংলবদুদা কোক অসি উরু-রু লৈবা হৌরকখি। থেংনবা মী খুদিংমক ঐগী মাযোক্তা লোইনা লৈরবগুম থনখিরম্মী।



পুন্সিসে য়াম্না মিনম্লে। কয়াম কুইনা মিনমথিগদবনো ঐ খণ্ডদে। ঐ মসিমতং হংনিংলি — মিনম্বগী অরোইবা পষ্খে কদোমদা,— অতুগা কদায়দা! মসিমতং ঐনা খোম্বাংনা ঙাইরক্লি। নোকপু নোক্লিংই— করিগুম্বদা হংখিবা ৱাহং অদু "পুন্সিগী মঙাল"— হৌজিক্কিতুবু করি হায়বা "উম; পুন্সিগী মঙাল" খঙ্গিল্লুবগা হেম্না নোক্লিংলকখ্রে। সরকারনা লাওরি

—Protection for Disabled

মানি মসিগী ৱাহন্দোক্তি শোইনাইরবশিংগী মফমদা মিন্নুংশি অমতং থম্বিরগা ঙাক শেনবিয়ূ। তাই— মীওই কোতি চামগা নিফু শোইনাইরে হায়তুনা।

—সরকারনা মতেং কয়া পাংখি? উম চাদা তরা

লেমহৌরিবা চাদা মরিফুতরাতুদি কমদৌরি।

হংলকপু ৱাহংদো, খিগৎলুমু নহাক থংদ্রা—পুন্সি য়াম্না মিনম্মী।

ভারত্তা মীওই কোতি হুমফুতরাগী মথক্তা শোইনাইরবা মথল কয়া লৈ। অসুম হেঙ্গংলকলি। মিত্তাংবা, খোংতেকপা; মনা পংবা, মথা চোইরবা অঙাওবা কয়া কয়া লৈ।

—ইউনাইতেদ নেসন্সনা করি হায়—।

—ইং শোক ১৯৮১ দগী ১৯৯১ ফাওবদা মখোয়গী মতেং, মখোয়গী

সমস্যা কোকহল্লু অসিনি মখোয় লাইরিক তমহল্লু, থবক ফংহল্লু অসিনচিংবা আপিল পরেং পরেং কয়া অমা।
তাখি —··· Laws for the disabled exist in Jaran and Sweden, to cite a few as they exemplary in nature and content, and surely they should serve as a model for India ........

কৈদৌনরুনি পুন্সিসে শিখিবনা ফরে। ঐবু থাকপিনবা কনাসু লৈতে। করম্মা থবক শুগনি। খোং তেক্লনদ্রবদি থর ফরম-গদবনি, থুংশু থুংশা অনি য়াওখিদবসি পুন্সিগী তমথিবা চৈথেং অমদি পিরবম্না— থল্লুরগা পুক্নিং য়াম্না সুংশি। ফরে; শিথবনা ফরে।

ইং ১৯৮৪ গী দিসেম্বর তাং ৩ দনি। ভোপালগী ইউনিয়ন কারবাইদকী বাথোক, অশিবা মীগী মপৈ মপৈ, পরেং পরেং, অরাবগী সমুদ্রদা লংথবিগ্রবা ইমুং-মনুং কয়া কয়া, মহুগী পোত্থে ক্লা মমা মপা কাইনরবা অঙাং কয়া, শোইনাইরবা কয়া মথোয়গী ক্ষেতিপুরন্না করিনা পেলহনগনি ॥
মী থুদিংমক পামই —Safety
উম Safety। How many of us can afford to be safe, to live without risk ?— One who does not take risk cannot advance.

শোই ভামদবা হায়বহুগী বাহং কয়া তৌনরকই
—Is there any dearth of people dying of hunger, dying of disease, people who are unemployed, people who are neglected and people who are living but no better than dead.........,

  

তমথিনা নৈহৎপিরবা পুন্সি অসিদা হন্দক্তি অরোইবা রারেপ লৌরে। মসিনা মায় পাক্রুগদি মথংগী মিকুপ্তদি পুন্সিসে……।

ইন্টর্ভিয়ুনি।

—Good Morning Sir

—Yes Good Morning

—Oh ! totally crippled

—No !-! but crippled and (ভহাক্তং খল্লগা) oh yes "lame"

হুমাং অনগী কাংখৎলকই। কোক উরু-রু নৈরকই অহুদগী অসুম হুমাং মরিক মরিক কাখৎলকই। মথুৎতগী চৈস্থ তাগ্রে। অহানবদা ওইগী চৈশু অনিশুবদা য়েৎকী চৈশু। অহুদগী নৈবাক্তা হাইথগ্রে।

থম্মোয় শোকখিগদবা রা, অচুম্বা রা হায়রবদি মীওইবনা পংথবা মতম লৈ। মরমদি মিনম্বগী সংসার অসিদা মিনমদবা থবক তৌদবা য়াদবা মতাং কয়ামুক লৈখিবরা ?

বোর্ডকী মেম্বরনা করি করিনো থরদি হায়গ্রবমাল্লে ভাব তাংহৌদ্রে। নীংশিংহৌবা থরদি অসুম্না ওইরি

—Very good, please stand firm in the faith, success lies in confidence.

থোগৎপা বাহৈ কয়ামুক ফংলবা তুংদা typing test য়াওবিরো হায়রকথি।

কাহুদগী ইন্টর্ভিয়ু লোইরহুনা থোক্লকপদা মখোয়না খল্লবহু হায়ফেৎ তাহৌই

……Disabled person should not be considered as a special group with needs different from the rest

of the community, but as ordinary citizens with special difficulties in getting their ordinary human deeds fulfilled.

  

ইন্টর্ভিয়ু য়াওরে। হৌনবী নিয়ম মতুং ইন্না ঐনা অখঙবা মথৈ খুমখিরম্মী। ঈশ্বরনা চানবিবা হায়বত্তুনি, নুমিত্তুসু থজিক্কো মঙাই নাস্থোক্লমগদবা ঐ মখোয়না (ইন্টর্ভিয়ু বোর্ডনা) মথং মথং কৌশনবত্তু ইন্টর্ভিয়ু য়াওনবগীদমক, ঈ-পাও ফংনহৌদবদগী, অদুবু ঐনা পুকচেল শেংনা হায়জবদগী ইন্টর্ভিয়ু য়াওবা ফংজখিবনি। অসুম্না সোমচন্দ্রনা মওন মওন থনবা হৌরক্লম্মী।

পাও তারে। সোমচন্দ্রা পরিক্ষা ঙমলে। লাক্লিবা জুলাই থাগী তারিক তরামররি য়ুমশকৈশ নুমিত্তা থবক কারো হায়না চে লাক্লম্মী। থবক ঙম্বগী পাও পুরদুনা গোজেন্না লাকখিবত্তু ইঙেনগী পুর্নিমা নুমিৎনি হায়বত্তু অমসু অমসু নিংশিংনরক্লম্মী।— "হৌজিক্তি গোজেন্না নোংমা হায়খিবা মরুপ ঐখোয়গীসু থাশিদা ওইদুনা লৈরবসু অমুক্তংদি পুর্নিমা ওইরখিনি'' হায়বত্তু চুনলক্লম্মী।—

চাক অমা লৈরে

লাক্লিবা জুলাই তাং ২৪ ইরাই নুমিংতা, সোমচন্দ্র তলব অহানবা ফংবা নুমিংনি। ঙারা য়েনলা অমা চানবা তারে। গোজেনগা চাওবগা হিদাক্কী য়ুগী রাফম থাঙ্গৎনরকই। জুগিন্দ্রোনা হায় ঐদি ইয়া য়ারে। চাক চানবা, ঙা তৌগেরা য়েন তৌগেরা হিদার্কে (য়ু) য়াওগেরা, অদুদগী পুমলাং লাংখি অনৌবা পাওগী নুঙাইবা ইথিল অদুনা"। ☐

# ওমচাক্লবদা হৈনবা

থবক অমত্তং ফংবা হায়বসিমদি কুইরে খল্লক্লিবা অহুবু লাইবক্লা ফত্তবরা, হৈরুবা মহৈনা শোইবনরা', লমজিংবিবা রাং-পনরা শেল-থুম শোথহৌবনরা অমদি লেপফম থংল্লে। করি শোয়রবদগীনো নত্রগা করিনা করিদা রাংপদগীনো মহুন্তু খল্লুবদা রাখলগী মফাং মফাংনি।

কলেজগী পরিক্ষা লোইখিবদা ডায়রি। থবক থিবা হৌরে। কনাগী ওঝাগী ফম হাংলিবগে হায়বসি ইমান্নবা মরুপ মপাংশিংদগী পাও খোম্বা হৌরকখি। মনপ চোবা, কপচেংপা অমদি মথল মথলগী অঙাংমথৈ খোমজিল্লপা প্রাইভেত তম্বিবা হৌরে, পৈশা থরদং ফংলবন্তু হায়রুনা। থা ফারগা পিরকপন্তু থা অনি-অহুম তম্বিরবন্তু পিরক্লবন্তু য়াওখি। সরকারনা লৌখত্তবা স্কুলদা ওঝা ওইখি মুপনী পৈশা অমতং ফাওবা ফংদনা চহি অমা চুপ্পা। মরকসিদা থবক্কী পরিক্ষা কয়া য়াওখি। ইন্টর্ভিয়ু কয়া য়াওখি। কান্নবা করিমতা ফংখিদে। রাখলগী মৈরিদি অন্থুম্না অন্থুম চাকথংলকখি। পুক্কী লানফমদা অঙাং পান্নবনা শান্তি লৈহনবা ঙমলকখিদে।

নাগালেণ্ডগী কোহিমা দিস্ত্রিক্কী মফম অমদা ঐ ঘুম থাদোক্লুনা চংলে। মসিনা পুন্সিগী অহানবা মনিপুর রাংমা লানবনি। ওঝা ওইবা চংপনি। মতু চংপদু য়াম্না পুক্লিং মুংশি। মাও য়োরমদাইদা চিংগী নাপোমদা ঋতুগী লৈ পাম্বী, মচু-মচুগী উপাম্বী মপাল শাবা উরুরগা থম্মোয়ুসি পুমনো-নৌখি। টাটা গাড়ীদনি ঐখোয়না চংপদু। ঐনা কয়া পাংদবা ওইবত্রদা ঐবু পোকপা

পাবুংনা ঐবু থিনবিথি। পাবুংনা ঐঙোন্দা আশা পিবিথি ঐগী পুক্নিং শোন্থখিদনবা। করম্বা মমা মপানা মচা ফহল্লিংদবগে ? য়াদবগী তৌবনি। লৈত-লাইরবা, ফিভম শোকচিনমনবদগী তঙাইফদনা ঐবু পোকপা পাবুং শেল থরদং ফংলবদি শেল থুমগী ফিভমদা থজিক্তং ওইরবসু ঙাক্লো ওইগদ্রা হায়দুনা তঙাই-ফদনা পুক্নিংগী অৱাবা পুক্নুংদা ফুমদুনা ইমানা পাবুংনা হুরাও মোমোন মিনোক্না লোয়ননা ঐবু মফমদুদা চৎনবগী যাথং ফংহন-থিবনি। নিপামচা ওইবগী থোনা অদুদা পাবুংগী হৌশ্রবা পুন্সিগী ৱারিনা থুদম ওইদুনা অনৌবা আশা পিবিরকখিবনি। গাড়ী মন্নুংদা ঐ ৱাথল জাং জাং খনথি। যুগ থাদোক্নুনা থবক থিবা অদুগা মসিনা পুন্সিগী অচৌবা অহোংবা অমা ওইথি।

মফমদু য়োৎবগা খুঁদগী মহুত্তা লোংগ্রি লৈরে। তাউরেল লৈরে। হোষ্টেলগী হৌনবিদা চংবমখৈ স্কুলদুগী হেদ মাস্তরনা মাংজোননা শিনবিরে। পাবুংনা স্কুলদুগী হেদমাস্তরগা অহিংদুমা তুমিন্নদুনা ৱারি ৱাতাই থরা তৌরম্লগা মথংগী নুমিত্তা পাবুংনা ঐবু পুক্নিং শোন্থদনবা পাওমেল্লম্লগা চৎথি।

চাক চারমদাইদা, তুম্নমদাইদ', স্কুল চংলমদাইদা লাইশোন তৌই। ঐঙোন্দদি পুমনৌ নৌরি। বোর্দিং স্কুলনি। ইংলিস স্কুলনি। ঈশৈ ওইনা শকপা, শৈরেং ওইনা থিবা, ৱারী মতেক ওইনা হায়বা অসিনচিংবা লাইশোল কয়ামরুন পাংথোকই। অযুক্কী অমদি নুমিদাংৱাইরম্নচিংবদা ঐনা নিংশিংবা অমা লৈ "From the beginning God has created the Earth and the Heaven," "Stand firm in the Faith" অসিন-চিংবা।

ঐ অদুক হাক্সা ফবা ছাত্র ওইরকখিদে। লাইরিক ফবা লাইরিক হৈবা ঐ ওইরকখিগ্রগসু হৈনিংবা থংনিবগী ইথিল

অমদি মতম অয়াম্বদা লৈখি হোৎনজনিংবা, পোরম চুম্বা নম্রগা চুনদবা, অহুম্বা হৈনবী অমা লৈ। চহি ফারকপদা স্কুলদুগী মতিক চাদবা ওঝা হায়বহু ওইরে। স্কুলছু থাদোক্লে।

স্কুলনি মহুস্থু। হায়স্কুলনি। হায়গীহুনা জুনিয়ারনি। কিলোমিটর তরুক্লোমদি লাপ্নে। হায়স্কুলহুদা অঙ্কগী Composite Number গকা তাকপহু ঐঙোন্দদি অনৌবা ওইনা থোক্লে। ছাত্রদা খণ্ডননবা তম্বীনবগীদমক ঐহাক নৌহৌননা কম্না লাইরিক ঔরাইরে হায়স্কুলগী ছাত্রগুম। ছাত্রদা ভাব তহান্নবা তাকপিবসি ঐগীদি অচৌবা সমস্যা ওইরে। ঐ স্কুলহুদা কুইনা লৈগনি হায়বা থাজদ্রে।

মুমিৎ নিফমঙানিরোমগী মতুংদা ঐ নাগদোরে। কোকচিকপা, নিংথম চনবা অসিনচিংবা তৌবা মথং মথং হৌরে। লমদুগী প্রজাগা মত চানদ্রে হায়বসি ইশা ইথম্তা লৌজরকখি। তনাবা অমা ওইনা স্কুলছু থাদোক্নুনা য়ুম মায়কৈ পাংলকখিবছু পুন্সিদা কাওরোইদবা অরাবগী মশক্কি হায়বা তাই মরমদি মুমিৎ মরিনি য়াদা করিগুম্বা অমতা তারকথিদবনি। লম্বীদা গাড়ী মন্নুংদা ওবা ফায়বা তৌখি। দ্রাইভরনা শেম্নবিখি। য়ুম য়োবদা, য়ুমগী দারিদা হেক থোং কানথৎপদা মিৎলুদগী পি শিন্থখি।

থা অহুমলোম কম্না নাখি। পুন্সিগী শরুক খর হৌখি। স্কুলদা লৈরিঙৈহু পৈশাগী অরাবা খর কোক্লখিবনি। হৌজিক্তি নাব-ফগৎলকপগা লায়ননা পৈশাগী অমদি লৈত লাইরবগী মৈশা লাংবা অমুক হৌগৎলক্লে।

য়ামদ্রবদা ঐগী পুন্সিদা স্কুল মরিখক্তি ওঝা ওইরক্লে। মনিপুর সরকারগী লোইশঙদস্থু চহি অমরোম পুরকখি। মাস্তর রোলদনি। অহুবু থবক্কী তংতাবা ফিভম লৈত্রি। মথল মথেলগী পরিক্ষা অমদি ইন্টর্ভিয়ু ফনা য়াওরে। খুদোং চাবা হায়বহুমদি

ইথোক থোক্তি।— অসুম্মা চহি অহুমলোম অসিমদি করংজাই ওইনা হৌখ্রে। অসিগুম্বা চৈরক অসিদা থবকী পাও হেক হেক পিরা মরুপ্পা থোইবনি। থোইবা হোৎনবা কনবা, ময়াই ওইরপ ওইনা ইনাক খুনবা ইমুংদগী হৌরকপনি। থোইবনা নোংমা লম্বীদা হায়রম্মী ঐঙোন্দা—

—মরুপ রাজেন পাও তারববা ?

—করিনো তাদে, করি তৌরবগে ?

—থবক থরা হাংলি হায়।

পরিক্ষা য়াওবা ঐগী ইথৌনি। থা কয়া নমশিন্দুনা থমগ্রবা ইন্টর্ভিয়ুগী ফল ভাইবস্তু ঐগী ইথৌনি। চেক-অচোৎপা পায়হুনা খুং মতোল, খুংশা মতোলশিং ইশা শাবমথৈ চাথৎপা মতুস্তু ঐগী ইথৌনি। লৈঙোই থোত্থবা খুং থোত্থবা মতুস্তু ঐগী ইথৌনি। ময়কসিদা রাখলগী পোশাকম থগুদনা ওমচাকুবস্তু হৈনরক্লে।

# ঈশৈ শকপী কমলা দাস

দাইরেক্তরনা চানবিব্বগী ঐখোয় অহুম গৌহাটিদা ত্রেনিং থাবিরম্মী। মনি রোংমৈ, বিরেন অমসুং ঐ গৌহাটিম্মীদমক যাত্রা তৌরে। নবেম্বর থানি। থোইদোক্লা ইংবমক্তি নত্রি। ঐখোয় এয়ার বেগ মচা অমমমগা চংলে। চঙাঙ্গে এরোমড্রোমদা ঐখোয় পুম্না উন্নরে। এরোড্রোমদা ময়াম ঙাইনরি মথংগী ফ্লাইত লাকপা। — ইকুই কুইদনা বোইং (এরোপ্লেন) থুংলরে। লাওথোরকপা নিয়মশী মতুংইন্না তোংনবা শেম শারে।

প্লেন মমুংদনি। লৈচিন মপৈ মপৈ ঙৌরোক ঙৌরোক ঙৌনা অঙৌবা লশিংগুম অতিয়া মথক্তা লৈরিবন্থু মিকুপ খরগী তুংদা ঐখোয়না তোংলিবা বোইংনা লৈচিনথুগী মরক্তা ফাওর ফাওরগা পাইরি। মিকুপ খরগী তুংদা অঙৌবা লৈচিনশিং চিংগী চিংদোন্দা লৈহৌরে। চিংগী কারক্তা অঙৌবা লৈচিনশিং হায়থথুনা লৈহৌরি। ঐ খংলে হৌজিক্তি বোইংসি লৈচিনগী মথক্তা পাইরে। মকম মকমদা করিগুম্বদা ইগী য়ুমগী য়ুমথক, করিগুম্বদা তিনগী য়ুম অহুগা বিলদিংগী মমায়শিং উরকখি। খঙলে, মনিপুর লাম্থোক্লে।

অপাকপা মিংশেল অমা ইরং লংনা উরকখি। গৌহাটি য়ৌপদৌরে হায়বসি ব্রহ্মপুত্রগী ইপাক্তুনা শাক্তি পীরম্মী।

গৌহাটিগী পান বাজারদা লৈবা বিলদিং অমদা ঐখোয় থুংলে। ঐখোয় হিন্দি অমদি আসামি লোন খঙলমদে। অহুবু উপাই অমা তৌথুনা ত্রেনিং সেন্তর খঙলে। মথোল মঙা য়াংবা বিলদিংনি। মথোল মরি অমদি মঙাগুবদা ত্রেনিং সেন্তরগী মরুওইবা কানি। থাম্বিবা সাইনবোর্ড অমদি লম্বী চংপশিংনা তাকপীরকপগী মতুংইন্না থাকনাইরবা সিড়িশিং কাখংলি, লৈ

লৈছুনা। মমৈথংদা ফংলে মশম খর খোইতক তৌবা, মকোয় খর ভাংলি ভাংলি তৌবা, খরী খর মিতক তৌবা অমা কাছুগী অকোয়বদা ভাহৌ ভাহৌ চত্না লৈরম্মী। ঐখোয় উবদা হায়রক্লম্মী— "কস্তাসে" বিরেল্লা মনি রোংমৈদা মমায় ভনশল্লি অঙুগা মনি রোংমৈগী মথুন্দা খুজিন্না শিল্লকই— "ত্রেনিনি হায়র্ম্ব" হায়রম্মী। শোল্লম্মা হায়খিবা খোঙেলছু তাবগা নিপাছুনা ওহ মখোয় মনিপুরী ভাক্তরা—। অছুদগীদি ঐখোয় পুন্না নোক্লে। ঐখোয় নৌনা শকখঙমরে মহাক্না ঐখোয়গী লৈকম কা শীনবিরে। মতমছু মুংখিলগী পুং অহুমলোম তাশিনখ্রে। মহাক সুপরিনতেন্দেন্ট হায়বছুনি খঙলকখি। বারীগী মতুংইন্না মহাক কছারদগী ওইরম্মী। মহাকী মমিং জিতেন কৌরম্মী। ঐখোয়দগী চন্তী খর লিনা উবদগী ঐখোয়না মঙোন্দা তামো জিতেন হায়না কৌরম্মী।

তামো জিতেনগী অযাবা লৌরগা ঐখোয় স্টইতকেসন-চিংবা ফিরোল মকম চানা থমলম্লগা অমুক থোক্লক্লে। গৌহাটি সহরগী ফুতপাত (খোংলম্বীদা) তা ঐখোয় খোঙনা চৎলম্মী। মতমছু মুংখিলগী পুং মল্লি-মথায় হেন্জিল্লক্লম্মী। ফুতপাত্তা অসুম চৎনা চৎনা মনি রোংমৈনা হায়রক্লম্মী—

—খর খর য়োৎলুসি মফম থংবরা?

অছুদগী বিরেম্না নোকলম্মী, ঐস্থ নোকলম্মী। ঐনা হায়ফেৎ খঙজবদা মনি য়োংমৈ হিদাক (য়ু) ফজনা খৌরাংলম্মী। বিরেম্না মখা তাথৈ।

—হোরেন সেস্তরদা চংবদা করক তানরোইদ্রা ঐখোয় লাকপদা ভাইরি, করক তাবা য়াওরগা মীনা করি খনখিনি, য়াম্মা; মওং তাদবা অছুগা ঐখোয়গী সার্ভিসতা রাম্মা অকায়বা লাকপা য়াই য়ারগদি ভসিদি থক্লগুমসি। (থকসি-থক্মসি থম্নবিইঁডদা মুমিং তাথোকখ্রে)

মুমিৎ অরাতুনা সেন্তরদা ঐখোয় হুল্লক্লম্মী। তামো জিত্তেমা ঐখোয়দা মীনো ওইবগী হৌনবা করি করি চংগদবা প্রোগ্রামনচিংবা লোয়নমক তাকপীরমই।

মমিদাংগী পুং নিপালমলোম তারমগনি। চাক চানবা চাক চাফম কাদ্রা ঐখোয় চৎলম্মী। মফমতুদ্রা মুপীমচা অমখক ফমতুনা লৈরম্মী। মমায় মুকুথরগা লাইরিক অমা পারম্মী। কাসিদা ক্লেবল তেন্নিস শাম্নকম লৈ। ক্রেরোম শামফম লৈ। ফমবা চৌক্রি থাই। ঐখোয় লাকই হায়রসি মহাক খঙই। অদুবু মমায়দি হায়গৎলক্লে। মহাক ইকাই থিবী হায়বতু ওইরমাল্লে। ঐখোয় ভাংনৈ মহাকসিবু কনানো, খঙবদি ঙমদ্রে। বাহং পাউহংলগদবসু ইকাই খুঙোইনবদগী অদুম্মক তোক্লে।

ঐখোয় চাক চারে। অদুগা ঐখোরগী কাদা লাক্লম্মী। লাক্লমদাইদা মহাক্লা মুমা য়েংহৌই পায়রম্বা লাইরিক খুমজিল্লগা। ঐখোয় মশেল বাখল পুথোক্লে লৈশাবী ওইরমগনি, মনি রোংমৈনা হায়রম্মী— মৌশাবী ওইরমগনি।

বিরেম্না খোল খর হৌরপা হায়রকই
—ওইরম্মোইদা কদাইদগীনোদা কিভমক য়েংঙদনা অদুমবু মৌনি হায়রবদি, মহাক্লা মৌ ওইরম্বা তারমদি রা কায়বা অারে।
বিরেনগী ভাবতুদা মনি রোংমৈ খরা খুংঙাইতবজাৎনি
—মৌ ওইরগা কৈদোগে হায়রিনো

অমা ওইরে, অমা ওইরে ঐখোয় অদুম মাগী বারী শারমইখ শামরগা তুম্মনবা শেম শাবদদি পুং বারো (তরানিথোই) তাপদোরম্মী। খুদাং খঙী য়েংলকান্দদা খঙনরকই। য়ুমদদি জিলা, পালা য়েংবা নত্তনা অদুম্মা বারী শারবদা থেংনা তুম্মসি কপ্পা তৌখিরবনি। হৌজিক্তি অনৌবা কাদিরা থেংনা তুম্লে বাখল মঙন মঙন থল্লি। পম্থুংকম লৈতবা মরি মথোং শম্মদবা বাখল কয়া অমা, মিংতি উইশক্তি শকক হেক তুম্না য়ারমদে।

মথংগী মুমিংনি। অয়ুকনি পুং তরেৎ মথায়রোম তারম্মী। খোদেম্বা মখোল তাই, লোক খুবা মখোল তাই, কাপ্পী মপান্দা। এনা থোং হাংদোক্লুনা থোক্কে তৌবদা উরম্মী ঐখোয়দা নত্তনা ত্রেনি কয়া থুংলরদুনা মচিন ময়া শেংবা থোক্লরক্লবনি ছায়বসি। ঐসু হৌনবী ঈরু মাইথঙবা তৌরে। অয়ুক্কী চাক চানবা ঐখোয় কাদু থাদোক্লুনা চংলম্মী চাক চাকম কাদা। থংলে ত্রেনি য়াথেমুক্তি মথং মথং থুংলরদুনা মফমসিদা পুল্লরবনি। মী য়াথেমুক্লু চাক চামিল্লবগী অহৌবা নুমিৎ ওইরে মুমিংশিনা। অমনা অমবু খুৎ শোক্কে অদুগা হংনৈ কদায়দগী লাকপা, করি মিং কৌবা, কয়াম কুইরবা, অসিনচিংবা ঐখোয় অয়াম্বা শক থংনরে। মুপী মঙা য়াওরম্মী। মঙাসিগী মপুংদা ঐখোয়না ঙরাং উখিবা মুপীমচা অদুসু য়াওরে। মহাক্কী মিং কিম কৌরম্মী। লৈশাবী ওইবসি মহাক মথন্তনি হায়বসি হৌজিক্তি ময়েক শেংনা খঙলক্লে।

ছুম্মিগুবগী মুমিদাংনি। মনি রোংমৈ চুরুট পামজৈ। মানা পামজবসি হিদাকমনা নোইরগা চেদা কোল্লগা চুরুট শেমদুনা থকপসিনি। চাকচা কাদুদা মনি রোংমৈ হিদাকমনা থুবাক ময়াইদা হাপ্পুনা নোইরি। ঐখোয় বারী তৌনৈ। মতমদুদা কিম্বা মনি রোংমৈগী মনাক্তা পরপ পরপ চংশিল্লগা রোংমৈগী মথুক্তগী নোইবদা মুনক্রিবা হিদাক মনা অনোইবদু তাপ হেক লৌথি অদুগা মাগী মথুক্তা হাপ্লগা নোইবা হৌব্রে। মতমদু রোংমৈ মমিং লংখংলি অদুগা নোকই। অদুগা কিমসু নোকই। অদুদগী ঐখোয় মরি পুম্না নোকমিল্লরম্মী। হিদাকমনা নোইবা লোইরদুনা চেদা কোল্লগা চুরুট শেম্লদুনা রোংমৈদা পিরম্মী। কিমনা পিরকপা অশেম্বা চুরুট অদু লৌরগা মৈ চমগদবগী লাক্লরি, রোংমৈ। কিম্বা মমায় ওনল্লিগা শর কামদুনা চাকলিবা

রোংমৈগী মৈখেৎ মরু অতু মুখৎলম্মী। অতুগা কিম্না মৈখেৎ উপুত্থু লৌরগা খেৎলি অতুগা রোংমৈগী মচিন্দা চপতুনা লৈরিবা চুরুট অতু চমই। রোংমৈনা হায়—Thank you— অতুদগী অমুক ঐখোয় পুন্না নোকপা হৌরে। তৌরক্লীবা মওংদু কিমগীসু করিগুম্বা খম্নদি কোংদোরক্লি হায়বসি তাকই। অতৈ-অতৈ বারী বাতাই তৌনখি।

চাক চাবদনি। কিম্না য়েঙ্গাং হাপতোক হাপচিন তৌরি। রোংমৈগীসু কিমদা চাপচিল্লি। কিমগীসু রোংমৈদ হাপচল্লি। লৌখোক লৌশিন তৌনৈ। পুমলাং লাংই। অমুকসু নোকই, অমুকসু চাই, চখোম চাওনা নমশিল্লুরগা হৌনা হৌনা নোকপদু য়াম্না বাখিবা মতাং য়াওনখি। বারী বাতাইগী মতাংদা কিম্না পনগল্লিবসি —What করিগুম্বদা Pardon please মসিদা ওইরে ঐনা খুংঙাইজরিবসি।

মরিনি শুবা নুমিৎনি। ক্লাসতনি। কিম অমদি কমলাদাস-নচিংবা নুপী মখৈনা মমাংদা ফমই। ঐ'বেজদগী দিগ্রী ৪৫ দা ফমই। কিমহোইগা ঐখোয়গা লাপন্নরিবসি দিগ্রী ৪৫ গী কোন্নি। কিম কমলাদাসকী চেক মনিংদা ফমই। ক্লাস হৌরে। ওঝানা পাবা, তাকপা হৌখিবা মিনিট খরা হৌত্রে। কমলা দাশ শারি শেৎলি! মশা নোই। শারি শেৎলি হায়বদু মঙাই মাগী পুকনোপতুদি ময়েক শেংনা উই। থা-থা লাওরবা মথুপ মথুপ নাইরবা মাগী মবুক্কু উরুবদা মিৎফম হোংনিংদ মিকানঙাই মশক্লি। করিগুম্বদা ঐ পারা তাকপদু তাদবমখৈ মিকুপ খরা মাগী পুকনোপতা য়েংচুনা তিন য়োংখিবসু য়াওখি। খবাক্কী নোইরবা চিং অনি অতুসু য়াম্না মরাং কাইন ইম্মোক্কুনা লৈ। মকা লামই। মতমত্থুদা কিম্না তুংলোমদগী তুমিন্না কলম মনিংনা

জিরি জিরি পুকনোপ্তুদা চিংলুরি: কমলদাস খংই। ৰুৎ ঙেংথোরকই। অদুগা নোকই কিমস্থু পুন্না নোকই তিনখাক কাবগুম খল্লবজাৎনি অহানবদদি, খজিক্কুং ইকাই হঙ্গোইরপ্পা শাওনিংগুম ইকাইগুম ইয়ান য়াম্নখিবনি কমলাদাস। খম্থরুরগদি তুমিন্না অস্থুম মখা তাখ-তাখনা নোকখিরম্মী। অস্থুম খংনবদগী মখং মখং খংনরকপদগী কান্থুগী ছাত্র অয়াম্বা লোইনা খংনরক্লে। ময়াম ৰাদি ঙাংনদে তুমিন্না নোকই। মিকুপ খরগী তুংদা কিম্না অমুক কলম মনিংথুনা পাগ্রবা অঙৌবা ফ্রিংকী মঙ্গুংদা লৈরিবা চিংখুম-ফিগী কোচি মচাথুদা তক তক থেংই। হন্দক্তি ময়ামসি ফনা ফজনা নোকপা য়াওনরক্লে। থাংবা ঙমদ্রথুনা ওঝাদা মপান অমুক্তা থোকচরুগে হায়রগা মচিন খুম-খুমথুনা ছাত্র অছুম মরিদি মপান থোক্লখিবা য়াওরক্লম্মী। মতাংথুদা ওঝাথুনা হায় What heppened ? মনিংৰাইদা ফম্বা ছাত্র খর চাওবা অমনা হৌগৎলগা — Nothing, Sir হায়না হেক খুম্মি। অদুগা ওঝাথু পারা মখা চত্থখি। অয়াম্বদি পারাদা পুক্লিং চংদ্রে। লুকখরগা হুরান হুরান নোকখিবথুনা মুমিৎতুগী ক্লাসকী শক্তমনি।

কমলাদাস ৰেষ্ট বেঙ্গলদগীনি। মহাক হৌজিকমক্তি ময়ুমদা হল্লকুনা লৈরে হায়। মপুরোইবনা ইন্থে ক্লবী— কমলাদাস ঈশৈ য়াম্না পামজবীনি, করিগুম্বদস্থু অল ইণ্ডিয়া রেডিওদা ঈশৈ লাম্থোকই হায়। মহাক মশক ফজে। মশম লুগাংলোমদা খর খোইতক তৌই। মী ঙৌই। মী ৰাং চাওই। শারি অঙৌবা অদুগা অঙৌবদগী মচু ইখায় থায়খিদবা মচু য়াম্না শেৎকল্লি। ক্লাস য়াওবা খুদিংগী মহাক খর থেংলপ থেংলপ লাকল্লি। হন্দক কিম্না শাগ্নখিবা ঈঙ্গিতশিং অদু মনোহর দত্তগী খুজিল থৌরাংস্থু য়াওই। মনোহর দত্তা লাক্লিবা ত্রেনিশিংগী (ছাত্রশিংগী) মঙ্গুংদা লিরবশিংগী মঙ্গুংদা অমনি।

মনোহর দত্ত অসামিনি। মহাক অসামগী তিনশুকিয়া হায়বা মফমচুদগীনি। মহাক মী মুই। মকোই থাকই। ছাত্র-শিংগী লিদর ওইবা পামজবা মীওইনি। অশিল অরাং য়াম্না পামজবা অশিল অরাংদা য়াম্না হৈশিংবা উৎচনিংবা মীনি।

মঙানিশুবা মুমিৎনি। নেংমাইজিংনি। নহানমথৈ সেন্তরদা লৈবচু অনৌবা নুংশিৎ ফংদ্রবদৌনা খল্লুরবজাংনি। মহৈ মহৈ মরি-মঙা মরি-মঙা পুল্লগা কোইবা চথোক্লগ্রে। অয়ুক পুং নিপালগকা তারকপদদি সুপরিতেনদেন্ট নত্তনা মী অমত্তা সেন্তরচুদা লৈহৌদ্রে। ঐস্ত বিরেনগা, গুরুংগা কিমগা ঐখোয় মরি দিসপুরদা লৈবা শায়োকশং (জু) য়েংবা চৎলম্মী। গুরুং ছাত্রনি ঐখোয় সেন্তরগী। গুরুংসি বা কয়া ঙাংগন্দে। মী রাংই ঙৌই। আনোক উপই য়াম্না লেমই। চিং-লেম্বা পাম্বা মহাক অচুক্কী মতিক চিং-লম্বচু পকচৈ। ঐখোই রিক্সো ফানবা ঙাইরম্মী। গুরুংনা রিক্সোসিং ফাই। কিনদি নুপিনি মথন্দনি অচুনা কিম্না তোংব রিক্সোদা অমস্তু অমস্তু তোংনিংবা ঙাকনি। অচুবু মপানখোংদা অপাম্বা উথোক্লদবা অমস্তু অমস্তু লেম্লিংবা ঙাকনি। বিরেনগা ঐগা রিক্সো অমদা, অচুগা গুরুংগা কিমগা অতোপ্পা রিক্সো অমদা, ঐখোয় তুংথ-মাংথ জু য়েংবা চৎলম্মী। শারবা মুংশাদ গুন্তিরনা ময়া হা-হা কাবা, নাইতোম তারবা নোংশানা শারং মমুংদা হজ্জিল হজ্জিল কোইনা চৎপা, কৈনা শচুম চাবা, ফুত ১৫ রোম রাংবা জিরাফনা তুমিন্না তুম্বক তানা লেপ্পা, অসামগী মমিং লৈরবা শামূ মকোক্কী শরু, ম্যুজিয়ম অসিনচিংবা মথং মথং য়েংচুনা লাকই। মচু লোইরবা তুংদা ঐখোয় কম্পা-কোলা হৈ মহি থকই। অচুদগী ঐখোয় ব্রহ্মপুত্র চৎসি ঙাংনৈ। হায়নবগী মতুংইন্না ব্রহ্মপুত্রদা চংলে অচুগা ঐখোয়গী কাংবুনা তোংনবা হি অমা নেকপা লোইরে। মতমচু ব্রহ্মপুত্রগী

ইমাই মপুক শিংপা মতমনি। মতুনা চাঙরক্লগা মবুক থল্লবা মতমদা মীওই কয়াগী য়ুম-কৈ, থুঙ্গং, লম্বী শরক থুমহল্লরগনি হায়বসি কাউ-নথ্রবা মতাংনি। ঙা ফাবদা শিজিন্নবা হি মচা মচ, ললোন ইতিঙ্কী জহাজ মচা মচা কয়ামরুম ব্রহ্মপুত্র তোর্ব্বন্দ থাতুনা লৈরি। থরনা হোল্লি, থোরি। তোর্ব্বান্দুগী বাংমদা য়ুবী পাম্বীগী চিংমায়, ব্রহ্মপুত্র ইয়ায়দা চিংতুম মচা মচা, করিগুম্বদা লৈরাই হঞ্জিলনা চাথ্রবা চিংমাই অনেম্বা আসনচিংবা উবা ফংই। করিগুম্বদা ঈশিং মরিল য়েংবদা ঈশিংনা ঙমখৈ ওইথি। শুক্লবা জঙ্গল অমনা ব্রহ্মপুত্রগী ঈচেল ঈরম খায়দোকখিবসু উবা ফংই। য়েংবদা ঐঙোন্দদি পুক্লিংসি ইনৌ নৌই।

মল্লবা ফিজোলতনা লৈতেং ওইরবা হিহোনবনা ঐথোয়না হংবা হংবা অতু থুমই। অতুনা লাইশংনি, অতুনা খাডপোক্লি অসিনচিংবা। মুশুক মুই, চহি হুম্ফুগী মীওইনি। বাবানা পাম্লিবসি হুনাংতানা শুরগা খুৎশুমল শরদং ফংনবা হোৎনজখতুনি।

হিথক্কনি। কিম মথন্তমক তোংলি। হিগী হিদোল্লোমদ-নি। ঐগা বিরেনগা হিয়ায়দা, গুরুংনা হিগী তুং থংবা শরুক্ক', ইয়ায় য়োরে। বিরেন্না কিমগী নাক্তা চংশিল্লগা হংই, কিম্রা! কিমনা নোকফেৎ তৌরগা থুমই—উম। অতুদগী বিরেন্না মথুৎনা ঈশিং লৌরগা চাইশিনগে তৌশিন্নে। কিমনা মতু উবদা বিরেনদা কোনশিল্লি। অতুগা হায়রম্মী অতুম্না তৌগনু ঐ হেন্না কিরে। বিরেন নোকই অতুগা কিমদা কোনশিল্লি। বিরেনগী পাম্বোম মনুংদা কিম মিনিট থরা পোথাকম ওইথিবমাল্লে। মতমসিদা গুরুং নোকফেত্তমক তৌই করিশু হায়দে। হিহোনবা বাবাগী খুত্তগী নৌ লৌরগা হি হোনবা হৌরকই গুরুং।

বাংমগী তোর্ব্বান য়োরে। য়ুবী পাম্বী কয়াদা অনৌবা য়ুবী কয়া চরোং চরোং ওইনা পাল্লি। ঔরাথবী চরোং চরোংগুম

মহৈ য়ানবহু য়েংবদা ফুংশিবা ফাওরি। শেগায়রবা খাংপোক-শংদা মৌ কয়ানা চেং থম্লী। পান ফুকান মচা অম'নি লৈবকুদা মীওই থবনা মচিন্দা কা ভাংশং ভাংনা চারি। পিক্লবা লম্বী মচা মচা য়ুবী পাম্বী মরক্তা শন্দোকপ্লি। মিৎয়েংনা ভামখিবদা য়ুবী পাম্বীনা থনপ্লি।

ঐখোয় অমুক হি তোংহনা লাম্হোয়রক্লম্মী। খুদাং থাঙজনা য়েংবদা পুং ৪ মথায় তাশিল্লক্লে। বিরেন্না হায়— য়ুবী মহি থকখিসি। মফমহু লমলোং মরি ফাংবনি। বসনচিংবা অচৌবা গাড়ীশিংনা লম্বী লাম্হোকপা ঙমদবমখৈ কুংনা চেল্লি লম্বী লাম্হোক্লবা হোৎনবসি অরাইবা অমা নংলনগ্রে। করিগুম্বদা মিনিট অমা অনি ভায়বা য়াওই। কনাগুম্বা অহল ওইরবশিংদি খুদোংচাবা ফংগ্রবদি পুংথায় মুক ভাইবা য়াওই হায় মখোয়না লম্বী লাম্হোকনবগীদমক্তা। য়ুবী য়োনবা বাবাহুনা য়ুবী অনৌবহু খুংলোইরবা মথুক্তগী থাংহুনা য়ুবী মতোন্দু অমুক্তদা করিগুম্বদা অনিরক্তা শৎ শৎ ককই অহুগা য়ুবী মমুংদা উতোং মচাহু শৎ শৎ থাদৈ। খুদক্তা য়ুবী মরি শেম শাবা লোইরম্মী। য়ুবী মহি মহৈ মহৈ থক্লে। বিরেনদি হাওতে হায়হুনা উতোং মচাহু মচিন্দা অমুক'নিরক থম্লগা য়ুবিহু হুন্দোকগ্রে। গুরুংগা কিমগম্হু মথং মথং থকপা লোইনগ্রে। ঐদি লবাই মচা ঈঙ্গিৎ ঈরাং খংদবনিনা য়ুবী মহিহু উতোং মচাহুদা থবাই য়াউনা চুপ্লি। মখোয়দি মমল ভাংনবা লোয়গ্রে। ময়াম্না ভায়রিবসি ঐনি। গুরুংনা নোকফেৎ তৌরগা লোইহ্রিবরা থকপা। ঐহু খুমদে মিত্তি গুরুংদা য়েংলগা উতোং মচাহু কম্না চুপ্লগা য়ুবী মহিহু জিরি জিরি চিংশিল্লি অহুবু য়ুবী মহি য়াম্না য়াওরি। মহু উবদা কিমনা ঐবু উরপা মমায় ওস্থোক ওস্থোকতুনা নোকখিরম্মী। অহুদগী মখোয়না ঐবু য়েংলগা নোকপা হৌগ্রে। ঐ সুম সুম

ইকাইরক মমৈখংদনি ঐনা পাইরিবা মুখী লাকলা লংমোকখিরম্মী। মতুংসু মুবীহু হুন্দোকপা নাতে অমা চানহৌদুনা মুবা মহিদুনা কিমগী খোং গুরুংগী খোং ঈশিং ইচোং চোংপদোনা ইচোং চোংখিরম্লে। ঐ শাথিনা ইকাইরম্মী। মখোয়না বাদি ভাংবা ইকাইরদুনা মচিন খুমজিন-খুমজিল্লগা মহৈ মহৈ পংনোক্লা নোকথ্রবমাল্লে।

রিক্সা ভারাগী পৈশা, বস ভারাগী পৈশা, হি তোংবগী ভারা হৈ-মহি থকপা, হোটেল চংবা খরচ পুম্নমক অয়াম্বা মতমদা গুরুংনা পুথোকখি। কিম্না নমদুনা য়াদদুনা হি তোংবগী অদুমদি মানা পিখি। মতুংসু গুরুংনা পিগদবগী হোৎনবদা য়াম্না য়েৎনরবা তুংদা য়াম্না শাওখি কিমনা গুরুংদা। বিরেম্না পুথোক্লবসু গুরুংনা নমহৎখি। মতাংসিদা য়াম্না ফবক তারিবসি ঐনি।

মথংগী মুমিংনি। ময়াম তাবিরম্লগনি "পার" হায়বা ফিল্মদু। ফিল্মদুদা কুমলিবসি নাশিরউদ্দিন শাহ, সাভনা আজমী নায়ক নায়িকানি। মনিং লৈরবা মচিন তুমখৎলক্লিবা হেরো হেরোইন্নি। "পার" ফিল্ম থোইদোক হেন্দোকপা মনা ফংথ্রবা ফিলমনি হায়নৈ। ঐ মুম্নদি খংদ্রে। টি, ভিদা লাকই। মুনিদাংনি। তেবল তেন্নিস শাম্নরম্বা, কেরোম শাম্নরম্বা পার লাক্লে তাবদা মহৈ মহৈ হোৎচিন্নরকুনা ফিলমদুগী ভাবোক ওইনবা হোৎনখি হাম্নরুবা নাইদনা মাগী মাগী ফমফম চাবা য়েংলগা ফম্নখি। মেক-মাক লাওদবমথৈ তুম্নিম্না য়েংনখি। নাশিরউদ্দিন্না ওক শেনবা লাইরবা থবক থিবা মীওই অমগুম শাখিবদু ময়াম্না মিংকুপ্পুনা য়েংনৈ। সিনেমা মুংঙাইখৎলকপা মতাংনি। মৈদু মথং মথং লোইনা মুখত্তনা কাদু ইমম-মম্না লৈহল্লি। মদু ফিলম য়েংবা মুংঙাইনবগীদমক্নি। ঐ মনিংদা ফম্নম্মী। ঐগী চৌক্রিদু খংহৌদনা তুংলোমদা খংনম নমথখিবা, খংচিং চিংখিবগুম

তৌখিরম্মী। ঐ থংপা পাম্নংলম্মী কিন্তু কিরম্মী শাওন্থু শাও-রিংলম্মী। অদুগা য়িক্কুপ খরনী তুংদা চৌক্রিন্থ খংবা থাদোক্লক-পঙমন্থু তৌখি। মতাংন্থুদা ঐনা ইপা পাখংনা হায়খন্থুনা য়ৈস্পিন্দোরে তৌবকান্দুদা থুং অনি খংতিং তিংথোকখি। তিং-থোকখিবা কান্দুদা কনাগুম্বা অমগী পাম্মোম মরু, শম ঐগী থুংনা থেংখি। ঐনা মায় লোংথোক্নুনা য়েংবকান্দদি কিম অমম্বা মরক্তা নোকখিরম্মী হায়বসি ঐ খংই। নাশোন পিক্লা নোকখিরম্মী। অদুদগী ঐগী থুংনা তরানা মায় লোংথোক্নুনা (কিম্না লুকথরগা ঐঙোন্দা য়েংলগা নোকলিইদা) মাগী খজায় কোল্লগা খজায়দা চুপকে হোংনখিমাল্লে। তশেংবমক্তি কিম্না অত্তুয়া তৌরকনি হায়বা খাজখিদে। তৌবদি নারোন্দা লাক্লগা ঐবু লকুগে খনখিবনি। কোনথংদা ঐ ভাব তারকখি। করিগুম্বা পংথন খনখি কিম্না তৌরিবসি করিনো হায়ন্থুনা।

তরেংনিগুবা নুমিৎনি। সেন্তর অসিদা লৈবা মীওইশিং অমুক কায়নরগদবা নোংমখক্তমক ঙায়শিল্লক্লে। খন্ন-নৈনরবা মতুংদা মিটিং অমা তৌসি লেপ্পখি। খন্ন-নৈনবগী মিটিং অদুদা য়াওরিবসি ত্রেনি খুদিংমক্তা ঈশৈ অমমম শকপা হায়না লেপ্পখি। নুমিদাংনি। ঈশৈ হোৎপদবগী শিল লাংবা লোইরে। অহানবদা কমলা দাসনা শকই। মথংদা কিম, মাগী ঈশৈ ইংলিসতনি সোলোনি। অসুম্না রোংমৈন্থু সোলো দান্স তৌখি। 'ময়াম পুমনাং লাংখি। কমলা দাস মশানা ঈশৈ হায়া হৈজবনিনা ঈশৈ তরুক তরেংলোম শকখি। অহানবদদি কিম ঈশৈ শকউ য়ারাংদে। ইকাইবদগী অমদি থোইনা হৈতবদগী। অদুবু মমন্থুনা শকহনখি। ঈংনা তপ্পা কজখি। পুং মরি মঙা লাংবন্থু নুমিদাংগী পুং তরা-নিথোই হেল্লকপন্থুনা নোংঙানগদোবা ইকুই কুইরমক্রে ঘড়ী পুং-শিংনা শান্তি শিহল্লকখি। গুরুংগা কিমগা লোম্না লোম্না তপ্পা

তপ্পা বারী শানখি। শুরুংগী খুৎনা কিমগী মখুৎ অনিমক পাইশিন্দুনা থমখি। মখোয়'নি চৌক্রি থংননা কমমিন্নবত্থু ময়ান্না লোয়া লোয়া মিৎয়েংকম ওইখিরমই। কিমনা শুরুংদা য়ান্না ওইনখি হায়রবসিমদি ঐ থংলম্মী। অসুম্মা ঈশৈ-নোংমাইগী মতাংত্থু লোইখিমান্নে।

ঐগা রোংমৈগনি। নিপান্নিশুবা মুমিৎনি। বাজারদা কোইবা চৎলম্মী। লম্বীগী মপান্দা লাই অশাবা মূর্ত্তি য়ান্না উই। মত্থুদা খোইনা খোইজংলুদে। অত্থুম চৎলি। রেল স্তেসননি। ওভর ব্রিজনি। মীয়াম মপৈ মপৈ লাকই। অত্থুগা লাওই। চিনথ্রবা মরক্তুদা, কিন কিলাব জিন্দাবাদ, সি, পি, আই জিন্দাবাদ অসিনচিংবা, মখোয় ফিরাল অঙাংবা মচা অমমম পাই। মীওই চত্থুমলোম ওইরমগনি। অমুক-মুক লাও-রকপদা মখুৎ ময়ামত্থু চপ চপ মান্ননা থাঙৎলকই। হায়রিবসি মুমিদাংগী পুং নিপাললোম তাশিল্লক্কবনি। ওভর ব্রিজ (খোং অরাংবা, মসিগী মথাদা রেল লম্বী লৈ) গী নাকলদা মচি মরুমদা মখোং অনিমক য়াওব্রবা অঙাং, মখুৎ অনিমক য়াওব্রবা অহল, মমীৎ তাংলবা হমুবী, খুবোমনা চাওরবা কৈফেগন্ন পিশক পিক্কবা শোইনাইরবা হমুবা, লাইরবী চাকনিবী, মশা পুম্বা পাৎলবা অঙাং, (হয়িং বা বা ইল্লি) মখোয় চিনথ্রবা মীনিন মরক্তুদা পৈশা নিরি। সিলভর পুখম অকোপ্পা, সিলভর তেঙ্গোৎ অকাইবা মমাংদা থমই, অত্থুগা করিশুম্বদা নিজবা বাহৈ মচিন্দা মুরুম মুরুম শোনবত্থু য়াওই। মখোয়গী পুন্সিনা কুরম্বা ঐখোয়গী পুন্সিনা করি, অত্থুবু মত্থু থম্বরুবা য়াবা নত্রে। মরমদি রোংমৈনা ঐগী খুৎ তাপ পাইরগা থংচিং চিংশিল্লি পুলিসনা টিকেট য়াওদবা মী অমা কোয়তান তান্নে মত্থুগা থেংজিন্নদনবনি।

ফুৎ কুপ্থ্রামুক্তি বাংবা শোইদ্রে, মূর্ত্তিত্থু অত্থুক চাওবত্থু ঐগী

পুন্সিদা অহানবনি। অসুম্না বাজারগী অকোইবদা মথং মথং কোইরম্মী।

মাপন্নিণ্ডবা মুমিংনি। মীওই খরদি সেস্তর থাদোকপা যাওনরম্মী। মুমিদাংনি। ঐ, বিরেন অমস্নং মনি রোংমৈ অমম্বা খুরবা গলিদা অসুম খোংনা চংলি। কিলোমিত্তর তঙ্খায়মুক চংশিল্লগা পোদোল তেঙ্গালি মরক্তা গলিহুগী নাক য়েত্তা লম্না লম্না অপিকপা মোংগ্রবা শংতপ মচা মচা য়েন মখোং, ভাম্নু মখোং, মকোক অতাউবা মখৈ অতাওবা মখল মখল য়োল্লি। রোংমৈনা অহুগুম্বা হুকান্দুদা চংশিল্লগা হংলম্মী অতাওবসি কয়া কয়ানো। হুকান্দার লেক কাবহুনা পাউখুম পীরকই "দো দকা দো দকা" মখুংনা পায়রিবা খাবৈহনা অভৌবা ওংপদি লেপ্তে। মৈ ফজনা চাকই। অথোংবা অতাওবা মখল মখেল শেম্বদা হুকান্দারহু থবক য়ান্না চিল্লি। মখুং য়েংনা পোং তম্মী, মখুং ওইনা খাবৈ থাদোক্তে। ঐ থল্লি, মুমিদাং ওইরবদি মখোয়গী থবক কম্না চিনথংলকপা মতমনি। ঐ ভাব তাই, তিন য়োংলি। 'থরদি তৌদোরেদনা ওসিদি", পুকমুংদ থল্লি। হায়রিবা মকমসিদগী খজিক্কং চংশিল্লগা মমগ্রবা খুগ্রবা মী অনি থৈনবা চনফাত্তবা য়ুমগী কারক অমদা য়োংমৈবা মরোমহু পুরগা লমজিংই বিরেন অমস্নং ঐবু। খোংনা থুংনা মা, মাহুনা চংই। করিগুম্বদা ঐগী খোং নমখিরবা গলিগী লৈখোমদা পুখবা য়াওখি। ইনা কুপ্পা ইহো হোবা শংহুদা কালি কারবা পোদোল মচা অমথক লৈরিবহুদা ঐখোয় চংলে। রোংমৈনা লাওই "য়েক বোতল লে আউ" অহুদগী ঐখোয় অনেম্বা মোরাহুদা ফমই। চারম থক্লমদাইগী মিৎ-না ইশিং শিংই, তক্ত তক্তই। পুক খোংই। মিকুপ থরগী তুংদা লিক্লি অমা পুখোরকই। দক থমই। গিলাস মচা অহুম অচৌবা অমা গিরিক গিরিক মখোল

খোকহনলম্মগা থমই। মহাজন মুপীহুনা। নাকলদা হান্না ভদ্র-লোক খরম্ভ খবকতু পায়থহুনা পানবা হৌবম্ভ য়াওরম্মে। ভদ্রলোক খরহুগী মরক্তগী অমনা মমিংতু উইক্রম উইক্রম তৌরহুনা হায়রকই— নখোয় কদায়দগীনো রে'ংমৈনা খুমই— ইম্ফালদগীনি। "সিদদি কৈদৌবা লাকপনো," মথা তাথরকই ভদ্রলোক্তুনা "দিপার্টমেন্টকী ত্রেনিং অমা লাকপনি" য়োংমৈনা মথা অমুক খুমই। অহুদগী ভদ্রলোক্তুনা মঙক নোম্মগা "অচসা! অচসা ওহ;" মথা রা ঙাংলকখিদ্রে। ঙহাক্তং লৈরগা "কয়া তারে" রোংমৈনা হায়রম্মী মহাজন মুপীহুদা মুপীহুনা অহাংবা গিলাস অমদি লিক্লি লোইশন লোইশন্না হায়রকই "কুন্ত্রামঙা"। য়োংমৈনা মাগী জেকেত্তগী লৌথোক্লগা 'য়াঙ্খে চংপি নোট" অহু পীশিল্লি। মুপীহুনা ঙহাক্তং থল্লগা হায়রকই "অচোইবা লৈত্রে..." রোংমৈনা খুমই—"য়ারে, হো গয়া" হয়েংম্ভ লাকখিনি অহুমক থমজিল্লে।" মখোন মল্লি ফাইরে। মুপীহুনা হায়নিংবদি রা খরা মথা তাথনিংবনি অহুবু হিদাক পাল্লবনরা বাহু শমজিনবা হৌরকখি।

মফমহুদগী থোরক্লে। লম্বীদনি। পুং মাপন মথায়রোম তাশিল্লক্লে। হাইরং হাইরং চংলি। য়োংমৈ অমদি রিরেন। ঐদি কয়া ঙাঙদে। অময়হুদা সাইকল ইল্লগা লাকপা মুপা অমদা থেংজিল্লুরম্মী। তশেংনমক্তি মহাক্না থেংজিল্লকখিবনি য়োংমৈ চপ লেপই। মুপাহুগী সাইকল তুখিরম্মী সোরোক মহাইদা তাহুনা লৈরম্মী। অনিমক মমিং মুন্না য়েংনৈ। কবিমত্তা ঙাংনদে। অহুবু অমহুস্ত ঐথোয়গুম্বনি। মহাকম্ভ হিদাক ফজনা ঙাওরে। সাইকল ইল্লগা চংপা ঙমরবা য়ু ঙাওবলি [illegible] মায়োক্লনা লেপই। মতমহুদা বিরেন ঈশিং থায়রি। য়োংমৈনা মমিং মনা উইক্রম উইক্রম শুকতোক্লনা য়েংলবা তুংদা ইংলিশ লোল্লকই—

Who are you ?

অমত্থনা হায়— কয়া হে

—I can challange everyboby

—কৈসা হে

—No body can beat me

মখোল মমী থংবোই থংদবোই পংভাংদা ভাংনৈ থুক্তি য়াওদে। ঐগা বিরেনগদি অত্থম তাত্থনা লৈ। ভংথৎনরবা তুংদদি ঐ কিরক্রম্মী, খুৎ-শা য়াওনরক্কদোরমাল্লে থল্লত্থনা তুমিন্না নাম্মোক্কুনা ঐ সেন্তর তম্না লাকখি।

রোংমৈ অহিং অথেংবদা হল্লকনি অত্থগা বা-লান অমত্তা ভাংদবমখৈ কাত্থদা পোত্থানবা হোৎনগনি। অস্থম্না তৌবসি মহাক্কী হৈনবী ওইখিবরা ঐ খংদে। মুমিৎ থরনিসিদা রোংমৈ মপুক হোংলবরা মত্থস্থ ঐ খংদে। ঐস্থ মুমিৎ চুপ্পা কাগী থোং-নাওদা মায় ওন্দুনা ময়াং ক্কাক্লা মখোল য়াক্লা থোংবত্থ তাত্থনা লেনখি। বাংলবা মখোল তরাগী অত্থগা নেমলবা ঈগী থাংপোক্কী, য়ুমথক্তা ক্কাক্লা পাইবত্থ য়েংত্থনা লেনখি। মানা চৎলিবী মো অত্থনা লাই নিংলিবীনি হায়ত্থনা শাক্তেল তৌত্থনা লৈবত্থ য়েংত্থনা লৈথোকখি। অয়ূক অভনবদা রিক্সা মচাদা অঙাংনা গাড়ী থৌবস্থ য়েংত্থনা লৈথোকখি। বা-লান অমতা ভাংনদবমখৈ মুমিৎ চুপ্পা লেনখিবস্থ য়াওখি। হৌজিক্তা বাথল তৌরকই। রোংমৈ বাথল হোংলে।

অরোইবা মুমিংনি। মী অয়াম্বা চৎনথ্রে। ঐখোয়স্থ কিমবু থিন্দোকপা থোরক্লি। কিমগা লোইনগদবা মরুপ বিপিনচন্দ্র মখোয় অনিমক মিজোরামদগীনি। বিপিনচন্দ্র কিমবু মবুংগুম্না থল্লি। বিপিনচন্দ্রনস্থ কিমবু পোকমিন্নবা মচনগুম থল্লি। য়াম্না

চন্না মীনং, বিপিনচন্দ্র। কিম গাড়ী মথক্তা কাখৎখিরম্মী। গুরুংনা সেব খরা লৈরগা বিপিনচন্দ্রদা পীরম্মী অদুগা হায়রম্মী —কিমদা খর পিবিয়ু। বসকী থোংনাও মচিন্দা বিপিনচন্দ্রনা মখুৎ খিন্দোরকই অদুগা সেবদু লৌই। কিমনা হায়—কৈদৌ- বগী লৈরুরিনে। গুরুং অয়ুকসিদা, ঐ পামদে গুক্লে। গাড়ীদি চৎপা হৌরে। খর খর লেঙবা, কাংখেং চাকা তপ্পা তপ্পা গুনবা হৌরম্মী। গুরুংনা হায়রম্মী— No mind, No mind কিমনা খল্লম্মী— মাদি ংঙসায়না হায়বা য়াদত্রা, মসি থোক্কনি খংলম্লবদি ঐনা লৈরগা মাগীসু শরুক তম্লম্বা য়াই। অদুবু কিম রা ঙাংবা থোকখিদ্রে, মাগী মখুৎ মচাদু তপ্লি তপ্লি হায়রগা অয়াংবা গাড়ীনা অসুম লাপখিরম্মী। গুরুং ফনা কুইনা বাখল অমদা উংলুরমাল্লে বিরেম্না "গুরুং ঐখোয়গীনা সোমদা লৈরে; আদা উরিবসি ঐখোয়গী গাড়ী মাল্লি" মতাংদু গুরুং ইঙক ঙকপগুম তৌখি।

পাউ তারে মনোহর দত্তগা কমলা দাসকা মরি লৈনৈ হায়বা, মদুসু ঐনা চিংনখিবদুমক্কি। হৌজিক্কি চুয়ে। অদুবু য়োংমৈনদি দ সপু য়াম্না পামজৈ মাগী বারীদা শাতুনা লৈ। দত্তনা দাসকা মরি লৈনবসি য়োংমৈদু খংই। অদুম ওইনমক য়োংমৈনা দাসপু পামজৈ।

অকাওবা অমদগী ঐগা য়োংমৈগা লৈহৌরে। গুরুংগা বিরেনগদি দিমাপুর গাড়ীদা চৎখ্রে। তাঙ্গানা য়াদদুনা ঐখোয় সুমিদাংগী গাড়ীদা চৎপদা মতারে। সুমিত্তু ড্রাই দেনি হায়দুনা য়ু য়োনবা দুকান অমত্তা থোং হাংদে। হিদাক ঙাওরি ঙাওরি তৌবা রিক্সো ড্রাইভর অমা ফারগা মাগী রিক্সোদা তোংলগা কোয়খি খি কদায়দা হিদাক ফংলিগে হায়দুনা, ড্রাইভরদুনা হংহল্লি, দুকান অনি অদুম হংলুববা তুংদা মথৈংদা মথোল মরিগী

অচৌবা হোটেল অমদা ড্রাইভরদুনা ঐগা য়োংমৈগবু লমজিংলে। সিড়ীগী থাক মথং মথং কাখৎলগা অদুমত্তুবা মখোলগী অয়োনবা কা অমদা ঐখোয় কাখৎলে। কাদুগী থোংদা থারি Please use bell—bell নমই। থুদক্তা মেনেজরগী নৌকরি থোরকই —কৈদৌশিগে। য়োংমৈনা হায়রম্মী
—রম লৈব্রা হুইসকি লৈব্রা
—লৈ (হুইসকি)
—বোতল অমা

অদুম্মা তৌনরিবৈদা য়োংমৈনা মথংগী কাদুদা মখোল থরা তাই হায়দুনা থোংদুদা থিল্লি কাক-কাক থোং হাংদোক্কে। অমুকস্থু থিল্লি—হাংদোক্কে। হন্দকমুক্তি কনা শাংনা কাক-কাক-ক-ক-ক কাক থিল্লি। থোং হাংদোক্লে। অঙকপনি মনোহর দস্তপা কমলা দাসকা লৈরম্মী। অদুবু মখোয় করিমত্তা তৌদবা শাদুনা দস্তনা বারী হৌরকই য়োংমৈ নখোয় চত্লিবরা— য়োংমৈনা থুমই সেন্তরদা চে-চাং অমা কাউদুনা হন্দোকলম্বদগী লৌবা চৎপদা গাড়ী থেংথিদুনা মুমিদাং চৎপা তারে। কমলা দাসনা হায়রম্মী— য়োংমৈ, কমদৌই ট্রেনিং মুংঙাইবরা
—মুংঙাই হায়গদ্রা থংদেদা
—নহাক নংনা রিনাদা চিঠি অমা পিরকপরা
—অং

ঐ হেন্না ঙক্লে। য়োংমৈনা রিনাগী থুখাংদা চিঠি পিখি কমলা দাসতা মুংশি থাহে কয়া হাপ্পুনা। হৌজিক্তা ঐ থংলে। রিনাগী হৈ-শিংবমক্তনা চিঠিদু কমলা দাসতা য়ৌথিবনি। রিনা মৌনি। মহাকস্থু ট্রেনিনি। মতমদুদা দস্ত মপান থোকখিরম্মী চৎখিবদি নত্তে। ঈশিং থায়বনি। কমুং থারবা কা লৈরমগনি হায়বা ঐ থাজদে। অদুবু লৈরে। ঐনা কমুংদা কমই য়োংমৈনা চৌক্লিদা কমই। ঐনা তুং লোমদা থুং শোদুনা কবদা মোনপা মোনপাকা তাইনবদুদা য়োংকী অপাকপা কোচি অমা থেংলৈ।

হল্লা লৈফুনা য়েংবদা চিংথোক চিংশিন য়াবা ইলাসতিক রবর ফি ইফি অমরোম পাকপা, মরি অমা থজিন্তং থিন্নোক্তুনা লৈ। মহু মোন মখাদা থম্বনি। অহুবু ঐ চিংথোক্তুনা য়েংনব হোৎনজ্রে। মরমদি মহুক্কী কন্ত-সুংদ থোরকপা য়াই থনবদগী। ঐ য়াম্না কল্লা চিংনখি মহু থবাকী অতোংবা চিং থুম্বা শরুক চিংথুম ফি ককা হায়বহু ওইরমগদ্রা হায়তুনা। রোংমৈগা দাসকদি রারী শানরি হুংঙাইনা।

রোংমৈনা—"নংগীদমক অরাংবা চিং, অরুবা ঈশিং, অপাকপা ঈপাক, অরুবা জঙ্গল, হায়বদি পৃথিবীনা নাকল অমদা লৈগ্রবসু নংনবু ঐগীদমক লেপ্লিনি হায়রবদি ঐ কনাবুসু চিংনবা লৈতে, অকিবা লৈতে, ঐগী থরায় নহাকীনি" অসিনচিংবা রারী য়াম্না থরাই য়াওনা শান্নে। দত্ত অমুক চংলকই— দত্ত হায়বেৎ তাহৌরে অহুনা মুপ্পা তারকই দত্তনা হৌজিকীহুবু কবি হায়বনো থুদক্কা রোংমৈনা ওক্তোক্তনা থুমই— ঐ মাউন্টেনিয়ারিং ট্রেনিং চৎকনি। থা অনিরোমদা ঙাইরে। অহুগী রানিবা।— অমসু অমসু রা রা নোকই অহুবু ঐথোয় মরিসি অঙ্ক মচা মচা অমদি পুক্নুংদা হোৎনরমগনি হায়বসিনি।

ইম্ফালদনি। মন্ত্রি পুথ্রিদনি। ফার্মগী দাইরেক্তরদা ঐগী রিপোর্ট পিশিল্লি। দাইরেক্তরনা হায়রম্মী।

—বিরেনগীদি ওয়াং পিশিল্লম্মে, রোংমৈদি নহাকা লাকমিন্নদ্রো?

—সার, লাকমিন্নে। মা লাকনি হায়ৱোবনি।

—ফরে ফরে নথোয় থা অহুমলোম লৈরগা অমুক লাকউ দিল্লিদগী এদভর্টাইজমেণ্টনচিংবা চে-চাং লাক্লগা থবক হাপ্পবা শিনবিরগে। ঐনা ওয়াং বিরেনদসু হায়গ্রব্লনি।

—ফনি সার

রোংমৈ ওয়াং অহিং চুপ্পা তুমদবমথৈ ঙাওথিবনি অহুনা মহাক লাক্তবসু ওইরবা য়াই।

---

# থম্মোয়দা ল্লাহৎ

—য়োমা। লাইরিক্কুবু পারিবরনে?

মহাক হায়ফেৎ নোকখি। ঐনা হংখিবনি। হংনিংবসি খাংবা ঙম্লক্রুহ্না হংখ্রবনি। য়াম্না ঙাইঙমদনা। কনানবু ঙমগদগে হোই মাই হায়দনা তুমিন্না লৈখোকখ্রবহুদা লাইরিক্কু পিখিবা থা অনিরোম শুজিল্লক্রদোরে। মানা অমুক্তা পাংগে, য়েংগে হায়তুনা লৌখিবনি। অসুম যারী রাতাই তৌনবদগী ঐসু অহুগুম্বা লাইরিক লৈ য়েংগেরা হায়রুবতনি।

  

লাইরিক্কুমতং পিনবা হোৎনবদা লাইরিক্তুগী মপান য়াম্না তাঙখিবমাল্লে। উপাই অমা লৈত্রহুনা লাইরিক পিবসিদংদি য়াম্না থোনা লৈনা হোৎনরগে খনখিবতনি।

  

—মুংঙাইরিবরো

সিতনি ঐনা হংনিংখিবা। কৈ; মহাক্না তশেংনা মুংঙাইরম্নগনি হায়রবদি। অহুবু থম্মোয়নদি য়'দে মহাক মুংঙাইরমগনি হায়বা। মহাক থম্মোয় পান্দবী নত্তে। খল্লি— মহাক মুপীনি। মীনি। মুপী ওইবিগী লৈতেং য়াওরি। অহুমওইনমক্, মহাক্না অমুক য়োনা তমখিরকনি হায়বসিমদি ঐ ইখুন থম্লহৌত্রে। থম্মহৌখিবদগী মরমদি পঙ্গথ্রে মহাক থম্মোই প্লান্দবী অমা-নত্তে। অচুম্বা অমদি লৈ। ঐনা খোংহৌদা ল্লানখ্রে। হোয়্ মুসি তশেংনা চুম্লক্লে খংহৌদা ঐনা লানখিবমকসিনি। মসি লাল্লগনি খল্লহুনা খোংহৌহুদা অহুম্না চংশিনখিরদি নত্তে। নত্রবদবু তৌরমগদ্রা?

ফত্রিববু লানথ্রে খঙলবমক্তদা লাল্লে হায়নিংদবনিনি। মঙোন্দা চিঠি অমত্তং ইববু "মরুপ" অমুম্না হেক শৈহৌখিবনা। করিগীনো "মরুপ" হায়না হৌরুরিবসি মসিগীসু মরম কয়ামুক লৈখিত্তুনা তৌখিবনি খল্লি। থম্মোয়নদি অমুম্না হৌনিংখিবা নত্তে। হেক পামই, হেক মুংশি, হেক ঐগী ওইজনিংই হায়রুগদৌবসি অরায়বা অমা ওইরমখিদবা য়াই মতমত্তুদা; অতুননি। মহাক মুপীনি। মহাক মীনি। থম্মোয় পান্দবী নত্তে। মনতিরুবা য়াবরা ?

ফরে 'মরুপকী' মিংদা করি খুদোংচাবা লৌথ্রে। অহানবদা চা থরুগা ল্লারী শামিন্নবা অত্তুগা বা-বা নোকমিন্নবা। অত্তুগুম্বা মতমত্তুনি, ঐনা মুংঙাইজখিবা। মাবু খঙলমদগরা ? খঙলম্মোই; মোংদোক্লদনদি খঙলোই। ঐতনা খঙজখিবনি। ঐ মুংঙাইরে। তশেংনমক থম্মোয়দা ইখিল ফাওখি। থম্মোয়গী পেঙ্গবা অমা লৈখি।

মাদি য়াদি করি ওইরক্কনি ইথঙ খঙলুদনা কবি করিনো ভাব য়াম্না ফখি। বাথল জাং জাং শাগংখি। মত্তুসু মুংঙাইবা শুাক্তনি। অরাবা মমি ঐগী বাথলদা শুকলৈ লৈখিদে। য়ারনি মতাগুম "মরুপকী" মিংদা করি করিনো পংইতা ইখি। মত্তুসু মসিনা মচুমজরে মসিমদি ময়ারে হায়রত্তুনা।

করিনো ঐনা অমুম্না তৌরুরিবসি, মসি তৌরুরিবগী মরমদি মানা হুরাও মিওক, তরাম্না ওকপা লমচৎ ঐঙোন্দা থম্নকখি, থম্ন নৈনবা য়াবা অরুবা মত ফাওবা ঐঙোন্দা পিরকখি, মত্তুগুম্বা লমচত্তুনা ঐঙোন্দা পুক্লিংগী অপেনবা কংখিবা মতম ওইরম্বখি।

খল্লক্লে, ইপং পংনা ইঙাও ঙাওনা হাথু-হাথুনা খুৎ অরি চংত্তুনা চখোম চাওনা চারুবসিদি হারেদনা হাবদা নত্তে। খর ফাওবা ফুনখিবনি। শিনিংচিত্তা থরায় হিংহৌবনি উপাই অমা

শীজিন্নহুনা, শাজেল অমা তৌহুনা। অদুগী মতুংদা— "ত্তোরম-
ত্রবদি কদৌবা"।

Mind is a temple of body— হায়রি হায়দুনি। করি-
গুম্বদুদি হেক মনিশিংনুরে "Mind is a temple body"
অমুবুম্ব "মখোয়না হায়বা তাকই ; মখোয়না ভাংবা লৌকই,
ইশানা ইশাগী শুচুম অরান খঙদরগা লোইরে," মসিনা তাকপদি
মঙোন্দসু বাফম খরনদি মঙোন্দসু ঙৈরবে! অদুননি। মমাগা
করি হায়না ভাংনরিবনো নত্তগা ভাংনদবনো মতুংদি ঐ খ্রিজিন্নবা
হোৎনরুখিত্রে। মাখী খন্ন-নৈনবা য়ামা হায়ে অসি অদুদা
খঙ্গোয়দা অপেনবা মংখি। মফিবু মানা করম্না হায়রিবনো ?
মঙোন্দা খঙ্গোয়গী ইথিল অমা ইফাও ফাওদনা ইচম চম্না হেক্তা
হায়দোরকখিবজাংলা ?

করিগীনো হৱাওরুরিবসি ? মহাক ইনথৎলক্লিবী অমনি।
মহাক মহৈ-মশিংগী হীরমদসু থোইদোক্না নোপত্রবীনি। হাবী
জাবীগী মতম অসিগী হায়রুরবদি পৈশা-মরি অমা ফংদহুনা
ইন্দস্ট্রি দিপার্টমেণ্ট অসিদা ওফিসার অমা ওইনা থরক চঙলক-
খিবনি। হুমাংমন্তনা অকংবা অদু প্রামদবা হুপীনি। মাগী
শিংথানিভাই ওইবা লমচৎতুনি। মঙোন্দগী থোক্লকপা হায়েশিংসি
ঐঙোন্দদি মমল য়াম্না লৈবগুম তৌরিবা, কাউভমদবা হায়েদোনা
লৈরিবসি করিগীনো ?

অহিং কয়া তুমফম-চাফম খঙদবমখৈ মাবুতা খনখিবহু
খাওহুনা লৈবা ভয়ক্তুহুনা নোংমদি লম্বীদা হায়রেদনা ঐনা—
—রোমা !
তাদহুনা অমুক কৌই।
—রোমা অমুক্তা ভাইখো। যফমসি লম্বীদনি। ঊজিল মখোল
ভগথরদগা হায়রকই।

—হায়মা বিমোল করিনো? করি হায়গে?
—সে! নহাক্না হায়বা লাইরিকুনি।
—আদা (ওফিসতা) পীবদি য়াম্রা।
—য়াই অতুদা ত্রিতিং মচা অমথক য়াওবসিদা ময়াম ময়াংদা লুংঙাইররোই হায়দুনা মকমসিদা পীজরবনি। অদো লায়রদি থনগমুকো। মা নোকখি। ঐ নোকখি। অতুদগী পুম্না নোকখি। খোঞ্জেলদুনা ইঙ্গিল মখোলদা তিনখি।
মথংগী মুমিত্তুদা মানা হায়রম্মী।
—করিগীনো পোৎচঙ অমুক চাওনা লাওলুরিবসিবো। করি বাহৈনো ঐদি হৌজিক ফাওবা অর্থ হনবা ওমদ্রি। ঐগী মরুপনদি হায়— পণ্ডিত নেহরুনা নাগালেণ্ডগী মীতিন অমদা মমল য়াম্বা সাপন অমমমগা গমছা মতেক অমমমগা চীংমী প্রজা-শিং অতুদা য়েন্থোকখি।' করিগী য়েন্থোকলি— চীংমীশিং অতুদি হুরাওরমগনি। য়েন্থোক্লিবা ফি অমসুং সাপনগী অর্থনা করি তাকপগে?
—লাইরিকতু পারিবরা? অসিদনি ঐনা হায়খিবা।
—হয়েং পুরক্লগে, পাবসু শংদে, পরিক্ষাসু থাগদবা তল্লিদা, ওমদোবরু মানশিল্লক্লে।

হৌজিক্তি ঐবু করেম্নবা হৌরক্লে। ঐনা খল্লম্বা আশাগা পুম্ওন ওন্নরে। ঐ লায়া থনবা হৌবকখরে।

ঐনা লায়া খল্লিবসি ময়েক শেংলবরা? শেংদে। করিগী? মথংগী মুমিত্তসু লাইরিক্তু পুরক্কে। পুরক্কে হায়দুনসু "কৈদোরে পুরক্লুদি ওরাংদি হয়েং পুরক্কে হায়রগ।" হায়গদৌসু ওমদে। হৌজিক্তি মঙোন্দ গুপ্নগী রাহৈ অমতং হায়গদবসি হেক মঙম শানখিদবা ওইরক্লে।

হোই মাই হায়দনা তুমিন্না লৈখিবা থা অনি চপ চানা কাজিল্লক্লে। নোংমদি খোল নিক্না হায়খি— রোমা লাইরিক্তো—

অহুদগী পাউথুম ভাইরমদনা হেক পরপ পরপ লাম্থোক্নুনা চৎলি। মানা লাওহৌই— হয়েং পুৱক্লগে।

হৌজিক কৌনদবীনি। মম্মিৎনদি য়েংলকই। মরোল লোল্লি। মতুগী অর্থ হনবা ঐ ভমত্রি। হৈত্রি। বাহং অমদি লৈরে মসিমদি শোয়ত্রে। করিনা করিনো হায়বতু থঙনীংবনা লাংতক্নুববা পুক্নুংগী বা অহু কৈদৌউ কোঙদোক্লবগনি, মসিমদি ঐ হায়বা ভমত্রে। মতমস্তু ভাইবা ভাই, ইথো ওইনা।

× × × × ×

ইং ১৯৮৫ গী জন্নুবারী তাং ২৮ দা পীথিবা লাইরিক্কু চহিত্নুমকী মার্চ তাং ২৬ তা পীরকখি। মানদি অহুম-মরিরক কৌরকখি, বিমোল - বিমোল - বিমোল - বিমোল। ঐনা তামন-দ্রহনা, ঐ ঐগী থবক্তা মায় ওনশিনবা তাঙ্গা থোক্লুরেদনা! মানা হায়— সে, নংগী লাইরিক্কু। ঐ লাইরিক্কু লৌই। অচিকপা লম্নাং অমদা, লাইরিক্কু হাংদোক্তুনা য়েংই। হান্না পীথিবা লাইরিক্তা য়াওখিবা মচলশিংতু ওইরম্রে। অসুম্না ওইরমগনি হায়বসি ঐ থনখিত্রা?

× × × × ×

কোক অসি উরু উরু লৈ। লম্বীদা চৎপা মীয়াম চৎলিবতু উখিদে। বাখল অসি মৈমুক শাই। চাক-ঈশিং চঙদে। বা ভাংনীংদে, হৈনীংদে। বাখলগী মথৌদনি শঙখিবা।

× × × × ×

চিঠিতুমদি মহাক্না লৌহৌত্রা? কার্দ অয়েকপা মমায়তুমদি মহাক লৌহৌত্রা? তপ্পা খম্থরকই। লৌহৌত্রত্রা? ঐনদি ফংত্রে। ভাহৌরবজাংলা লম্বীদা মতুস্তু ঐ খঙত্রে।

× × × × ×

মাগী পাউথুম লাইরিক্কুমক হল্লকপতুনি। ময়েক শেংনা

মহাক্না য়ানীংত্রিবহুনি। কুরে— য়ানীংত্রবা মীহুদা, মখানা অখেংনা য়ানীংত্রে হায়রগদি ঐগী করি উপাই লৈবগে?

+ + + + +

খল্লি— হজিল হজিল —করিগীনো? অইবা বাহে অমত্তম্ম য়াওরকউদনা "ঐগীদি হায়না পুন্সিসে অতোপ্পা অমদা কখোকরে." মসিমক নত্রগম্ম 'হৌজিক্তি ঐগী পুন্সি অসিগুম্বা ফিভমদা লৈরে......... অসিনচিংবা"। মহুম্ম নত্তে। নত্রগা মফিম্ম পেন্না চৈয়, হকথেংননরা— থুথাংদয়া, "লৈরেম্ম" "কায়রবোইম্ম" অসিনচিংবা, মহুম্ম নত্তে। বাহে অমথক্তা ওইরবম্ম হায়রক্তবা! বাহে অমথক্তগী ওইরবম্ম চিঠি হল্লক্তবা!!

+ + + + +

দরকার লৈত্রবা লাইরিক্কু মঙোন্দা করিগীনো থা অনি চুপ্পা থমলিবা? মানা পীরকপ। ইকাইরগা করিগীনো মমাঙ্গবী অমদা দেশা উপাই অমা তৌহুনা মথংগী মুমিত্তা হল্লকখিত্রিবু? মহাক্না মী লৈখিদবরা? ঐ থাজদে মহাক্না মী লৈত্তে হায়বা? মহাক্না মী মতিক চানা লৈ — ঐগী বাখলনি।

দরকার লৈত্রবা পোংশক্কু মঙোন্দা থগসি য়ায়মক বাই চিন্নবগী মশক্তি। বাই চিল্লিবা পোংশক্কু ঐনা থৌরুবগা পীরকখিবনি। মহুম্ম পোংলম গুনা ঐঙোন্দা হল্লকখিদে। ঐগী পোংলমশিংহুনা মঙোন্দা থোইদো শাওগৎকদোবা ওইরবদি করিগী পোংশক্কু অহুক কুইনা থম্বনো?

মাবু পারমগত্রা "মরুপ" হায়না বাহৌদোক ওইবা চিঠিহু। করম্বা মথলগী "মরুপ" ওইনা লৌরমগনি। (প্যারম্বা তারবদি মহাক্না) ঐনদি পুন্সিগী "মরুপ" ওইগে থনখিবা মানবি "লম্মথাংগী মরুপ ওইনা থনখিবা ওইরবরা?" য়াম্না মপুক্কিংদা নোক্লীংলমগনি অহুগা করেম্মরমগনি।

মতম অমদা — "ঐ চা থক্লয়োই" অহুম্মা হায়বথক্কুদা মানা শাওখিবনি — করিগীনো থক্লোইদৌরিবো। মশিং মনা খজিক্কুং লংথংলগা মথা অমুক তাথে — চা থক্ক্রদনা, অদু ওইরগদি চানবা অমা কৌরক্লগে......... অসিনচিংবা অৱাই অথুম তৌনখিবনি। হোয়, — মসি খওন-চানবা মরুপ মপাং হায়বা তারেম্মনা।

নোংমদু মানা হায়খি — ত্রান্সফর তৌদোরবনিনা কেয়ুর-ৱেল ওইনা চা অমতংদি কৌবীরম্বা য়াবনি। —ঐনদি কৌখিদে। পৈশা পায়দবা তাঞ্জা থোকখিবদগী। মুপী মমাংদা (মরুওইনা ইনথংলক্লিবীশিংগী) ইজ্জৎ কনবা ঈঙ্গিং খওবা ওইখিদবদুদা মানা হায়খি — "হুয়েং তৌগদৌ ওইরবদি তৌগ্রম্দু য়ারে।" —মহাক মপুক্লিং মুত্তাইরম্লোই, ৱারৌরমগনি নিপা থোক্কবগীদমক।

মমিক্তুনা, উম! মীৎম্নাদুনা মূনা মূনা য়েংলম্বা তাঞ্জা ঐনা থেংনাথ। মিং মরি য়েংনখিবা তাঞ্জাদু মা করি করিনো খরা খল্লমগনি। থম্মোয়না হায়, মহাক থম্মোয় পানবীনি। ঐসু খল্লি, করি করিনো খরা; ৱাথলশিংদু য়াম্মা থুনা মাওখি। অদুগা অমুক হেক থুনা শাগৎখি। মসিমদি শোয়দ্রে, "মাগী মিৎয়েং" অর্থ য়াম্মা লৈ। মসিমতং ঐ খওই। মিৎয়েংগী অর্থ হনবা হৈদ্রে। মিৎয়েংদুগী অর্থ হুম্মবা হোৎনখিদ্রে।

Bhopal গী Union Carbide কী ৱাথোক, হোটেল মৈ চাকপগী, Western Europe য়ুহারাবদগী, ঈশিং ঈচাও থোকখিবদগী, প্লেন কায়খিবদগী, নোংলৈ-ঙুংশিং লাকপদগী অমদি মনিপুরদসু অন্দরগ্রাউন্দ রিভোলুসনরী ঈহৌদগী ইচম চম্বা প্রেজা কয়া শিদ্রে। তম্বা ওমদনা শিদ্রে। মীওইবগী মমল করিসু লৈতবগুম খল্লরক্লবা তাঞ্জা অমা লাক্লবসিদা মাগী ৱাহং অমদা ঐ পুক্লিং লুপ্লি। কান্নদবদা পুন্সিগী মরুওইবা মতম হুন্দোক্লিবা অরেম্বদা।

মাগী বাহংসি মচিন্না হংলকখিবা নত্তে। চে মচেৎ অমদা কলমনা ইরগা পীরকখিবা নত্তে। গুপ্নগী বাহং অমখক্তি হংলি খম্মোয়না। বাহংসিমদি করিগী হংলি। হোয়— বাহংসিমদি শোয়দনা হংলে মাগী খম্মোয়না ঐঙোন্দা।

মাবু তশেংনা য়ানীংখিদবরা ঐবু। শুকয়া য়ানীংখিদবমক ওইরমগনি হায়বসি ঐ খাজদ্রে। ঐগী খম্মোয়না য়ানীংখিদে। ঐগী মরূপ-মপাংশিংনা হায়— "তশেংনা য়ানীংদবনি।" মরূপ মপাংশিংনা হায়বতু চুমই— হল্লক্লিবা লাইরিক্রুমক্সা লেঙদ্রবা শাক্ফিনি। করিগী অত্তুক য়াম্না খন্থনীংঙাই ওইরুবগে? ঐনা অমুক হংলি— হনগদোবা ওইরগনা পুন্নমক হনবীরক্লোদনা, করিগীনো মচল খরা অমুক ফাজিলহৌরিবা।

ফাজিলহনা খমহৌরবা চিঠিতু থৌখিসিরা? মতুংস্তু হেক ঙমখিদ্রে। খম্মোয়না হংহনা লৈহৌই— "য়ারগদি চিঠিতুস্তু পীরক্লোনে।"

মহাক্না ইন্থোক্লবা তুংসিদা— মাগী মরমদা খল্লুবসি য়াম্নমক মরম চাদ্রবনি, লাল্লবনি। ফংলরোইদবা পোৎশক্তু আশা তৌবা হায়বসি বাখল য়াঙদবা মীগী থবক্নি। বাখলদা অস্তুম্নমক নৈররিবসিবু করিগীনো?

হৌজিক করি তৌবা তাই? ফজবা বাহৈ খরা মাগীদমক ইবা তাই, "ফরে, মহাক্না পামজবা মফমতুদা চৎচগ্রসনু, মাগী অনীঙবতুদা য়েংলরোই, মহাক মুংঙাই-য়াইফবা ওইজগ্রসনু...... অসিনচিংবা" খম্মোয়নদি হায়নীংখিদবশিং ওইরগস্তু ফজথোকপা তাই।

মাগী মায়থোঙদা তারী— "হন্নাও মোমোন মিনোক, মাপ্নীদি অচেৎপা মরূপ লৈজরে হায়বগুম্বনি; ......অসিনচিংবা মরমদি ভাবনা শাজিল্লগা লৌবা য়াই "Mind is a temple of body"

মাগী বাখল কাউথোক্লবা হোৎনবা অমা অকনবা অচেংপা সাধনা অমা চঙলি।

ঐনদি হংলি, "মানা ঐবু মিকুপ অমত্তা ওইরবস্থু শুপনীং নীংশিংবীরম্লরোইদরা" অমুকস্থু খল্লি, "মহাক থম্মোয় পান্দবী অমা নত্তে।"

---

# হোসপিতালদা

ঈশিং! ঈশিং!! ঈশিংদি—। শুলিসি য়োংপা য়াদ্রে। মমানা হায়রক্কই সুরেসতা।

ডাক্তরনা হায়রম্মী— শুলি চাবদি লেপ্পা য়াদে। চাং নাইনা হিদাকশিংসি চানবা হোৎনগদবনি।

শুলি চাগনি খনবদা মমিত্তা মপি শিন্থবনি। চাররোই হায়বস্থু অনাবগী লায়ওং খঙলোই, তঙায়ফদনা চাদবা য়াদবনি। শুলি অমতং চানবা হোৎনবদা পুংশিং কয়া শাজেল তৌহুনা, খেমহুনা হোৎনরিবনি।

মুমিং মঙানি তরুক্কি হৌথ্রে, কেতুকীগী লাইহৌদি খাবা মরৈখিদ্রে। মমিং নাপু কাথ্রে। হৌজিক্তি মিংকী মচু পূমওন ওনথ্রে। ডাক্তরগী শুলিনি হায়রবদি পনবা য়াবা নত্তে হেক্তা ওবনি। চাউ-থকউ য়ারকখিদবা মতাং অমা ওইরক্লে। সুরেসনা অনাবা মমাগী সেবা তৌরি।

সুরেসকী মপাদি কদায়দা চৎখ্রিবনো লৈকম তাক্লমদবর', হৌজিকপু পাউ অমত্তা ফংদ্রি। কদায়দবু চৎপ্রবা? মথুরা অমথক লৈবক্তুস্থু লৈত্ত লাইরবগী চৈফুনা নোইহৎলবা মীশক অমনি। নোংমা মুমিংচুপ্পা অমা চরা হেনবমথৈ সুরেসকী মপাবুং খিবা চৎলি, মথুরানা। অতুগা অসুম্না মুমিং কয়ানি হৌখি। অত্থবু মরী-মথোঙ অমত্তা ফংদে। চাওখৎলবা মুগ্ন অসিদস্থু মীনা মকম খঙদ্রবা মকম কয়া অমস্থু লৈরম্বা তাই: লাংতক্লবা, খঙনীংবা অমদি মশাবুংবু লাকহন্নীংবগী খৌরাংবনা পোত্থাকম খঙদে সুরেস, নাকল অমরোমদনা মমাগী সেবাদা পোত্থাবা ফংদে। মপুং ফানা তুম্বা ওমহল্লমদ্রি।

শিবা চঙবা থঙদনা কল্লা নারিবা মমাগী নাক্তা লাকপা অতুগা সেবা তৌরবা ফংদে, সুরেসকী মচিন-মনাওদা অহল ওইরবা সুবোল। কল্লিগী ? চাত্নগা কয়া কুইনা হিংতুনা লৈগনি। চাদবসু য়ারম্নবদি ফবনি। হিংনবগীদমক চাগদৌরিবনি। মরক মরক্তা থবক বানা হাজিন্না শুরগা ফংলকপা পৈশাহু পুরগা লাক্লম্বদনি, অনা লাইয়েংনবগীদমক।

\+ + + + +

বাবাচৌ, সুরেসকী মপানি। বারীনবদগী থঙবদি, বাবাচৌ চহি তরামুক্কী মমাংদা য়াম্না কল্লা নাথি। বাবাচৌন অনাবা ওইথিবসি সুরেস অমসুং মচিন-মনাওশিং লোয়না পিক্লিবা মতম্মি। কনবা অমদি মশা ফবদা বাবাচৌ লৈকায়হুদা হায়নন্নিবনি। বাবাচৌনা অনাবা ওইথিবসি কনানসু থাজদে। লাইবক্কী বাবু কনানা তম্বা ঙম্বগে। বাবাচৌ অনাবা লোয়রে। হিংগনি হায়বা কনানসু থাজদ্রে। লৌ-ইশ্লোল মথং মথং কায়থোক্লুনা অরৈবা সম্পত্তি মাঙথিবনি। ফগৎলক্কনি থাজথিদ্রবা বাবাচৌ নাবা ফরকথিরম্মী। হান্নগুম্না মশা-মউ ফনা লৈবদি ওইদ্রে।

\+ + + + +

তাঞ্জা চাদবা হায়বহুনি, ঙাইহাক লৈতনা পাউ চেস্লোক-চেনশিন তৌরম্বা রাজেন, মহাজনগী মী, থবক কনথিবনা থা অমরোমদি ঈ-পাউ ফাওনদবা হায়বহু ওইরুরে। থবক লোয়নশিন্নবা অমা তাল্লকপদগী থবক শুবশিংহু থা'মুক্তি থবক কল্লা শুনথি।

\+ + + + +

বাবাচৌ লাক্লে। মথুক্তগী নঙ্গোহু য়ুমগী মাঙ্গোল কাচিন অমদা থন্নম্মী। লম্বীদগী থঙলকই "কেতুনী নাল্লে"। বালা, বাবাচৌগী মচান্নুপী অভোনবীনি, নুপীসু মথক্তনি নুপা ময়ামগী মরক্তা। বালানা হায়রম্মী— "বাবা লাক্লে। বাবা ঐগী কল্লি"

লৈরকই," মখা তাথরকই, "বাবা বাবাদি অরাংথংবগী অবোকথোয় খুরাহোইনা য়াম্না শাওবনি, লংকৈ চৎলগা মফমস্থু শেংনা তাক্লমদে হায়ছনা ।"

তশেংনমক্তি উথ্রুলগী চীংমুংদা খোং লম্বীদা মুমিৎ নিনিগী খোঙচত্তা চঙলগা লৈবা মফম অমদা ওইখিবননি । পূম্নমক হৌথ্রে, হৌজিক্তি উননীংবা, ফোঙদোক্লীংবা অমদি তাননীংবা আশা অমদি ফংজরে ।

ডাক্তরগী পাউতাক মতুং ইন্না থাঙ থাননবা মতাং য়োরক্লে । হোসপিতাল অসিদা ঈ ফংবা রাই । ঈ দরকার ওই । মাঙজোননা ঈ থিবিয়ু তাকপিখি । কনাস্থু ঈ পীনীংদে । কনামত্তনা ঈ মরিক অমত্তা কথোকপা পামদে । লৈগে হায়রবস্থু হেক ফংবা নত্তে । অতুনা থবকসি তৌদ্রবা য়াদ্রবনি । থবক ঙমদবা য়াদে । বাবাচৌনা থবক শুরুবগী ফংলকপা পৈশাস্থু হৌজিক্তি লেৎইগ্রে । কদায়দগী পৈশানা ঈ, কনানা মতেং পাংলগদোরিবা, করিনো হৌজিক তৌগদৌসিবো, রাথলনা ফুম্বংনৈ বাবাচৌ । রা ঙাংবা থোক্তে । সুরেসস্থু অতুমঙাই মরুপ-মপাং থঙন-চানবা কয়াগী মফমদা ঈগী মতেং নিজরুই । করিমত্তা কান্নদে । মুমিৎ মঙানিগী তরানিগী মতমদা ঙাইশিল্লরুবসিদা কোইথি থি কোইচৎ চৎলি । ঙতুবু ঐগী ওইজবা থিবা সংসারদা করিস্থু কান্নবা ফ খিদে ।

+ + + + +

ঈশ্বরনা তম্বীবা হায়বন্সিমদি সুকয়ামক য়াদবা ঙম্লোই । করম্বা মতমদগী ঈশ্বরবু নীংশিংলকখিবা ! শক-উদবা ঈশ্বরবু করম্না থাজরোইসিদগে ? হিংবা, পুন্সিগী, মতম শাংনা রানা তাম্নজরকপা পোৎশক্তি । মসিমথক ফংগনি থল্লুবদা আশাগী রাংমা লাল্লকদোরবা মতম, মসিনা অরোইবা মীকুপ্পা হায়রগী পুক্লিংদা ফাওরকপা অকনবা ইহুল মতম অতুদা ওইবা য়াবা আশাগী মমি

অমথক্কা অসুম অসুম………। অত্তুদগী, অত্তুদগীদি পেঞ্জবগী মিকুপ থরদং, অত্তুগা থংনবা মিকুপ্তা "ঈশ্বর ইবুংঙো" হায়দুনা হেক চিন্দা শোন্দোকখিবা য়াওখি। বাবাচৌগী বাকমনি। থাজনিঙাইনি।

বাবায়াইমনা চাক খিনবা চৎলমদাই খুদিংগী বালানা হায়রম্মী, "বাবায়াইমা, ডাক্তরদা (হোসপিতালদা) ইমাগী নাক্তা লাক্কে" অত্তুবু করম্না পুবীনি বালাবু ফিভমত্তুদা।

+ + + + +

মুংখিলগী পুং অমা হেল্লক্লম্মী। মফি-মরোল ফজনা শেত্তুনা চঙলক্লগা হায়রকই— "ইমা, কোন্নুং কাং চিংদৌরি য়েংলুগেদো ?" মমানা হায়ফেৎ নোক্তুনা হায়রকই, "হাই, বালা নমা ঐনা থা অনিরোম ফমুংদা তাত্তুনা লৈরগা অমুক্তসু নংদি ইনাক্তা লাক্তুনা ফম্লদবোইরে।" বালানা ইকাইরত্তুনা মকোক মপাদা ফম্লরে। মমানা য়াম্না মুংশিনা মচাবু মনমগন্দা নানবীত্তুনা হায়রকই, "নারিবসিনা অসুম ফৎখিদত্তুনা শিখিবা থোক্লবদি নঙ করি তৌগনি? য়াম্না কপকত্রা ?" "হেরা, বাবায়াইমনা ইমা নাবা ফরক্লে হায়না" হায়ত্তুনা মবুক মথক্তা মখুৎ থম্লক্লে। মমানা মচাগী মখুৎ অত্তু চেজেৎ পায়শিল্লগা তুমিন্না লৈখ্রে। মচাগী মশা শোকচবা ফংবসিদা মৈচাক ঈংথরক্লে। অসুম্না অসুমক মতম শাংনা লেপ্পগে থল্লক্লে। অত্তুবু ভাইহাক্তংগী মন্নুংদা বালা অত্তু মরেঙ মরেঙ চৎলক্লে, কাং চিংবদি ওসাইনা হৌরম্লগনি হায়না থল্লুবদগীদি মবুকন্নুংদা তপথফম থঙলক্ত্রে। মচাগী মপুক্লিং বাবদগী মমানা মপুক্তা নোক্লিংলত্তুনা হায়রকই, "ফরে চৎচখ্রো, য়েংলুরো, অত্তুগা পংথেঙ থেঙলকন্নুকো।"

"কুইরোই ইমা, হুজিক হেক্তা হল্লকনি" হায়ত্তুনা বালানা ইমুংদগী থোকখ্রে। অত্তুগা মিনিট অনিগী মতুংদা অমুক

হন্জিল্লকুনা হায়রকই "ইমা বা অমা হায়গেনা ?" মমানা নোকুনা হায়রকই "লুপা পীয়ু হায়বা নত্রা ?" চৎলু, ফক্ল'ং ঊপুগী থাক অসিদা লৈবনি লৌরু, য়েংঙোই য়াম্নদি লৌখিল্লুকো ।"

বালানা হরাউজবনা মথোই কাহ্নুনা মমিৎ ফাক্তোক্লুনা হায়রকই— "ইথস্তা চৎপা লায়না ঙমগনি । এনা গোবিন্দদা পূজা কৎলুগনি, পূজাগী লৈ, হৈ অমুনবা অচুগা প্রসাদি পুরক্লবা হোৎনগনি । মচু হেক চাবদা অনাবা পূমক ফগদোরিবনি । ইমা, লুজিকমক চৎলুগেমি, হা ?" কেতুকীনা উরে, মহাক চৎনীঙবনা লোইরে ।

হন্দক্তি কেতুগীগী মমিৎ অনিমক্তগী ঈফুৎকুপ্পা পি চেম্থরক্লে । মহাক্না য়াম্না শেংনা উরে উপায় লৈজত্রবা লমজা অমদোনা মমাগী মফমদা ঙহাক্তং হরাও-হরাও লৈজনীংবনা পোৎনীবা অমগুম্না করি করিনো তৌহুনা কোয়না চৎচরি ।

\+ \+ \+ \+ \+

ঙসিদি সুরেস য়াম্না হৈনীংই । মী অয়াম্বা হোৗগৎনদ্রি । অঙনবা অয়ুক্লি । নোংচুপ থংব, মায়কৈদদি অমুবা নোংগী মপৈনা শন্দোকখ্রি । ঙহাক্তংগী মমুংদা অতিয়া শীনবা থুংনা অমুবা নোংগী মপৈনা কূপথ্রে ।" সুরেসনা মমানা হিপ্লিবা কাঞ্চ-লুকখানচিংবা বাই শিংপা হৌই । কোল-লিক ফেংনবা, ফিয়োল শুনবা, চাক থোংনবা থবক মথং মথং লোইশন্নীংবনা সুরেসকী বাখলদা অরাবা পূমকাও কাওথোকখ্রবগুম্লমী ।

অয়ুক্তগী থোকখ্রগা মুমিৎ য়ুংবা ফাওবা হল্লক্রবদা মথস্তা লৈহৌরিবা মমানা সুরেসপু কৈদৌথ্রবনো হায়দুনা মপুক্লিংদা লাংতক্লুরহুনা অনাবগী কমুংদগী হৌগৎলি । তপ্লি তপ্লি থোক্লকই মঙম শান্দে । মচা সুরেসকী নাক্তা য়োনীংবনা পুক্লিং ফাথবা ঙমলক্তে । তোতি মখোঙদা মচানা ফি শুরিবা, কোল-লিক

ফেংবহু উরুরগা লাওরকই, মাঙ্গোলদগী "হায়, সুরেস নোংনা পূমচোৎ চোৎলেনেহে, নোং মরক অহুদা কৈদৌরিবনো, বায়মগনি লাকও লাকও, নোং হাংলগা তৌবা য়াবসিবু।"

নোংনা ইচোৎ চোৎলবা মরক্তুদা অমুক লাওরকই সুরেসনা "ইমা, ইমা ডাক্তরনা ইমা নাবা ফরে, হয়েংদগী য়ুমদা চৎচরো হায়না তাকপীবহু কাউরব্রা।"

"ভরাং ডাক্তরগী বাহৈহু তাবদা ইচা সুরেসতি নোংঙানবা ঙাইবা ঙম্মনব্রবনিদনা," কেতুকীনা মচিন্দা তপ্পা শোল্লকই "অহুগা সুঙাইরহুনা অরা-অনা কাউবমথৈ থবক লোয়শিন্নবা হোৎনজরিবনি।"

মমান্নবশিংনা মনীং তম্না অশংবা নাপীগী লম্পাক্তা শান্ন-রমগনি, লাইরিক খাও য়ান্দুনা লাইরিক তম্বা চৎলমগনি, মখোয় মখোয়গী অপাম্বশিং তানবদা মমা মপা ঙইবশিংদা নাওল্পি শাজরমগনি। মানা অস্নুম ফিগু ফিজাম তৌহুনা লৈরবা অহুগা অস্নুম্না লেল্লবনিকো হোসপিতাল অসিদা।

তাঞ্জাসিদা লাওরকই সুরেসনা "ইমা চঙবীরম্মো, নোং হাইজিল্লক্লনি, খোঙ অমুক ইংলনি।"

"ফরে ফরে লোইশিল্লোকো, ইমা চঙলম্নগে" কেতুকীনা অস্নুম্না মচাগী পাউথুম পীরবা তুংদা মচাগী মতৌহু কুইনা য়েংহুনা লৈঙম্নক্লে, মমায় লৈথোকতুনা মপি তৈথোকখিরম্মী। উপাই লৈজব্রবা অঙাংদৌনা, সুরেসনা অস্নুম্না লেল্লবনিকো হোসপিতাল অসিদা।

# নীংশিংলুবদা

থৌবালদা পোষ্টিং তাত্নুনা লৈরকপা চহি মরি কাজিল্লক-দোরে। যুমদি ইম্ফালগী মন্নুং চন্না লৈবা মফম, শিংজমৈদগীনি। মরক মরক্তা যুমদগীসু কাথোক-কাশিল তৌই ওফিস। অদুগা নোংমা নিনিনা থৌবালদা লৈবা ওফিসকী কাটরদা লৈথোকপসু য়াওই। য়াওশং নকশিল্লক্লবা মতমনি। ঐসু য়াওশংগী ছুতি কংলত্নুনা থৌবালদগী ওফিস কুম্লকই।

মতমত্তু নুমিদাংবাইরম ওইশিল্লক্লে। নোংচুপ থংবা চীংমায়দা নুমিৎনা মঙাল ঈশি শিনা চীং মরুমদা লুপথখিগদবগী লাক্লরক্লে। ঐসু ইযুম মাম্নকৈ পাংনবা হোৎনরক্লম্মী। ঐনা গুম পুন্সিগী হৌপ্রবা থৌদোকশিং নীংশিংলকই। হয়েংসি য়াওশংনিকো থল্লুবদা ইথত্তা বারী শারিডৈদা ড্রাইভরনা "সার, য়ুম য়োরে" হায়রগা কারগী থোং অদু হাংদোক্লগা ঐ থোক্লকপা ডাইত্নুনা লৈরম্মী। ঐদি রাথল অমদগী ওফিসতগী য়ুম য়োবা খঙহৌদ্রেদনা, হায়রগা কুমথরক্লে।



বর নুমিৎনি। ঐনা মাবু ডাইরি। নুমিৎসু চীংগী চীং-দোলদা মঙাল শন্দোরক্লে। ঐসু ঐগী লৈজবা শেং-চারত্নুনা অয়ুক অঙনবদগী শাজেল তৌরত্নুনা লাকখিবনি। হায়নখিবা মতমগী হায়রুরবদি মহাক থোক্লকপা য়ারবনি অদুবু থোক্লক্তি, ঐ অসুমক ডাইরি।

—কয়াম কুইরে, মফমসিদা লৈরম্বা, ঐদি ঐথোয় তাচোদো চত্থোকখিবা 'ডাইবদা থরা থেঙদোকখ্রে, শাওরম্মনি।

—ঐদি চৎলুগেবু তৌরম্মবনি, অদুদা হয়েং থুংদা করিসু লৈত্তবদা বা মথক থুংখিনি থনবদা ভসিদি পুরা ভাইরগে হায়মুদ্দা ভাইরম্মবনি।

—হৈরীবে হাই, ঐনা হেন্না থোরক্লীংলিপোৎনি ; য়াদদুনা তৌরিবনি হায়রেদনা, বাঙাংকাদি পুক্লিংদা মুলোম লৈনা ভাংবকা মাল্লিনে।

ঐনা বাৱী অমরোমদা পুথোক্লবা লাক্লে।

— ফরেনে, হোরেনবু নহাক করি করি নীরক্কদৌরিগে, মতু হান্না থম্নহৌসিনে। বর খুরম্বনি হায়রগা বর নীদ্রবদি করিকাম্নগদগে ?

—অদোমদি

—ঐনা হংলগা মানা অমুক ওনথৎলকই, হৌরিবা বিনা, পংহৌ হৌজমু।

অদুদগী ঐথোয়নি পুম্না নোকমিম্নখি।

বিনানা ঐগী সাইকল মনিংদা তোংলমই। বারী কয়া শাম্নখি। বর লাই খুরুমবা হল্লকপদদি, ঐনা হৌদোকই

—করি করি বর নীরকই বিনা

—মুংশিব্রা অসিবু বানেনা ভাংলিসিবু

—অশেংবা হংবসিসু য়াদবোইরে।

মাদি য়াদে। অদুবু ঐনা নমদুনা হোটেলদা পুশিল্লে। চানবা অঙৌবা ওর্দর তৌখি। মহাক চাও য়াখিদে। ঐনা থেমই, য়াখিদে। অহানবা ওইখিবদুদা ইকাইখিবনি। মদুনা মহাক চাদবনি। চাবা লোইশিল্লদুনা থোক্লমদাইদসু মানা কুন চৎপীদু পিশক পিক্লা থুপচল্লগা নারোন্দা ঐভোন্দা পীরকই। বাদি – হোটেলগী পৈশা সিদগী পীরম্লো হায়বনি। মসি মাগী ইঙ্গিৎতনি।

লমশাং চৎপগী বারবা মতমদুদা ঐনা হায় "সাইকলসি

নহাক অমুক থো," মা য়াদে। ফনা য়াম্না য়েংনৈ। মমৈথংদা যারে। মানা থোই, ঐনা মনিংদা তোংই। মাগী শম্লাংনা ঐগী মায়দা তাই। মুংশিং মাইরমদা মাগী শম্লাংনা ঐগী মায় ঙাওহনখি। অদুগা করিগুম্বদা মাগী থবাক্কী অতোওবদু শেগ্রাক কারক ফাওনা য়েংলুরি।

× × ×

মা ফমই। ঐ লোংনা হিপই। ঐগী কোক মাগী কৈবাক্তা লৈ। মিকুপ থরগী তুংদা মাগী মায়থোং নোম্বরকই, চুপই—থবাক, থজাই অদুদগী চিনগা-চিনগা, মতুনা সিমিত্রিদা।

× × ×

নোংমসু ঐদি য়াম্না হৈনীংদে মুমিত্তু। চৎলি লাই থুরুম্বা মহাবলিদা। লাইশঙ চঙলমদাই য়োবগা থোংউপ থম্বদু ইচাই চাইনা লৈবদু মাগী নৌরবা খুৎশাদুনা ঐগী-মাগী পুম্না শেমজিন-শাজিন্দুনা থমই। অদুদগী লাইশঙ মমুংদসু ঐনা পৈশা পুথোক্কে হোৎনরিভৈ, মানা হায়— ঐঙোন্দা অচোইবা য়াওরিযে — মোমোন মিনোকখি, ঐগী মতো মাগী মতো। খল্লি ঐখোয় থোইনা কোইনদ্রে। তম্বরবা ঐগী পুক্নিংদা বিনানা আশা পিবিখি।

মা-ঐগী বাবীদা, নোংমসু নোং য়াম্না তাবা মুমিৎ থোকখি। মখোয়গী মনাক্কী হোটেলদা ঐনা নোং থুপ্তুনা লৈখি। মুমিৎ তাগ্রদুনা অসুম মমশিল্লকখি। নোং পাক হাংদে। খন্নে, নোং চোৎলসু চোৎচরসনু হেক্তা চৎগ্রসিরা, অসুম্না থম্নরিভৈদা চহি মঙামুক্কী অঙাং অমা থোরক্লগা হায়রকই, "ছাটিনসি পুগ্রোয়ে" অদুগা ছাতিন্দু ঐখোয়দা লানশিল্লকই। ঐনা হংই, (ঙকই, অদুবু কুইনা ঙক্তে) "কনানা পীরকইনো" অঙাংদুনা মমিত্তু লাওথোক্লগা মচিন্দু পৈথোক্লগা "চোই অসিবু থঙদমাল্লে"—হো অদুবুরো............।"

বিনা লাইরবা ইমুংদগী হৌরকই।" তেরা বাজারদগীনি। খুঙংগী লম অমদা মহৈ মশিংগী মঙাল থোইদোক্না কংহৌত্রবী, মমা লুপ্রাবীগী মচানুপী অহলনি। য়াওশঙগী অহানবা পুনিমা মুমিত্তা থাবল চোংকম অমদা শকথঙনখিবনি।

শরৎ ইবানি মোংমা বর মতুং থা মখায়মুক লৈরগা চৎলুই, বিনাহোয়দা। অসুম্না কি শেংলহনা য়াম্না চয়বা কিজেৎ, লৈতেং য়াওত্রবা কিজেংকা লোয়নরবা মাগী শকফম্নি। মহু ম্নেংবদা ঐনা পেঞ্জরমই। ঐখোয় অসুম লাকপনা বিনাহোয়দগী থোঙাল তরা/কুনলোম হেন্দোরকলম্মী। সাইকল ইলম্মী ঐখোয়। "তা-সুনিলনা চৎলসি নংগী বা মঙায়রে হায়রবনি।" শরৎনা বা হৌদোরকই। বিনানা নোকফেৎ তৌরগা পাউখুম্লকই— হায়বৈনি, শোয়দনমক্কী হায়রম্মনি; ঐদি নহাক্না মঙোন্দা হৌ-দোকচরবনি, মানা য়াজদবগী বা মঙায়রবনি, তা-সুনিলহোয়দি ......থঙদেদা মীগী পুক্নিংগী বাবু কনানা থঙবগে" মহু তারগা শরৎনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লকই, "ভাই-সুনিল নংসু পাঙমন্দ্রবা হায়বহনি, মীগীদি তশেং তশেংনা থুমলকই, নংগীনা বাসিবু ঈহৌ হৌদোরদ্রিসিবু করিগীনো?" অদুগা ঐখোয় পুন্না নোকমিন্নখি। অসুম্না হৌখি মুমিত্তুমা, ফাগি-জুগাই তৌহনা।

থা অহুম্লোম হেল্লক্লে, বিনাহোয়দা চৎখিদবা মরমদি, ঐসু থবক অমতং ফংনবা হায়তুনা মী উনবা চৎলি। যুমদা ঙহাক্তা লৈবা শংজদে।

× × ×

—চংঙকউ, চংঙকউ মমুংদা চংঙকউ

—সিদা য়াওরিবসিনা কনা, সিনা নংগা থঙনবরা, সিনা মমিং অহু কৌবরা?

—অহুনা থুরানি, অহুগী ওফিসতা তৌবহনা মামনি, অদুগীনা

ইলেন্নি, মথা থংবশীহুনা সেক্রেটরিনি, মনিংশীহুনা চেয়ারমেন্নি ; অমহুনা ওফিসারনি, অতুনা মিখিইর বরজোদা লৈবনি।

—হঁয়ে, নং হয়েং পোত্তু পুররক্লো, মতমদি পুং অমতা, য়ারেদনা। হায়রিবা লৈশাগি তঙাইফদবনি, নংগী অকৌসি তাবগা ঐস্থ ফুংঙাইতে, য়াম্নব তঙাইফদ্রবা অচুতং হায়রবনি, অতুনা অতুগী সার্টিফিকেৎ অতুগী কার্দ অদাগী কার্দ, কোতোনচিংরা পুররক্তে।

—হরি তামো, চৌরক্লগে।

× × ×

—কৈদৌরে নং লাক্কুবদি, ঐনা নংগীদমক্তা হায়বীরগা।

—তামো পোত্তু তক্লাত্তহুনা তৌরিবনি।

—হৌজিকপু পুথক্ররব্রা ?

—পুখরক্তে

—অতুদি হোরেন মুংখিল লাকও, ঐ ঙাইরম্লগে, নংবু মুংশিহুনা হায়রবনি।

—হরে তামো।

× × ×

—ইমাগি কৈদৌরি

—শোক্লে

—কচিদগী ওইখিবনো, অক্লপ ওইরবরা ?

—য়াম্না কন্না নাখিবদগীনি। হোসপিতালদা কুইনা লৈক্লে। লৌ-শিং লোইনা তুমখ্রে

—পাজিদি ?

—পাজিদি, ইমাগী মতেং, অনাবা সেবাদা ঈ পীথোকখিবদগী চিবেৎ চিবেৎ নাহুনা য়াম্না শোক্লে ; কন্নিমক্তা শুবা চৎপা ঙমক্রে।

—ইচিন-ইনাও কয়া শুই ?
—মাপন
—নংনা কয়া শুবনো ?
—অহুমনি ।

× × ×

থা মরি কাগদৌরে, বিনাহোয়দা চংখিদবা। ওসিদি বিনা হোয়দা চংকে খল্লহুনা বিনা উনবা চংলি। পুক্কিংদা খল্লি, বিনা য়াম্না বাম্নৌরম্লগনি। বাথল শেররাম্রস্থ খল্লমগনি। মঙোন্দা য়াক্নম অমত্তং হৌদোকে হায়নদ্রি খল্লি, অহুবু মহাক কমদৌরমগদগে, মগ্নিনা থোইনা লুবা অমমুক ওইররে।

বিনাহোয়গী থোঙ্গাল য়োরে। লৈকাইগী অঙাং অমা থাহুনা ঐ লাকই খঙহনথি। ফনা কুইনা থোক্লক্কে। ঐ খল্লে, মহাক শোয়দনা শাওরম্লগনি। হোয়নি মায়নি হায়দহুনা থা অহুম/মরিয়োম মঙোন্দা পাউ অমত্তা থাদনা লৈথোক্লিবসিস্থ ঐগীস্থ অশোয়বা থরা লৈকম থোকই। পুং অহুম হেম্না ঙাইরক্লাওবদা মহাক থোক্লক্কে। মমশিল্লক্লে; খল্লি, ফরে চংলগে মহাক শাওবা ফয়বা কান্দা লাক্লগে, অহুগা অশেংবা পুম্নমক মঙোন্দা তম্লগে হায়হুনা মায় লৈহুনা সাইকল তোংখংকে ঙৌবমক্তুদা অঙা হুনা ইনাক্তা পরপ পরপ চেনশিল্লক্লগা হায়রকই, "তা-সুনিল, ইচে বিনানা হয়েং লাকওএ, ওসিদি কোক য়াম্না চিক্লে, থোক্লকপা ঙম্মরোই হায়রকই।" ঐনা অঙাং অহুদা মিথাই অমা লৈরগা পীরম্মী, অহুগা ঐনা হায়রম্মী— "হয়েং ঐ পুং ৩দা লাকনি হায়য়ুকো।"

ঙাইঙমহনা অহিংহুমা হৌথি।
হেক য়েংরদা মচু থোকপা, মশা নানবা হায়বহুমক থোক্তুগস্থ ঐনা ঐগী লৈজবা ফি-য়োলহু ফজনা পুদৌক-চামথোকলে,

কোনয়াই তকুনা শেংলহুনা চৎলি। খল্লি, করিগুম্বা থোক্লক্লবদি মহাক তশেংনা নারে; থোক্লক্লগনা ঝারৌখিবগী প্রমান ওইকম থোকই। অমা ওইরে অমা ওইরে অস্তুম খল্লিদৈদা বিনাথোয়গী থোঙাল হেন্দোরক্লে। ঐ ঙহাক লেপ্লী, বিনা থোক্লকই। তশেংনমক্তি মহাক ঐবু ঙসিদি ঙাইরকথিবা কুইরে হায়বসিদি মহাক্কী মতৌদগী খঙখি। য়েং-ওই চৎমিন্নৈ, ফনা শাংনা লম্বীহুদা ঝা ঙাংনরমদে। ঐ খঙলে, বিনা শাওরে। মাস্তু খল্লমগনি, ঐ শাওরে। মাগী মাগী অচুম্বা অহুনা ঙল্লে হায়হুনা ঝাহং কয়া তৌনৈ, পাউথুম কয়া পীনৈ, থম্মোয়না থম্মোয়দা। খুদোংচাবসি মাঙ-হনবা, ফত্তে, হৌখিবনা হৌগ্রবস্তু, পুক্লিং ক্ষাথহুনা ঐনা ঝা হৌদোকই।

—বিনা

খুমদে অমুকস্তু কৌই।

—বিনা

হন্দক্লিমুক্তি শাওরপ্পা

—হায়নীংবা ঝাহুতমক হায়বীরকউ

—শাওরমাল্লে

—করিগী শাওদেনা, নহান নোংমস্তু পাউ চেঞ্জখিবনি, শরথীবী লাইরবী, লাইরিক-লাইশু তমহুনা মীগা মীমাম্নহৌদ্রবীনিনা ঐথোয়গী ঝানা করিবু কান্নগদগে, কৈদা অদোমস্তু অপাম্বা অমা থন্দুনা চৎখিবদা থোইখা-লিনখা থাবীদনা হেক্কা তম্বীয়ু কৈদোবগে; ঐথোয়দবু করি অমুক চিংনবা কৈলহুনা, লাকল্লা হায়হুনা তামোবু ফনা কুইনা ঙাইজরম্মী, অবাং থংবগী ইনে-হোয়গী পোৎফ-দা, অহুবু কৈদৌনি— হোয়দা ঝা হৌদোক-লুহিবসি অপঙবী ঐগী ইরাললনিদা……… ! অসিনচিংবা মরি মরি শমথরকই।

তামো-ব্রোজেনখোয় লাক্লম্মী, নংনদি খঙলরোই। ঐদি মখোয় লাকপহু মিং নাবনা মশক্ক য়েংনীংদবনা থারে। মখোয়না অস্থিরকা হায়, "অহুদা কোইকপি, মিত্তাও-নাতাও" ঐনা হায়খ্রবনি, হৌজিক্তি কয়া নাইত্তে চায়রোই, য়াম্না রারৌরগা? অসিনচিংবা হায়বদগী মখোয় লাকখিদ্রবনি। ফরে, তামো ঐগা ইমাগদা খঙনবা লোম্না তুমিন্না খল্লা (ঐ পাওদি তারবনি, বিনা অতোপ্পগা মরী লৈনৈ হায়রবসি, ঐসু পুক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইখিদবা মতাং মায়োক্লহুনা লৈরিবনি, পাওসি তাবদগী) ম্না শাদোক্কবা খরদি লৈ। মথং থাসিগী পুর্নিমাদা লুপা লিশীং মঙাগী মরুপ অমসু ফংগনি। খবক্লুগীদমক তামোনা শিজিন্ন-বীখ্রো, মতেং খরদা ওইরবসু তামোগী মায় পাক্লবগী লম্বীদা ঐগীদি য়াম্না নুংঙাইজরবনি। তামোনা য়াইফবা ঐগীসু অফবনি।

–করিনো বিনা, নংনা ঙাংলিবহুবো, মহু ইমুং-মনুংনা খঙলক্লগা নঙোন্দা তারকদবা মীচৈংহু নহাক থাঙবা ওমগদরা?

–তামো ইমাখক্তমক খঙবনি, ইমাগী বাদি ঐনা থোকপা ঙাংনজরগে, ইমানবু হায়দোক্ক্রবদি, হায়রিবসি থা অহুম্নোমদি করিসু খঙহন্দনা লৈবা ওমগনি। করিগুম্বা মঙং অমদগী মরকসিদা খঙলক্লবসু তামোগী থবকী ফল খঙবা ফাওবদং থাওহুনা লৈবা ওমগনি।

–বিনা, নঙোন্দা তাগদবা মীচৈদো ঐহাক পামদে, ঐগী থম্মোয়না পামদে, রাকমসি হৌদোক্ল্রবসি মৈচাক হাপকৎনবা, পুক্লিং বাইচিন্নবনি, হৌদোক্লমদবনা ফবনি। লাইরবা ওইখিরসিদা পোৎথাকম খঙজ্রবা পুক্লিং অমথক থায়রুরিবখি য়াম্না......।

–থাজবিদ্রবনিনা হৌজিক্তি তামোনা অপাম্বা অমা তাকশিন্নু। ঐগীদি সিদগী করি হেন্না হায়খো হায়রিবনো।

—বিনা, নহাক্না অহুম্না হায়রবা।

ঐনা বিনাগী মায়খোং থাজদ ওনশিন্দুনা য়েংলুবদদি মিৎম্না থম্বালদা পিগী ঈরিক্না চেম্বনীং চেম্বনীং তৌবমথৈ বানা খাঙহুনা লৈরম্লে। মায়খোং লুকথম্লে। ভুংলোমদা তারম্বা শম্লাংনা মাংলোমদা তাখিহুনা মায়খোং থাজ শম্লাং লৈচিলনা থনখ্রে। ঐনা চোইনা তারবা শম্লাংশিং খোমগৎপিরগা—

—ফল্লে, বিনা অহুম্না তৌগদবা নত্তে, নহাক্না অহুম্না তৌরগা নহাকপু হুন্দোক্নুনা কয়ম্না চৎকনি, থম্মোয়গী মৈচাক্নমক ওইরোইদবরা; সে, তোক্লো নত্তৌ য়েংগে তৌবনি।

বিনা হেম্না মপুক্লিং হুংশিরমাল্লে, তামো হায়না কৌরগা চেজেৎ কোনশিল্লকই, মী তাদ্রবা লম্ফাংগী শম্বল্লে মরুমহৃদা।

× × ×

—তাদবু লৈব্রা

—লৈতে, ঐঙোন্দা শিম্নরম্বা য়ারোইদ্রা

—ঐ মশামক উম্নবদি পাম্বনি, মহাক উম্নবসি য়াম্না লুপ্রে, য়াম্না তোয়না লাকচরে, লাকপদা মশিং খণ্ড্রে। অহুমকপু লুপা অম্মুক্তি থমজরম্লগে, তাম্মোনদি লুপা অম্মুক হায়বনি, সিফাওবা লৈতহুনা মীঙোন্দগী পুরক্লবনি, বাংলিবা শরুক অসি কোম্না হাপচিক্করগে তম্বীয়ু।

× × ×

—তাদবু—।

—লৈতেনে, Calcutta Conclave চৎখি, হুমিৎ তরানিমুক্তি হল্লকখিরোই।

× × ×

—তামো

—ইহে, নংগা বারী শাদ্রৌ লৈ, চা থকখিসি, ক্না চাখিসি।

য়ায়ী লী, হৌঞবা থোদোকশিং, থেম্জিল্লি। মুমিত্তু বিনানা ঐঙোন্দা চিঠি অমা শীরকখি।

.........তামো লাকনি হায়দুনা টিকেট ককশিন্দুনা থমই। তামোদি লাকখিদে। ফয়ে মাঙজগ্রসনু, পৈশা অমদি মতম, ইপুকথোক্নী লাঙজরুবসি য়াখঙদবা ঐনত' অয়ানবা ওইজহৌরবনি। ঐ ইথয়তা ইকায়জবা ওইয়বদি থোইদোক্কে, ইমায়বীশিংগী মমাংদদি মায় থমফম লৈখিদে......।

চিঠিদু হঞ্জিল হঞ্জিল পারি। য়াখলনা উংলি। ইমানা চাক তাক্লরবা মতমদতা খঙই।

চুমই ঐনা টিকেট কক্লম্মু হায়রম্মী। নাতৈ অমা চাদবদগী ঐ গ্রামা য়েংবস্থ চংখিদে। মানা হায়খিবা অমা লৈ— থম্মোয় শেংবা অচম্বা থম্মোয় অহুতবু পামজরুবা ঐনা লাল্লবনি। কনাস্থ অফবা পামদবা লৈতে; ফজবা পামই, মুংঙাইবা পামই, মাগী মাগী চানবা মতিক চাবা হায়বসি মী থুদিংমক থিনবা ঙাক্লি। মতিক-মপা চাদনা তামোখোয় থেংনরুবা লাইবক থীবী, থাজগনবী থম্মোয়না ইয়াল ওইজহৌরগে, তামোখোয়গী অনীঙবা লম্বীদা থুয়ৌ চেম্বনি।"

× × ×

—তাদবু লৈবীব্রা ?

—মহাক হৌজিক্তা লাক্লম্বনি, নংগী মরোলছু তমগে।

× × ×

—তাদবু ঙসিগী লাক্লম্বরা ?

—লাক্তি লাক্লম্বনি, ঐনদি হায়গ্রবনি।

× × ×

—তাদবু উবিব্রা ?

—খঙদেনে, ঙহাক্তা লৈরমদে, অহুগীনি অদাগীনি য়াম্না চংলি।

নোংমনি বিনা উমবা চৎলম্মী। —গুসিদি রিনাদা হায়গদবা বাকমসি য়াম্না হায়নীংদম। হায়গদবা অদুগা ইকাই-ইকি বাংমা লাম্না থম্মোয়গী অশেংবা মশক্তা কদায় ফাওবা ওইরিবা হায়বত্তুগী পুক্লিংদা অকনবা ইফুল ফাওরকখিবনি।

—বিনা ঐ গুসিদি বা অমা হায়গে খল্লি, অত্তুবু।

—অত্তুবু কৈদৌরবা?

—হায়গদবা বাকমসি ঐ ইথক্তগী থম্মোয়দা, বাখলদা ফনা য়াম্না হজিল হজিল নৈনরে। গুসিদি নহাক্কী নফমদা বা অসি হায়দোক্কদৌবা ওইনা খল্লুবদা নহাক্তা ঐবুসু শাওখিবত্তুদা......। ফরে, হৌজিক্তি নহাক থোইনা শাওনীংলম্লরোই। বাখলনা উংত্থনা অহিং কয়া হৌখি। অয়ুক মুংথিল কয়াসু মফম মরাং খঙদনা চরাংননা হৌখি।

—হায়নীংবা বাবু লোত্থুনা অদোমনা য়াম্না বাহনগদৌ শরুক ঐগোম্মসু বাকমত্তুতং ফোঙদোকপদা করিগী চিংনবা থম্মীরিবনো? অদোমদি মুপানি, মুপাগী থম্মোয় হায়বসিদি .....।

—বিমা, ঐনা পম্লীংবদি হন্দক্কী থবক্কী মতাংসিদা ঐহাক হায়ফম খঙদবা বাখল অমথক্তা লাকহৎলে। থনগদৌবা মী মশিংসু লৌগদবা মশিংদগী হেম্না পরিক্ষা অত্তু ওম্লগ্রে। শুপশোই শোয়দনা মায় পাক্লগনি, অত্তুবু পৈশা পীজবগী বা অমা মহৈ মহৈ অমসু অমসু শন্নরকপসিদা ঐ অবাবা ওইরে। মায় পাকত্রা হায়বসি য়াম্না কম্না থম্মোয়দা হংবা হৌরক্লি। লৈতাত্রবা পুক্লিংগী চনীং তাত্রবা শুর অমথক তত্তনা হোল্লি। ঐ ইহৈ হৈনীংগ্রে। হৌজিক্তি মিৎসিদা মী পুম্নমক য়েক্কবা ওইনা উরে। ঐসু নহাক্কী নফমদা পুক্লিংগী অপাম্বা, থম্মোয় পাউদম্নগদবসি.........।

—তামো, বারেম তৌরমুসি, কাম্নদে, 'নহান নোংমসু

সে, অদুনা ছুকান্দা শিন্নরম্মু। পান ছুকানগী ইনেদা চে-চাং থম্লবনি, মদুগা পুপ্রো। ফাইলদি থাদোকপ্রবনি ওসি হয়েংসিদা খওলবা য়াই। করিনো নংনা খল্লিববো নংগীদমক্তা চেনবীরগা, য়ারগদি অবাংপদু ওসি পুরকউ। পোংশক্তু শুপ্রবদি নহাক ফংলগদবনি।

— ফনি, য়োৌজরগে তামো।

× × ×

হন্দক মরকসি বিনাগা য়াম্না তোয়না সিনেমা য়েংখৎলকপা অমা তৌরি। ঐখোয় মরি নত্রগা মণ্ডাদি হেক হেক পুনশিন্নদুনা য়েংলে।

নুমিত্তমদি মাগা ঐগতনি। সিনেমা হোল মমুংদনি। বেলকোনিগী ওইগী মতাই থংলে। বিনা কাচিন্দা তারে। থাজখিদে, পুম্নমক ওকই। লাইনক্তা তম্বনি। য়াম্নম্ন নুংঙাইখি। সিনেমা ফিলম তাবা মতুং মিনিট তরামুক হৌখিরম্মী। মহাক্তি মনিত্তু কুপ্পনা য়েংলম্মী, সিনেমাদুদা। ঐনা হংই—

— নুংঙাইবরা

—উম (অমম্বদুদা মহাক নোকখি)

ঐদি হৌরে, খোঙবীসিনা মাগী খোঙগী খুনিঙদা তক্ তক্ থেংই। অদুগা করিগুম্বদা তরুদুনা লৈ। মমৈথংদদি শাওনীং-লমাল্লে। মাগী খোঙদু দক্ লাওনা বাংনা থাঙ্গৎলগা থাদে। মখোল থোকই, ফনা ফজনা, হৌরপ্পা। থংনবদা ফমলিবা ভদ্রলোকশিংদু হায়ফেৎ ঐভোন্দা য়েংলকখিমাল্লে। অদুবু সিনেমা মতাংদু বারী মতাং নুংঙাইখৎলকপা মতাংনি। মিৎ-না চোইদনা য়েংনরকপা মতাংনি। অদুনা ঐখোয়দা কুইনা ওনশিল্লক্তে। থুনা লৈথোক্লখি। সিনেমাদুদা পুক্লিং থম্নখি।

হন্দকমুক্তি থুং ওয়সি তপ্পা তপ্পা খিংজিল্লি, নাকল্লোমদগী। মিৎ অদু মিকুপ অমফাওবা চোইদমথৈ য়েংই। করিগুম্বদা

সিনেমাগী মৈঙালনা উহল্লকই, তুমহুনা লৈজরিবা অপোম্বা লৈগুম ওইরিবা থবাক, হুমজিল্লি ফুরিং মমুংদা, অহানবদা থেংনৈ, মমুংগী মরোল অমা, খওলে, থাখুমফিনি। মহুগীসু অমুক মমুং য়ৌনা। মিহুলদি দিং দিং লাওবা হৌগৎলকই। তিনসু হুরাল্লগা য়োংনবা লাক্লে। খুৎসি হৌজিক্তি ভাবনা শাজিন্দুনা য়েংবদা থবাক্কী অপোম্বহুগী মথক্তা ফজনা লৈরে। থম্বদনি করিমত্তা লেওদে। মুংশা শর কম্না হোন্দে। মৈশাগী চাং অসুম হেঙ্গৎলকই। মিকুপ থরগী তুংদসু করিমত্তা হায়রক্তে। খল্লি— য়ারেদনা। অহুদগীদি মহুন্না তৌবহু ফাথবা ওয়াক্তবদগী থাখুম ফিহু মথক্তা খুৎশানা ইনথৎলগা নোইবা হৌরুই। থিঙ্গৎলম্বা পল নমথায়হুনা চেম্বরকপা শাফু কল্লবা ঈচেলগুম কন্থি ফুদোক্লা খুৎশা মঙাহুনা ওন-থোইহুনা শান্নরুই, থবাক্কী অপোম্বা অমদি নিংঙোলগী থোংলবা শরুকশিংদা। ঐ খওলে Exit থারিবা থোঙশিংগী পুনা চিং-থিবহুনা Interval থাদোরে হায়বসি। শকফম হনজিল্লি।

Interval মতুংনি। সেম লৈরগা পুশিল্লি। অহানবদা চাও য়াদে অহুবু নমহুনা পীজরে। য়াদবা তৌখিদে। হুন্দক্তি ফৈরু অনিগী কারক্তা লোৎলিবা অমোনবা থোৎ থোৎ লাওবা অহু পায়গে খল্লি। কুইদে হুমজিল্লি, ফনেক মমুংহুদা, তপ্পা তপ্পা। মাসু মাগী পামজবহু থোক্লমাল্লে, ফৈরু অনিহু খজিক্তং কাক্লপ ফিভমদা লৈগ্রে। করি হায়নি, হাক্চবদা খুৎ থাজম্বগুম্বনি। নোই নোইহুনা শান্নরুই। তিন য়োংলি, লোম্না। মাগীসু মখুৎ য়েত্তু ঐগী ফৈবাক্তা থমই। ঐ খল্লে, মাসু লাকশিনবা মাত্রবজাৎনি। চেন ফলাই চিংথরগা মখুত্তু চিংশিনবী। অহুগা পায়হল্লি, ঐগী মক্রোং, মুংশিং-মুংশা কয়া চাত্রবা মফমহু।

নোংমদি বিনাবু কা অমদা পুশিল্লি। ঐনা ফমুংদা ফমই। মানা নাকলদা চৌক্রি অমদা ফমই। ঐনা মা হৌই—

—বিনা

—কৈনো

—বা অমা হংগে ঙসিদি

মমায় ওস্থোকখি, বিনা, ঐদি নোকই পুক্ক্ংদা, মথোক খুমদে, মখা তাথে।

—ঐবু থাজবিবরা

—মাগীদি হৌরকএ-তু

ঐ মাগী মখুৎ অনিদু ঐগী ওইসিনা কপ্পা ফাজিল্লি, তুংলোমদনি। হায়রকই—

—সে, থাদোকও

অদুবু ঐনদি থাদোক্কে। মহৌশাগুম শাদৈ, মাগী লৈগুম পোম্লিবা থবাক। খল্লি, মথাসু শাম্নগে। অদুবু মসিমদি মহাক্না য়াম্না চেকশিন্না, লুনা তৌজদুনা থম্লি। ঐগী মিৎয়েংদগী থঙজমাল্লে, মহাক্না মহাক্কী কৈরু অনি অদু কপ্পা লোনশিন্দুনা থমখি। মহাক্না হায়খি, ঙমো মসিমদি শোকপীগনু, নহাকপু থাজদবগী বা নত্তে, হয়েং নয়ুমদা লৈরবা মতমদা……। মা কপখি, অতৈ বা কয়ামসু হায়জখি, ঐনা লাম্না লৌখিদনবা পুক্নিংগী অশেংবা কয়ামসু কপ্পা কপ্পা তমখি।

মুমিৎ অদো মহাক য়াম্না শাওখি। মহাক্না হায়রম্মী।—হন্দক মরকসি ইমানা য়াম্না ঙংই। বাঙাৎ খুদিং প্রমান পম্ইনা কোচি লৌদুনা ঐবু বাবকপা হৌরকখি। ঐ য়ুমসিদা কুইনা লৈগদৌবা মাস্রে।

ঐনা খৌ বা শাদনা খুমই।

—অদো কৈদৌরবা

ঐবু য়াম্না থম্মোয় শোক্না বারৌখি, মরমদি ঐনা মাগী নীংবা মুমিৎ অদুদা খুংহন্দে হায়দুনা। অদুবু ঐগীদি মঙোন্দা

অবাবা নত্তনা করিস্থ পীনীংঙাই লৈতে। মাবু য়ুমদা পুরক্লুনা বাহনবা পামদে।

অয়ুক্তি, চা থক্লি। ইনেঙ্ছনা হায়রম্মী— চেনগ্রেয়ে।

থিজিল্লুরবা তুংদা চুমলে; মহাক চেনগ্রে। চেনবনি হায়, ফাবনি হায়, ঐ জ্ঞান তাদে, মখা তানা অমুক থিজিল্লুদ্রে। করি তৌরুনি, হৌজিক্তি থোকগ্রবনিনা। মহাকস্থ থোকগ্রবদি থোকগ্রে খনগ্রবা মাল্লে, লাইবক্তা তাইশনগ্রবা জাংনি।

লুহোংগ্রিবৈ মরক্তু মাগী পৈশা হন্দোকখিনবা শেম শারম্মী। "থবক হেক ফংবগা পৈশা মচিৎ মচিৎ থা কায়দনা শিংলকপা" হায়না লেপ্লবগী মতুং ইল্লা য়ুম বন্ধপ চৎথিরম্মী। মা-ঐ পাও করিমত্তা ফাওনদ্রে। ঐনা মী থাদুনা অরোইবা পাও অমথক থাখি।

ওসিদি নীং-তম্বা ওয়গনি, সুকপাম পামদে, য়ুম্বানবা হায়বা মীওইবগী চৎন-লোনচৎ মতুদা খোঙ থাংজিন্দবা হায়বসিনা ঐগী সুংঙাইবা হায়বতু ওইরগনি। পন্থুং— পন্থুং করিনো! শিবস্থ পন্থুং অমনি হায়নবস্থ য়াওই। শিদ্রিবৈগী মমাংদা মীওইবনা পন্থুং কয়া অমা তাল্লি। ঐগীনা করি! করিস্থ লৈতে। ঐদি ইচম চম্বা নিপা অমা ওইনা, মীওইবা মরক অসিদা লেপ্লরবগী বানি। হৌজিক ঐনা তৌগদবসি করিনো। ঐ শিবা ঙাইবা নত্তনা, উপাই লৈতে। অদুবু মরক অতুদনা করম্না লেনগদৌরিবনো, শিবা ঙাইবা হায়বতুদি মী থুদিংমক্কীনি, খঙলে, অসুম চৎথিবা তাই, লেপ্লুবা মফমতুদা ঐগী পন্থুং ওইগনি।

চহী মরি/মঙাদি হৌদ্রে। করিস্থ খঙদ্রৌদে ভরাংদা ওইখিবগুম তৌই। থবক কাবা হৌরে। নোংমা শরুংনা হায়রম্মী—

সুনিল, ঙাদবু লীরগা হাউই, লীরগা ঙাউই হায়দুনা মাইরেনস্থ লীরগা থরৈ। মীদবু লীরগা ওইজবা শিংপনি। মথা তাথৈ—

ঙাইখো, নংগী নথক্তা দাবী হায়বদি য়াকং অমা লৈরে হায়রিসিবু চুমত্রো— অদুগা নোকই। ঐস্থু নোকই, ,বাখলদদি নোক্তে।

সিবু হায়জিল্লবরা— নত্তে তশেংনমক থোকপ্রবা অশেংবা য়াফম্নি। মপাল মহে ফজনা শারবা ঐখোয়গী শূমাং মতোলদা হোবা হৈনৌ পাম্বীশিং, খঙহৌদনা মুংথিল, মুমিদাংবাইরম অমদা লাকপা নোংলৈ-নুংশিংনা লোইনা ছুমদোকখি, মপাল মহে। অদুগা মিকূপ খরগী তুংদা তম্বা ঙমত্রবা অমুম থোক্লগনি তাক্লমত্রবা অতিয়াগী লেন, লেঙ্গাও ময়ামত্থনা অকনবা নোংজুগা লোয়ননা হৈনৌ মপালত্থতা নত্তনা মনা ফাওবা শিংকুপ শানা শেগায়খি, অত্থগা হৈখোঙদা পুমচাই চাইনা কেনখি। মহৌশা হৌনশাত্থদা তিনখিদবরা ?

নোংমস্থ শরৎনা হায়রম্মী— অদো কমদৌসেবা, খল্ল্দা তুল্লমদাইদা পাল লৌবা তানিকো।

অসিগুম্বা পুন্সি ময়েন অসিদা পুন্সিনা ওইরকনি খঙলম্লবদি পুন্সি কনানা তুংগী পুন্সিবু থৌরাংলুগনি। হৌখিবা পুন্সিনা ঙাইরকখিবত্থ ঙসিগী পুন্সিবুনি। তুংদা অমুক করি ওইরকপা ঙাইত্থনা লেনবা তারি। অত্থবু করিবু আশা তৌনিংঙাই লৈরিবগে ?



হৌপ্রবা পুন্সিগী বারীত্থ ঙসাইমথে পারুবত্থ লোইশিল্লকদৌরে, মতাংত্থ থংনবা কাত্থদা পুম্না নোকমীম্লবা থুনোক অমনা ঐবু জ্ঞান তাহন্দুনা মীকপ থোকহনখি। অত্থদগী ফুন্নিংকী কুদাম লৌথোক-লৌথোক্লা ঐগী কা তম্না চঙশিল্লে। কি হোংলিঙ্কেদা

ইমানা লাওরকই, চাকশঙদগী—
—চাক শাম্রিউদা থরা চংহোক্নো লাকও।

ঐ থম্না থম্না লাকই, চাকশঙলোমদা, ইথম্বা হংঙৈজ—চহি নিঙ্কু লানথংলকপসিদা ঐবু.........। পূমওন ওল্লে, মহৌশা নত্রে। থম্নোয় অসি অস্থম নৌথখিছনা স্নুপা মানশিল্লক্কে।



লোইরবা